# চিংখংবৈ [illegible]

(অমদি অতৈ বারীমচাশিং)

এলাংবম দীনমনি

# য়াওরিবা বারীশিং

## ৱাহৈ অমত্তীকং—

ৱারীমচানি হায়না মতাং মতাংগী খোংচীংহৌবা, থৱাং থনগচ্চরগা মণিপুরী সাহিত্যদা শিংজরি। পুন্সি অসিমক ৱারীনি; ৱারীমচানা পুন্সিবু য়েংনবা অমদি য়েংবা ঙাংবনি; ঙসেংনমক ওমন্থ ওন্মী।

লাক-য়েং অকোয়বদা থৌদোক-ৱাথোক মশীং লাকঙমদনী থোকই। পুন্সি অসিমক থৌদোক্নি। ময়াম অসিগী মথুংদা অপান্বা, থম্মোয়দা অমদি মাথাদা পান্নকপা থরা লৌখচ্চরগা এনা সুংঙাইজবা মওংদা শেমগচ্চদুনা লাম্থোকচবনি। খুৎলায়থোং মতাংদা থজিক নৌবা মওং অমা শীজিন্নসিরা হায়দুনা ৱারী অনী-মরীদা হোংনজে। বদায় কাওবা কন্না নৌবা হায়বদুদি ময়ামগী মীৎয়েংদা থমজরে। এগীদি ওমজবা মথৈ য়েংনজদুনা ইজবনী; তেংবা হৌনবা তেংজবগা, তকপমথৈ তক্ল্লগা লংত্রিব লংলে হায়না খঙরদুনা ইস্তোররুবা নুঙদেংকোংনি।

ৱারীশিং অসিদগী থরদি হায়না মণিপুরীগী রেকোর্ড কয়ান অমদি আকাশবাণী ইম্ফালনা কোঙবিরবনি। [illegible]থাজ্রিব থরা অমগা পুনশিজবনি।

ইম্ফাল,

নবেম্বর ১৪, ১৯৭৭

লাংবম বীরমণি

তিংখংলৈ

মুখিদাংগী পুঙ তরামুক তারে।

মন্ত্রীগী চাউরবা, ঙাল্লবা যুম।

অযুংবা, অকৈবা, অঙাংবা, লংল-লংলবা মৈনা অকোয়বদা পুমঙাল, মনীংগী শঙ্গল চেকপল ময়াদা মনাগী মেরীংগী আনা লৈত্রবা কংলবা উ লেপকও অদুদা মচু মথল মথলগী মৈ পাল্লি। মপান্দা অস্থক ঙাল্লবদি মঙুংদদি কয়া ঙাল্লমগবা ; ঐথোয়' মাহকে অদোমদদি হাপ্তাদা নো যা ঙানবতুঙ্গু মী শিরোইদৌরোই নীংই।

— বাবু, আপ অন্দর জা সক্তা হৈ।

— অচ্ছা জী।

ঙসি করি সুখিৎ ওইরিগবা। ইপা ইপুগী অহৎক হাঙ-সিদি যৈদনা। লৈনা লৈ ফজ ফজনা শাৎলিবা। মতাই অম-রোমদগী সাফু কল্লবা ঈশিং লেম্না লৈতনা তাবগী মখোল তারি। খাজনাদি যাম্মৈনিদা, ঐগী স্থক্তা তাখিত্রবগুম্বা কোজিল অতুগী ঙরাংদা থীকবতু ফাওবা .... . .. ... । অতোম্না থোজাল অমরোমতুদগী কার অমা পাইশিল্লকপবু ; পুঙদা কি,মি, কনা [illegible] নেৎলম্বা য়াই। লৈকোল্লোমদা চোংশিল্লমত্রবদি [illegible] নাংপোন্দা কাওরকপা থাবললৈগী মনম অতু কাওরমগনি [illegible] খাজদে। নিংদোল চোংবা কাথরিৈঙদা ইনক মক্কা [illegible] থাবল লৈরাংগী মায়গৈ লাকপা ঙমখিদে ; লাকেঙ্গু [illegible]

উমরগনি ; শোয়দনমক মগ্গীশা উমরগনি ; মতম পঙশাং শাংলো পীরক্কবা মাই। মরুপ-মপাং মচা-মনাই খন্নবা লৈবাক-শুথনি। পুম্নমক মখোয়গী ওইখ্রিবনি। করিনা হাঙ্গা হায়গনি ? শোয়দনা হংলকনি করি তৌসিগে। হায়নীংদবা কোঙ্গায় লৈহৎনম্নু হায়বা ভাবনি; হায়রগে চঙলক্লবনি। মানোম্বদি নত্তেনা হায়কম খোকপগী মানি। মাকং—? হোয় মাকং-ওই করিওই তৌবা হায়রুনি। মাকংকী মাম্ব খোইনা নত্তে। শুপীমচা মশামা কঙ্কবনি। অনীরক হনবদম্ব মানা মকোক অত্তুম ওইবনি ; ইমদম্নু ইন্টরভিউদম্নু।

—'সোমদা লেঙশিনসি'

—কনি ইবুংঙো।

—ভাইহাক্কং কম্বিসিকো, মন্ত্রী অরুবা কগ্রিগুম্বা .... ....

—কনি কনি ইবুংঙো য়াঙ্গা থুবম্নু নত্তে ইয়াম্বগীদি।

গদিচা, সোফা, মবল য়াম্ন-য়াম্নবা উগী য়োংকী পিথ্রাইগী মথম্নু অমত্নগী ফর্নীচর, য়েংবদা পুক্কিং চাউখংলি। খোঙনাও মরাগী কার্পেট্টা প্লাষ্টিকী উরীনা অশাবা পাম্নী অমদা য়েংলি ; শাংলিবা অতোপ অতোপ্পা মশক মমিং খঙদবা অখোনবা লৈ অহু উরুবদা ভগাইগী থাবনৈ মনম অঙ্কু নীংশিংলকই। মনমতু য়োনা নীংশিংঙুবদি জমদে। নক্লপ তৌবা অচুম্বাইদগী মাঙ্গি মী মঙা তরা বা নোকখিবগী খোয়েল অমা ভায়রকখি ; খঙদেপা অম্বুক লেপখি। মায়ৈপ লাকে লাকওই খঙ্গানরিঙৈদা খোঙউপ

মখোল অমা লোইরোইনা মকশিন্নকই। হৌমক্না খবরদার মতেক অমা তৌগে শেম শাম। নহলমদে। কাঞ্জপা য়েক্লি-খিবদা ঐক্লোন্দা হাইরণ য়েংলম্মী। মশক খঙগুমম্ তৌই; কদাম্বদলো'মা নোংমা উখিবা মাল্লি। কদাম্বদনো অনীংশিংবদি থোক্লে; ঠিকাদারমা, উকিলসু মানগুম তৌই। মায়োক্নবা মরাংদা য়েংখৎলম্বদগী য়েৎলোমদা লৈদুনা য়েংলুই। রাষ্ট্রপতি মখোল, মথং অনী অহুম উই। লোইনমক হরাওনা মোমোন মোমোন তৌই। প্রধান মন্ত্রীগী তুংওইননা মচু অহুমগী কীরাল মশেন মরাংনা ঈপোমরিরি—রাঙা উঁচা রহে হমারা ...... ইক্বালগী শৈংহেঙ্গা দেশ অপুম্বা লৈহৌ নোংহৌননা মালহৌনরি হায়না থাজদবা ওমদে। অচুং ওংহাইদা এসেম্বরি হোল মমাঙদা থারা কয়া কয়ানো থুগাইখিবা মোত্রাই-চুদাইনবা পরেংশিং অচুগী মরক মরক্তা লেপ্তিং লেপ্তিং হাইগৎ হাইথ তৌখিবা মচু মচুগী কীরালশিং, লোয়ননা মাঙওই-তুংওইননা শক্লখিবা ইন্কিলাব জিন্দাবাদ কী সুর নীংশিংলকই। সুপী নহা অমা কাংহুনা চঙখি। য়েংশিল্লমদে; ঐনদি মুম্না য়ে'ংহৌই। খঙসু খঙদে নীংম্ম নীংশিংদে।

য়েৎলোমগী কাচিন্দা মখোঙ শাংবা অকোয়বা কাল অমদা লমসিগী মানবা লাইথী থরা লৈ। খম্বা-থোইবীনা মাঙ থাই, রাসকী কৃষ্ণ অমদি গোপীশিংসু পরেং শানা লেপ্লি। বাঙ্গ, মৈত্রবাক, ভারত, এশিয়া; লোয়ননা পৃথিবী। মখোং মকুম ইখঙ খঙহৌরুদনা থজিক চাউথোক্লই—মুংঙাইবা কাওদকুই। মত্রীশিংসু কুইরেদা।

। য়াম্বা লেম্বা খোঙকাপ অমা তাররকই; য়াখল লৈনা থাংলকপা মাল্লি। শোয়রোই। হৌগৎলি ঐ। মীরৈবাকী অমেক থোকপা পর্দা হাইগৎলগা থোরকই। সেক্রেটরীশিংগী মনুংদা অমা ওইরম্মী। নৌনা লাকপলি হায়। ইরমগী মী-ওইদি নত্তে হায়রবু লমদমসিবু য়াম্নমক পামজবা মুংশিজবা মাল্লি। ঙাইহাক্কুং য়াবী শাবত্তুদা মানা লমসিগী পুকচেল চাউবা নোম্বা কনবা শান্তি ওইনা লৈমিন্নবগী মওং শাল্লুনা মুংঙাইবা কোঙদোকলম্মী।

—অদোম করি তৌবিরি?

—চুম্ন মুম কারবার হায়দুনি।

—মালি, হৌজিক্তি কারবার নম্নবদি য়াদ্রবনি। পুকচেল শেংনা শেন্দোং তানগে হায়রবদি, দেশকী সেবা তৌগে হায়-রবদি কারবার তৌগদবনি।

মপান্দগী অহুমক কুবী হোরোল অমা তারকপগী অত্তুদা মা হৌগত্তুনা থোকখি। য়াম্নমক মীকৌ মীয়াক কৈ। কুইনা তিন্নরক্কবত্তুঙাই। বিদায়দা চঙশিল্লক্কুনা থুং শোল্লখি। নক-শিন্নরবা কান্দা মনম ফাওরকখি। চিংনরম্মদ্ধ চুম্মে। মানা থোকখিবগা থোঙনাওগী পর্দা চিংশিনবা য়েদবা অত্তুদা মাগী কাপ্প অত্তুদগী মনীংথংবরোমদা কাংদোক্লগা চঙখিবা উই। ঙাই-হাকী মমুংদা মাঙলোমগী থোঙ হাংদোক্লগা কনাওম্বী কীক্ক কীরাং খুম্বী অমা থোরক্লগা মাগীবোমদা, "মনীংল্লোমদা চঙখি

খীন্দনা গাড়ী খৌখি। গর্দা হাউগত্তুনা কনা কুইনা য়েংহুনা লৈহৌই ঐ। মমাঙদগী কুমথরক্লগা মনিঙলোমদা চক্কখিবক্লু হন্না হন্না উরকখি।

ঐনা লৈশিল্লকপদা মক্টীজি লেপ্তুনা নমস্তেগী কীভমদা নোককেৎ নোককেৎ তৌদুনা লৈরম্মে। ক্রুক হৌগত্তুনা মিপাইরপ নমস্তে তৌই। চঙশিল্লকুনা কোল্লৈ। সাহেব মরুপনচিংখা হায়রম্বদগী নঙ মাদা তারক্কুনা রাগী শারে। খায়নগী স্কুলগী পুন্সি নীংশিংলকই। মহাক অমগা ত্রো-ত্রো তৌবা অমদি ফন্মিন্নবদা মুংঙাইবা পোকই; ঙকসি খজিক হাইগংলকপোই নীংই। চুরুপ চম্ববে হংলকই—

—কমদৌবি ভায় হান্নগী স্কুলদুদা অহুম লৈরিব্রা?

—খরদি নকশিল্লে; অরাংবদা লৈবসি খা-রে।

—অদু কৈদৌসে'বা চুম্ন'সুম লাকপদি ওইরিরোই, কৈদৌসিগে?

—'সুম তৌবনি মকপ য়াম্না মুংঙাইমন্দ্রদুনা ঐ লাকঅবনি ..

হারবা হৌরকপগী অদুদা অমনা ভহা-ভহা চঙঙকুনা ফোন অমা লাকই হারদুনা হায়রৈ, চঙখি; পাক-না থোরক্কে। খল্লি:—লৈবাক পুবশিংসিগী থবকসি চিল্লিদা। অহীংদি কমদৌরিগবা। চাক চাম্বিঙৈদনা,...। অহিং মুংথিলগী থেম্নবা লৈতে। হায়রি মক্কদা মুপী (য়েংবদা নহা মান্নি; মুম্নদি উহৌদে) অমগা মুপা অমগম্ভু কাওদুনা চঙখি। খলহৌই: মহোয়মিন্নু ঐদৌগা করিগুম্বা য়াকৎ খরা নম্রগা রানোম-রাহৈ খরদি পুম্নুনা লাক্লমগনি,

পুম্নমক পেলহনবা ওন্মিদ্রা। ঐগীসিবু য়া মাঙ' তোক্লগদ্রা! মাগী 'ওন্মিদি হায়নৈ। মানা অমুক অমদা নোঙক্লবা তাঙ্গমদনা। মানা অমুক তাঙ্গৎবা মতাংদা ঐনা শম্না হায়খি:—

—মরুপশিংগী মচানি। মরুপতু লৈখিদবা কুইরে। মমা লুক্না অদুনা লুকমায় পান্দুনা থাক্লকপনি। লাইরিক-লাইশু মম্না কনা হৌই। মেত্রিক মাক্ট' দিবিজননি। বি, এ, পাস তৌজরে। মথা তম্বা ওমদ্রে।

—মথা তমহনসি হায়রঙ্গা, কল্লি ... .... ... ?

—মথা তম্মবোই। ওম্মৌই। থবক তৌনি হংবদনা হোৎনল্লি। কৈকেনো বেমা তৌনৈ হায়দনা ইন্টরভিউ অমুক হনখিবা, নহাল তাং ১৩ দা হনবা ওইরমাল্লে।

.... কৈনোগী ক্লার্ক মমামগীদো। অদু কৈদৌবা।

—অ, অদো, মদুদা নহালমুকশু মার্ক তাবা, হন্দকশু মার্ক অদুম তাজে হায়। হায়কপদদি মথাগীখৈ লোইনা — ....

—কনানো, প্রতিমা হায়রো?

—মানি মানি প্রতিমা। মবেপ য়াংবী, কুহু ভৌবী .. । লায়রবনা পং তংপা। মৌপ্বা অনী অমসু ওম্মিবা। মমা লুক্কাবী অদুনা সৌথ্রী থংবা যোন, কোবী মশোয় থম্মা য়োন · ...

লোইনা হায়বা অমুক নহৌদবে। কৌবদুনা অমুক চংশ্রে। কৌরবা মুপা অদু ঐ মশক খঙই। ঐখোয় অদুমাইগী

থোংচু শায় হায় শাদে হায়, তৌনৈ হায়দুনা য়া থোক্লখিবা টিকাদার তোলেননি। মীথনগী মতমদা কেন্তিদেংশিংনা ওনশিন ওনশিন লাউনবদা তত্তনা পম্মখিবা মহাক্লি। মরূপ মধী অনিনা দল অমদা য়াওরিটৈদা হম্না হম্না চৈথি, ঐনা নীংশিংবদা। থোঙজিন্দা পায়দুনা পাউ হায়রম্মগা হাইরং হাইরং চঙখিবগুম ভৌই। কক্লাংদা তয়ামাথোই মথায় য়ৈরকই। নকলপ্না মিরা ভজন তারকই—মেরা তো গিরিধর গোপাল, দুসরো ন কোঈ।

কনা কুইনা থোরকপা ঙাইখি। চৎলসিরা ঐখো। কয়েং অমুক টেম্নবা ফংদদনা তোকখগদ্রা। প্রতিমা মমা মচানা তুমদনা ঙাইরমগনি। "থেঙঙম্ম-ঙম্নম্ব ঙাইরমখিদৌনিকো বাবা" প্রতিমানা লাওতকনা হায়গৌই। তাংদাংবা অমা থঙখিদ্রবদি ঐখু, লৈখিদ্রবা মরূপ অত্তুগী মকমদা কৈস্ন কৈস্ন তৌবস্নু ঙমদ্রে। চৎখিরমলাইগী মতাংদা মানা ঐগী থূং পায়রগা থাজনা শিম্মরম্বনি—"কাহ্নাই। ঐ য়া'নে'বা থাজদ্রে। নচাশিংসে, নচনসি খয়া খয়া য়েংশিন-খিয়ুকো। প্রতিমাসে, মরূপ, প্রতিমা মমা মচাসে য়াহৌরনিদকো।" মরায়থুংনা পুথিমনি। থুয়া তুশিত্তনা চৎখিবনি মরূপতো। লৈশাবী ফাগৎলক্লিবী প্রতিমাগীদমক্তা য়াজখি। কয়িম্নু থম্মমদে হায়না য়াখিবনা মমীং উইশিনবা ঙমখিদে। শোরাত্তা য়োনখিবা ইথোল তথায় অত্তুগী লেমহৌবা, খুবিমুক পাকপা তথায় অত্ত্র য়াদম্নু য়াগদৌবা লৈরবদি বঙ্কানম্নু থম্নবস্নু য়োনম্নু য়োলবস্ন হোংনরসি হায়না লেপহৌরে। জায়রুফমস্নু খঙদে পীকমস্ন

খঙদে কমদৌনি হায়দনা ইমুঙ তথায় অমা য়াহৌই। ঐবু য়েংঙুনা লৈরমগনি।

—ওজাবু 'সোমদা লেঙশিনবিয়কউ হাযযে।

—ঐবো?

—হোয়। ঐ লম্বী চিংজগে, লেঙঙসি।

কা মথং মথং ফাওরগা চৎলি। সিবি মথং মথং কায়, মথং মথং অমুক কুম্মি; অতোপ্পা কাজাউ অমদা চঙই। মন্ত্রীগী যুমসি অমুক্তা চঙদ্রি য়াম্না চাউবা জাৎ ওইরে। ফাওরকপা কা পূন্নমক মীবৈবাক অমদি ইরৈবাক্কী লৈতেং পোত্তনা লৈতেংহৌই। ( মীরৈবাক্কীনা নম্নপ ভৌহৌই। ) লমজীংলিবা মহাক অড়ুদি খঙহন্দনা কোইকক কোইরুক য়েংই। গলিচাদতা লেন্তুনা চৎপনি, নুংঙাইবস্থ পোকই, চাউথোকপা অমস্থ মরক্তা ফৈনা ফাওরকই। কা অচৌবতুদা হাংদোক্কুনা হেক চঙলকপদা মিরবা খোঞ্জেলগী ঈশৈ হৌনা তারকই। ময়েক মশোন্দি খঙদে খোৗন্নেদি রবীন্দ্র সংগীতকী মওং মাল্লি। মীনানস্থ তারকই। লমজীংলিবা অড়ুনা কাচিন্দা ফাৎপা থোঙ অমদা চঙলো হায়না খিল্লকই। ইথয়তা? মঙক নোম্মম্মি অড়ুম থোকপ্রে। মপান্দা ফমখিবগী মখোল তায়। শম-না নাললি। খোঙউপ মরী নাম্বোকপ্রা হায়না যেংনা য়েংনা কুদাম মাড়ুনা য়েংই। থোইদোকপা অশোয়-অঙাম য়াওদ্রে হায়না থাজবগা লোয়নন্না ~~পোঙ অড়~~ ( অমুক্তং ইল্লুবগা ) চিংজুনা হাংদোক্লগা চঙ্‌ঙ্ই।

পীক্তক তৌবা অরোনবা কা অচু মীনম অমদি যুনম্মা হাবম্মী। মক্রীনা ফুক হৌগৎলক্তুনা মখুৎ লোম্নরগা ওকই। যৈ-বা ম্যাও যুং-বা ম্যাও তৌদুনা ফম্লম্বা মখোয় তরেৎ অদুগ্ম ফুক ফুক হৌগত্তুনা 'ওজাবু লেঙশিল্লকউ' হায়দনা ওকই। পাউ-খুম পীবা নংদ্রিবৈঙেদা মক্রীনা খুৎ পাম্নদুনা চিংশিল্লগা মম্নামদা শক তাকখি। ইবোয় লোইবদা চিল্লবা ময়ায় মচা অদুদা ফম্লিবী নীংথিরবী অহুম অদুদা থিল্লগা অমনা তাক্লকই—"ইবেম্মশিং কলাকার অহুম, আধুনিক, ক্লাসিকেল, ভজন, খ্যাল, গজলদা মপা লৈত্রবী বিনো, শ্যামা .. ।" "ওকনী"—অমনা মথা তারকই। মক্রীনা মথা অমুক শমথবকই—

অনৌবনি, ঙসিদা পুরকপনি।

– ওজাম্ন অনৌবা।

ময়াম্মক থূবাক থ্ই। মক্রীনা হৌকখনি। মগ্নীগা ফম্মিম্নরে। মমথংথাগ্রিবৈঙেদা মযুংনা ঙল্লপ তৌবা লংলবা গ্লাস অমা থনকোক তৌনা মাঙদা খিংত্র। অমনা য়াম্না চিন্না, চানবা মাগ্নীনবা লাক-শিল্লকই। পূম্নমক এঙোন্দা পূল্লপ যেংদুনা লৈ। বিনোদা শ্যামাদা অমনা চুকপ অমা পায়দুনা ঙাংবি। থাদোকখিবা কুইববনি। চাংগী পুন্সি মতাং অমা নীংশিংলকই। তাপ পাম্ন-বগা লেপ্তবা খূংচিংদা লোইশিল্লগা 'তোক' থম্মি। ময়ামদগী অপুনবা থূবাক ফ ই। কলাকারদগী চুকপ চম্মগা ঙাথরপ খম্মা, মক্রীদা যেংলুই। মমীৎ উইশিন্দুনা লৈরম্মি। অদুবু মতক

নোঙমগা থাগৎ-মোমোন অমা পীরকই। উইশিল্লগনা কেল্লা উবা মমীংথনি এৈনা লৈথোক্লবা যাওবদা মাদি মঙক নোমশৌরি।

লেপ্পলবা ঈশৈ মখোয় অনীনা হৌরকখি, করিদা লেপখিবা তাংদাংবা খঙহৌত্রে অদুগা হৌরকপদুদি—বৈষ্ণব জন তো তেনে কহিয়ে জে পীর পরাঈ...। ময়াম্মক পুন্না তান্ থাই, তান মুংঙাইবা থুৎশক্লি। য়েংথনকপদা অমুক থন্দুনা লৈরম্মি। তং-থাইদা থম্মী। কলাকাবগী ঈশৈ সংক অদুদা অমনা হায়রকপা তায়—"এস, পি, সাহেবতি ঙসিদি পুবা দাওন্দদা লৈবিদা, ঙরাংগী জগোযদু মুংঙাইবনিদা।" অমনা খুম্মকপা তায়—

- ঙসিদি এমেলে সা'বকী মুমিৎ ওইরেদনা।

—( অমনা ) ইঞ্জিনীয়াব সা'বকী ঈশৈশুবু কৈদৌগ্রগে।

ইঞ্জিনীযার সাহেব হৌগৎলক্লম ভৌই। য়েৎলোম মায়-রোম কোয়না মাকরগা ফুবিৎখাউ অমদগী পৈশা নোট চবুন অমা পুথোরকই। পিন থৎলম থৎফাক্লনা ফৎ চিংথৎলগা শক্লিবী কলাকার অদুদা জ্বাবগী চে যেনবদৌনা য়েল্লি, অমতুদতা থুংই, মপুন অদু তংথাই চল্লি। থন্দুনা লৈরম্বা গিলাস হাঙহল্লুবা হন্থরক্লপদা উকিল অদুনা কলাকার অমদুদা নীংথিনা কোল্লগা নোট মপাক অমা মরায়বক্তা নম্মি। মম্বাম খুবাক খুথি। অমনা হিপ্পা হিপ্পা খুবাম অমা শুক শুক নৈশিল্লগা লংশিল্লকই। মথুৎ ইচুম চুমদবদি নত্তে, মগ্নীগী মকোক্তা পাল্লুরগা এৈগী তম্পাক্তা মতুম মচেৎ অমা তারকই। পায়রগা অমুক লংশিনখিবদা খঙহৌই

কুনচৎপীনি। ঐনা ঐগী অচোইবা থরা অদু খুবাক্তা হাপ্লগা মকোক চিংবীনা লৈ থিবদৌনা ইকোয়কোয়না চণ্ডুনা জগোয় শারুরগা তিল্লিবা পুম্নমক্তা অমমম লোইনা য়েল্লম্মগা মখোয় অহুম অদুদা দণ্ডবত তৌদুনা খুরুমখি। সভানা ঐগী পালি হৌবদগীনা লোইবা ফাওবদা রাম্ব-রাম্ব নোকখি। মন্ত্রীদি মবুক পায়দুনা থরো থরো ওল্লিডৈদা ঐনা তুশিল্লগা খুরুম্বদু উহৌদ্রে। উকিল অদুদি চায়না রাম্বগুম তৌখি। অমনা মাগী থংনবা অদুদা (রাম্বরিবদুদা নত্তে) মকোক্তা ঈশিং হৈবিখি। হৈরিবদো ঈশিং নত্তে হায়বা ঐ খঙই অদুগা মুপা অদুস্ত কৈস্নু তৌবা নত্তে, চঙ চঙ লাউনা যখি, তান কয়া থারি। কয়ম্বনো অমনা ঐঙোন্দা খুকুম্মবদুনা হয়েংগী বার্তন কৎলৈ। খুরম্বা ওক্রুই। মানা হায়া হৌগৎলকমাল্লে মকোক্তা ঐগী নাতোন্দা ওকখল্লুনা থে খি, ঐ উংই। নাদবা শাদুনা হুগৎলগা লৈথোকই। চেপথদুনা পৈথোকপদা ফক্লাংদা চৎল্লবা কনাগুম্বা অমনা উপুগী তবেং অমা নাইরদনা ঐঙোন্দা নোক্লুনা লৈরম্মি। ঐনা অদোমদা খুদোম্বী থিল্লগা ফাক ফাক নোক্লুই। ময়ামম্নু থিন থিন্দুনা হৌনা কৌনা নোকখি। অমথরা ময়া খুম্মগা মমীৎ-মনা লং-খত্তুনা খুদোম্বীনা থিন্দুনা কায়াৎ অমা হেম্না হৌনা নোক-লকখি। মাগী খুদোম্বী অদু থেৎলিবদুগী ময়া মপাদা তাবরা তাদবরা য়াম্না শেংনা নীংশিংদরে। কলাকার অনী অদুনা শক্লকই-রঘুপতি রাঘব রাজা রাম......।

# তিংখংলৈ

ময়াম্মক মথং মথং লেপখৎনরকই। লোইশিন্নক্রমালে। ঐস্থু হৌগত্তুনা, ফি-রোল কপ্লোকই। মন্ত্রীনা মাগী ঘড়ী অদু লৈথোক-তুনা য়েংহল্লক্লগা ঐগী লেংবান্দা বোপ বোপ ফুরকই। অর্থ খঙগে হোৎনরিবৈঙদা কনানো অমগা কানগুম্বী অমগা থোঙ হাংদোক্লুনা থোকখি। মশক খঙহৌদে লোইনা ইমান ইমান মাম্নরকখি। ঙাঙলকপা শক্লকপা পুম্নমক য়াম্নমক পীরা পীরা তারক্লে। ফমথখ্রবা মন্ত্রীগী মনাকোংদা ঐনা হাথখি।

—ঐনা হায়খিবদু কমদোবা?

—কমদৌবাইবু হাপ্পু হায়বা নত্রনে।

—অদুনি। অদু করি কয়ম..?

—নঙগী কনানো কয়া নক্লবনো

মক্লপ লুনা তিম্নরকপা, লৈথিদ্রবা পুম্নমক শম্মা শীংথাদুনা অমুক লীখিগুম তৌই। মাস্থ ঙাখিবগুম তৌই। লীনা লীনা য়েংখিবদা মথোয় পুম্নমক অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা চীকথনরম্মি। মরক্তা থোকখিবস্থু উহৌদবা মমুংদস্থু লৈবা উদ্রবা লেমহৌবী অনীবু কোয়য়েং য়েংই। ঐগী মওংদু খঙলবা থংনবা অমনা হায়রকখি—

—চৎনজ্রে।

—ময়ুম ময়ুমদা?

—অং, ময়ুমগুম্বদা।

নোকক্নেং তৌখি। অর্থ খঙখিদে। মখাগী হংলুদরে। কাচিন্দা য়াম্না লুনা চিকথনহৌবা অনী অচুমদি ফুক ফুক হৌগৎ-নচুনা মচুবা মচুবাদা থাজিন্নরক্লে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মখোয় অনীচু রা লাউনা লাউনা ঙাওনবদি তাখি। ঐনা হোৎচিন্দুনা খাম্মুই। য়াদে। অমনা শাউনা হায়রকই—

—নঙগী বড্জেট ঐ খঙদে ঐনা তৌরিবনি।

—নঙগী মীদতা য়াবো। ঐখোয়বু মুংশিং চা' হিংউ তায়ব্রো।

—রেটকী রাদি মাগীনা ইপীক পীকপা নত্রো।

—পীকপা চাউবা, ঐনা হায়রগা লোইরে।

—লোইবা য়াদেনে।

—নথৌ লৈতে।

—লৈত্রদি—।

থাজিল্লগে তৌই অমুক্না; ঐনা খাম্মি। খাম্মিবা ঐখোন্দা অমনা লৈশীল্লকই। ঐমু পঙশাউ শাউগন্দবদি নত্তে। পোলি-সিগী মরৈদা ডঞ্জা চঙবা য়াদবগী রা খজিক তারকপদগী ঐ থোক্লকখি। মগ্রীনা ফনা শাংনা থিন্দোরকখি। কায়নরমদাই ফাওবদা ঐদনা ঙাঙখি, হংখি তক্লখি। মাদি ইখুম খুমদে চংমিম্নৈ, কুক,কুক, কুক। কায়নরমদাইগী মতাংদতা খুৎ শোক্লগা হায়রকখি—

—অঙাং মশাচু অমুক্তা থারকউ।

—থারক্কে অদুগা মঙ্গলদি—?

—মঙ্গল হায়বু, জোইনিং রিপোর্ট ড্রাপ্ট তৌরে, নঙ ওক্তা নক্ত্রো।

—সুংঙাইজরে হয়েংমক ।

—অদু, সুংদাং 'সিদা থারক্কদবনি। এখোয়' গাড়ীনা থিল্লকনি।

—(সুংঙ্গাং হায়বা!)

বিদায় তৌরম্মগা চঙখ্রে। ঐস্ম খোঙকম চেৎনা চেৎনা থাদুনা থোক্লকখি। থোঙ্গাল য়োরকপদা, ঐদি খংবু খংলুরে, নোংমৈনে কবিনে ক্রুক তৌরকই। পাখৎনা যেংখিববু সলাম তৌবা ওইরম্মী। ওক্লম্মা ওক্লমদত্রা নীংশিংবা থোক্লে। সো-রোক য়োরে। লৈড়না অমুক্ত য়েংশিল্লুই। মন্ত্রীগী থোঙ্গাল লাওনা সাম্ফাক ফাক লৈহৌই। (অযুক ম'থিলদদি শোমক লোঙ্গ্রবস্ম, য়াম্নমক চেৎনা লোল্লম্বা য়াত্রা) যনা শা'না ফুম্বংনলা চৎলি। মমা মচাগীদা ঐবু চঙলুখিদ্রা।

কীরাল চৈখোক য়াওবা কাব অনীখক কল্লা থোরকই। মন্ত্রীগী থোঙ্গাল্লোমদা ফৈনা হাইজিনখি। মন্ত্রীগী মূম অদু পুংঙাল ঙালহৌরি; থাপ্প-থাপ্পগা কেম্না হেন্না লংনা উরকই। ঐগী লম্মেলদি মমশিল্লকই; অসুম অসুম মমশিল্লকই। চন্তবদি য়াখিদে।

# তিংখংলৈ

অহৌং অতুদা চাক চামিন-চামিন্নবা মমা মচাদা এনা করি করি হায়খিবা। হায়বা তাবা খরদি মহায়খিরম্বা য়াই। হায়-খিদবসু কোঙ্গায়নি।

নীনী হুম্নিগী মতুং। ভবানী কুম্নী পারকপা রামায়ণগী অনুবাদ অমু পাবিদৌদা প্রতিমা প্র-প্রপ চঙলকই। হরাওবদি মাল্লি। অহলগী পীরকপা টীকা মপাদা চে অমা খল্লগা য়েং-খংলুই। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা হরাওনা মাগী খুৎপায় খাউদগী চুকপ উপু অমা লৌথোরকই, পীরকই।

—বাবা ওসি এপোইন্টমেন্ট কংগে, কাব্দরে। পওলু লুবা থবক নত্তে।

ফনা কুইনা রায়ী লৈরম্মী। মঙোন্দা য়েংলুবা ইঙম ঙমদে। নমতুনা য়েংলুবা খুদিংদা মাগী মায়থোঙ মকা লাম্মমতু হম্ব-বক্লিরা। মা থোকরবা মতুং ঙাইহাক মালঙ্, অমদা য়েংহ্নবা লৈখি। ইচানুপী অপীখক অতুনা চা পীরে; তৈন্নে—

—বাবা য়েংঙো, ইচে প্রতিমানা রে, মুক চাউবা অমা পীবম্মী। ইমানা শেমহোবে। থবক তৌবেনেয়ে। অস্ য়াম' চাউই। অদিনে বাবা, নঙগী তিংখংলৈদো তামোচানা ইস্নুরিবা; ইচে প্রতিমাগী মখুত্তা যুরীবা .. .... ....

—ও, ও, শায়করো চো।

কাক্লিবা রামায়ণ য়েংদি ময়েংই মুন্না, মখাদি চখখিদে। হোৎসু হোৎনখিদে।

এলাহাবাদ, ১৯৭৬

## শোরাং

লৈহৌরোংবগী ৱাদনি, চহিগী হায়কররবদি মখিকুত্তরানীথোয় মপুঙ, মচেত্তা হুমদোইনি মামা অমুদোন। লৈবাক অসিদদি চহি মতাং অসি ওখাক য়াম্না হাইজিংবনি। হৌনবনি মথারে হায়না হায়না সুপা মথন্নতা য়াওবা, ইবাই কেশো পীক্রিবা অঙাংগা পাংখক্লখি, ইঙাগী নোংহৌগুম কপচখি। ইচে অডুস্ক অপোকপা মপামক লৈখিদবগুম তেংথা-তেংথা কপচখি। অহল অডুসু মাবু যত্তে হায়বা লৈকাইদা অতাঙবনি; মবুক-মপাঙ্ড ফবা, পীজ-পীথক ফবা মীতানি। লৈতবা হংবা লাকপগী চা লোম্থোক লোনশিন্দা মী অমা অডুম কাইরবনি।

অস্থিসঞ্চয়গী সুমিদাং অডুদা ইমুং মন্নুংগী মন্নুংচনবনি হায়বা অমদি মন্নুংগীনি হায়না থনবা মরাম রা শ্রান্নরম্মী। ঊশৈনা কলানা শকপা চুহাবদি পৌবাল গো॥ তৌকননি, পুঙনি তোনন্মা তারেদনা অহলগীনিনা,—হায়বদগীনা চাবা অমদি বাঙলগী মশীং চাউরাক্লা লেপ্পবিনস্মে। ইবাই কেশো অডুদি গিবা থাংবগী মঙ চুদা অডুম্মক যুম্মংননা মথুং পুংচুনা ভুমিন যমচুনা লৈরম্মী। তাবদি লোইনা ইঙা মতাবিনি। মমাগী ফীবোম কুহড্রি। ফুল পুডুনা বৃন্দাবন চৎলু হল্লকপদগী নারকপনি অহল অডু। লায়ে বদা কম্না অমা চঙখরে। মচানা মঙা, লোইনা পাইরিক লাহন্ত তম্রি। বাজাবদা সাইকল তেক-তেক শেমচুনা যৌ চেঙদগীনা য়েক্লাং নাপা ফাওবা পুন্নি। লৈকাইগী

দেব-কর্ম, পোৎয়েং-চৈয়েং খোৎ-খোৎপা ইবাই অদুগী মথক্তা। মমিংতগী ওইনা লৌ থজিক্তং অহল অদুগী লৈজরম্মী। মচন মুপী লুহোংবদা চৎখ্রে। মমাগী শোয়াৎতা লরাইদা লৈবা ইশ্খোন মচা অদু বক্লোপ থম্বদগী হন্দোকপা ঙমদতুনা শেন্দোয়গা করিগা ইপা পাশিয়রগা শকচিয়খরে। শেল ওইনা লুপা ৫০ মুক্তং ফংহৌই। অদুস্থ মাগী ডুকান্দা শৌবিয়ু হায়না থনম্বা গাড়ীগী ক্রেম অমা থাওখিবদু শিংনখরে।

হৌজিক ইকোক কোক্নবনি। মাগীনি হায়দুনা লৈরিবসি মানা লৈরিবা থায়নগী যুমজাও অদুগা, ইখোল খুবাম মুক অদুগা অসি মঙায়রে। য়ূম ইখোন নীংশিংনরকপগা লোয়ননা মুমিদাং অথেঙবগী রা ঙায়বা অদুদা মনে অহল ইন্দোল অতুনা হায়খি —

— য়োল্লেদনা কমদি তৌনি ; তৌদবা য়াত্রো !

ইবাইগী মবাই বীবসিং ক্রং শাউবকই। বেরী চমগে খেৎপা মৈখেং ফুৎ মুথৎলগা হায়রকখি—

—কবি রানোনে হাযরিবনিবো.। কদায়দা লৈগদৌরি-নোনে ! অবোইবী থাবা য়াদ্রি ! অঙাংশিং মচা মচা ঙাক্তা কৌরক্রি। মহোয়গীনা কমদৌদৌবিবা !

—অদুইদি থোক-অ থোক অ লাকনি। ( মচুক থজিক শৈখি। )

—থোক অ থোক-অ হায়রসিবু কদায়দৈ লাক্কোইনো লৈদি লৈতনা। ঐগীসে ব্রাবৌবিনো, লৈখিদ্রবা অহল অদুগীদি অমরোমদা হায়বগা লায়থোকপা য়াবে। খৌজিক খৌজিক খৌগৎলক্লিবা অঙাং ময়াম, ইমুং-মচু অসিগীদি গৌবকপদা মঙায়রি। শূরিবনি, শেল থোকইবনি হায়দনা থোকইবনিস্থু অনা-শিকিগী শেপ্তোক্লি। চঙ্গদবনা জোম-জোম!

—অদুবু ইবুংঙোনা হায়বিবিসিবু শোল্লগুমসি অশিবা মাগীদি মরাচান্নি 'সিরো? (মমাৎ-মনা খজিক যুংখৎখি।)

—অদুই রা নজ্রেনে! শোনগনি, শোন্দবা য়াদে। শোনাংতি শোনবদা তাবনি। ঐনা হায়জবদি শোবাং অসিনস্থু লোইবা নক্রি, কীরোই লৈবি, থাগী দিন নুংস্থু লৈবি। অঙম্বা মহোয়না পালা ৪০/৫০ লেপ্তুনা ওল চাক তৌদনা মহা ভাবীগী তৌবদো মদু তৌগুমসি 'সিদনি। শোবাংতি শোনগদবনি।

—হোয়নে অদুনিনে, ৪০/৫০ লেপসি কনানা হাযবগে! শোনবদি তারে। শোব্রবনিনা মীরক তিল্লম্বা অহননিদো; কৈরোই লৈকাইদা চাং তাবা হায়বম্মস্থু লৈরি। ঐগী ভাক খনস্থু য়াদ্রিয়ে, রাসে।

—কৈরোই লৈকাযগী রাদি থাপ্না থম্বীখোদা! কয়েং অঙাংশিং অসিনা অরাবা তাব কাদা কনাস্থু হন্না যেংবিদো লৈতে। মহোয়দি য়াম্না তৌসি, হাউনা চাসি; চাথোকঅগা চৎখিগে অসিদনি।

—মড়ুদি লৈকায় য়াওরয়োই, তোঙান ভাজয়গে, মীরক তিন্নয়োই হায়'রানি। মড়ুদি ঐখোয় খ্বাই লৈরি; শাগে পান্নিয়ে; শাগে' শোন্দবা য়ারোই। মপা-মপু জাৎ নাইদরগী থবক তৌবা য়ারোই। চৎনবী হায়বা অমা লৈরিবসিবু ঐগী-দয়ো' মযাম্ভ থৎইদবদি লৈবাক নিংথৌ লৈরি। চৎনবী থুগাইবদি মতিকস্ ওইদে। (মফি শেম্বদৌনা তৌথি।)

—চৎনবী থুগাইবগী রা নংেনে। চৎনবী শোরাৎ হায-বিবসে শোনগনি, শোনগুমসি হাংদেনে। ঐনা হায়বদি যুম ইঙ্কোন যোংগদি শোনবা চুমদে 'সিদনি—

—যোন্নবদি বদায়দৈ শোন্দোইবা' ইবুংঙো শোন্নোদনা'

—সম ঙম্মোই, ইন্দোনস্ম য়াবোই; মচা লৈরি অড়ুই রাদি। ঐনা হাযবদি, ঙমজদবা ঐখোয়গী ঙমজবা মওংদা কক-শিনসি, ৫০ না ১০০ না লোইশিনসি, লাইগী শোয়বা য়াদবা শোনবা লাকপদো মড়দা তৌরগা তোকসি। তল তৌদে হায়দনা ঈশ্বরনা লৎনগদবা লৈতে। ঙমদ্রিঙৈ 'সিদদি চফু কায়বগা চুই-ক্লাক হব ৎবগী মংত্তুদি তোক্লসি সিনিনে। 'সিবু কম্নাম কাযনবগে, মংমস্ মখয়বিযু। হৌজিকপু 'সি যোম্থোকঅম্মগা হয়েং শোবাৎ মঙু। কনাগীদা লৈদোইনো? বেংবিযু অঙানা...।

লোইবা ঙমথিদবে; চাক ইন্বা চাবগী মতাংদা চাক-শঙ্গলোমদা অঙাং কপ্পরকখি। অনৗদু শাউগৎনবম্মগা খরা খরা ঈংথনরকখি। চা অমুক লোল্লকখি। কনা কুইনা তুমিন তুমিন

লৈনখি। শাগৈগী অহল অনীদুনা লোইশিল্লকপগী ওইনা মপান খোপলকখি—কংমদৌবা কেশো ?

অনী খরৈ কমদৌবা কেশো। অমা লাকই কমদৌবা কেশো ? অমা চঙঙকই। কমদৌবা কেশো ? কমদৌবা কেশো, কমদৌবা কেশোগী মরক্তা দোসাহোনগী পুঙ-খান হৌরকই, লোইখি ; হৌরকই লোইখি। মঙানি তরানি খঙহৌদে, পুঙ-লোন ওন্নকই খানগী মহুত্তা কোরতাল অপুনবগী খোঞ্জেল পুন্না তারকই। ঐনা শেন অমুক্তং থান্নরগা থোরকপদা ইবাই কেশোদা ইন্দোল কেতুকীদি উদে মশা ঙমদবরা হায়না হংলুই ; খুম্মম্মি—

—ঙসিগী নংননবা নহাল পাইখ্রে।

—কদাইদা ?

—নদদ্বীপতা।

মবাই বীরসিংহু অরাংকম ময়াদা য়াম্নমক চীং লেম্না কমহৌই।

চাউনা শোনখি। মচু তাই হায়নৈ। সুমিদাংব্রাই অতুমগা মথংগী অয়ুক অতুমগদদি শোন্নখিগুম তৌই ; পঙনোপ নোপ্তে ঙাঙনখি। ইমুং মমুংদা শা-নবদগী হোটেল য়ৌরকপা ঙমবা ঙমদত্রা হায়বদুদি চা তোয়না থকনবা ইবাই কেশোদি খঙলম্বা য়াই, মঙোন্দদি খাগৎকদৌদনি। ঐগী ওফিসতা মতমগী নহা-রোলশিংনা লাইরেন লফুৎকী মথক্তা অপঙ থৌনাগী মরমদা

কান্টিন্দা পুঙ মরি মথায়গী সাইরেন নীনী হুম্নি তাথি। ভাতংবগী শাথবী মচীন্দা হুন্দোকপা নুথাকলা অদু মন্না চিংথোক চিং-থোক্লুনা চাথিবা থেংনহৌই।

থা অহুম মরি মতুংদা নোংমা শাটীগী টিউব ফোংকে, মন্দিরগী স্প্রিং অমত্তুংগস্থ হাপহনগে হায়দুনা মাগী দুকান অদুদা চঙলুই। পীক্লবা শহরগী কাথ্ অদুদা মাগী ইমুং পুম্না হুপচিন্নম্বা ডই। ফোংলবা কাথল অদুগী ফম্মাংদা পানা অনীথক্তা, ফক্লাং অহোবচ্ছ মেনবোইনা ভারিবা রীম অমনবা অহুমথক্তা মতু মভায়রে গাড়ী শেম্মী-থোংলি হায়বগী খূদম। পানশিন্নম্নগা পম্‌ রায়বা চেনব্রিয়ৈভদা ঐনা ঈশিং কন্দুনা শান্নরিবা নুপীমচা অদুদা হংলুই— ইবেম্মা ইমাকোয়দি?

—ইমাবো? ইচেগা রাই খম্না চৎখিনা।

—রাই খন্না। মিলদা?

মনপ চিংখৎ চিংখৎলা অপাৎপা মবুক্কগী কালেনগী হম্নিং হোইদোকখি। নুংশিৎ হাম্না হাম্না ইবাই কেশোনা হায়রকই—

—হয়েং নওগী গাড়ীসি ভাকাক্লা লৌগে শংব্রা?

—ওফিসতি কানি।

—ও, চুম্মিনে, করে য়ারনি।

—করিগীনো কদায় চংকে'গে?

—আ, শোরাং অমত্তা চংকদবা লৈবা। পোৎয়েংদা পীরম্নগা হুং হন্নকদৌনি।

সোরাং, পোয়েং। মখুৎ পুন্দুনা ফমখিবা মাগী মঙং খং-নীং নীংশিংলকই। খূৎশূমন লৌ হায়বা য়াখিদে। শাম্নরিবা মচানুপীদুদা পীরম্মগা থোরকপদা মাগীগা হেক থংনবা তুকান অদুদা মপুগা অফন্নগা ভাবাগী ঙংখৎনহৌবা হাইংপ তারকই। লাপ্লপ্পা ওঠি সঙ্কং..া খোঞ্জেল অমগা পুঙ মাপল মথায়গী সাইরেনগা অমুক্তুদা তারকখি। শোরাং অমম্ভ লৈববা জাং ওইবে। তল ওইনিব্রা ফোলা ওইবিব্রা।

তবানি কুন্নিমুক লৈবগা নোংমা মুমিদাং অমা ঐগীদা তহা তহা চেল্লকখি। পৈশা খজিক্তুং পূবগী রাকৌদোক্তা রারী যনা শাংনা লীরম্মী। ইচে অদু অঙা উম্নবগী মুপীলায়েং-শঙদা লৈবে, হিদাক-লাংথক খবা থাদবা য়াদ্রে হায়বদ মখঙহৌই। থা লোইশিল্লকপগা ওইবগা, অঙাংশিংগী হিদাক-লাংথক খবগা লৈগদবা লৈবগা থংবা ঙমখিদে। ঐগা কায়নবমদায়দা হিদাক লৈবগী শেল লৈংবদুগীদি থোইনা মুনা খিদরে। ঙসি মঙানি তরানি মতুংদা মমা মচাম্ন লাখে শংদগী থোরল্লনি, অঙাং ময়াম অদুগা চাজেনবী অদুগা কদাযদ কনাগাদা লৈবা অসিগী ফম্বং নখিবনা লেনখি। মবঙা । খ ঐনা

—অদু, ইদোগ কেহ্নকীখোযদা মঙানি তরানি লৈবদি?

— মাগীদু, ইংোলনা পীকংবা অঙাংনা য়াম্মিবা। মচানুপী অমা হল্লক্লনা লৈবিবদুগী লৈযম ফাঙবা লৈত্রি। তৌহৈদে হায়না হাংনা মথা শঙ্গোম্নদা খাবগা লৈবিবদা। ফম্ফমফাও লৈতে।

অখেঙবা নুমিদাং অতুদা ঙাঙনা ঙাঙনা চৎখি। গাড়ী রাম্মগে হাযবা যৌনা কাড়খি।

নোংমা অমুক অমা, ওফিস মওম্ম্রি, ঐনা ইংখোলগী থাজনা থাগে হায়না যোঙনাও মপাদা লেপ্লিংঙদা লৌকংশঙগী নাকন্দা চৎল্লিবা শোবোক অহুদা ঘনগাড়ী অমথক ৎনক তবক থারে। মানবা যাওইদা হাযদনা মুম্না য়েংলুই। কনাগুম্বা অমা ইশাং শাংনা হীপ্লা উই, ইচে অতু শোযদনা ওইরমগনি। নুপামচা অতুনা অঙা, শাশক অদ পাম্মগা মমাগী মকোক মপাদা ফম্মী। পাক্লিবা নুপামচা অমগা নুপামচা অমগদুদি চোংবু চোংবনে, ফনবু ঘনবনে শান্নবি। ডাইহাক নৈনগা ইবাই কেশো অহল অমগা অনকপা লৈবক অমদগী শৎ থোকললকই।

গাড়ী অদু তপ্না অদুম থৌথখরে— কাইদ-কাইদ। য়াম্না খামনা শাংথখিবা লম্বেলনি, হংহৌই— কদাইদনো ?

ইম্ফাল, ১৯৭৪

## তাম-নকুই নোংমা

হীয়াঙ্গৈগী মাকমৈ, থোইদোক্লা শাদবা নুমিৎনি ; অতুবু লৌবীদা নীংজিং-মাঙজি ননা চৎলিবা মেরাজাউগী মফমদদি ওমচাক্লনা থোক্লরি। লৌখাও থাঙ্গোল অমদি পোথা-হৈথাগী

পুন্নকপা। চুপাং, অনী পুম্না পান্নরিবা মখূৎনা নাকচীদা কান্নকপা হুমাং তৈথোকই। লমশাং চৎপদা লৱাই-ইম্ফাল লৈহেন্নবদা মপা লৈত্তবা মেম্বাজাউ, য়ুমদগী লদুক ফাওবদংগী তেম্লবা লমদাও খজিক চৎলকপদা ব্লোকাজ্রিতৈদা মথোঙ থাংবা থোক্তে। পোত্থাগে খন্নুবদি নত্তে, ৱাংলপ তৌবা পোরী কাচিন অমদা ফমথন্নকই। মনাদগী বেন্নী মতেক অদু চস্মি; মৈথু কামথোক কামথোক্না লাপ্না চীংয়াদা নেম নেম পাইথমিন্নখিবা উন্নোক অনীদু মুন্না য়েংহৌই। উন্নোক য়াওদ্রবা মালওদা য়েংদুনা ফনা কুইনা লৈ। মরক অসিদা হৌখিবা থা ৭।৮ অসিদা হিদাক ঙাম্বক কাংদনা মদোম হংজহুনতা লাক্লিবা সুংগী ৱাহং অনী অদু অমুকস্থ, ৱাখলগী অনৌবা নোংলৈ অমগা লোয়ননা ফাওন্নক্লি —করিনো? কনাগীনো?

ৱাহং অসিগা ঈরোয়ননা মাগী সুপী কমুন্নৈ উরকই। ওরাং অহীং নোংঙাল্লমদাইদগী মাইবী কোবা কোয়চেন চেন্নবনি। মায়োক্নবীনা চিংনবা ৱাকম অমা পল্লকপদগী চাকচমাঙ অমা লাপ্না কৈথেন্দা লৈবা ডিস্পেন্সরীদা ডাক্তরগা উন্নরুগনি হায়দুনা খুলগী সুপা নহা অহুম অয়ুক ঙম্বা শানখীবত্ন নীংশিংলুই। লুখুম কাদা, চরু মথক্তা চাবোক খুয়েক থাঙদুনা থরো-থরো ওন্দুনা লাউ-খোংহোবী মাগী সুপীবু শংশং উরকই। মুনা ৱাসী লৈবীনি; খেরাজাউনা য়াম্নথক লুনা চাম্না তৌজবীনি। হৌখিবা চাবোক মঙারক্ ফাওবদা, নাহেবদি লায়রক্লুনা স্বর

# তাম্ন-ক্নই লোংখা

খজিক চাউরকপদা কাঙথল মমুংদগী ফন চোংথোক্লুনা মশা নম্নীখি ; মকোক নানবি়খি ; সে-গা মাই-গা হংনা খোৎনরি-ঙৈদা অহিং হৌখিবা খঙহৌদবনি। অতুবু হন্দক্নী অসিদদি মেরাজাউ হৈনরমদবদগী মৈরো য়াম্না হেনজিনখিবনা ঙরাং সুমিদাংদি ফর-ফর ওল্লবী, মতাং ঙাইহিরিবী মুপীবু মর্য়াম মমাঙদা, মথোঙ-মরম ইখঙ খঙদনা তথি-ভথি চৈথি—“করিনো ইহি-হিগৎলিসিবো! হা। নমায়দো পাল্লো। কব্রি থোক'ম্নেনা তৌরিনো!” থোঙজিন কাম্থোক কাম্থোক্লা মথা তাখি—“চুমদ-মাল্লেকো হায়দনা তুমিন নৈবনিকো। কুইরবনি। তৌসু শা-ঙা-দোনা তৌবাইবু নথায় মাঙজনি। সুপীদিনে ওকপা ফৈকো? ওকপা ফৈ।” পঙনা শাউগন্দবা মেরাজাউ শাউনা থোকখি।

ময়ামদদি খঙদে, তমুরৈদদি ঙক্লা থোকখি। হৌখিবা থা খরা অসিদা ঙক্লপ ঙক্লপ তৌবা মতাং ফনা য়াম্না খেংনশ্লবনি। মপুরোইবা মেরাজাউ মঙোন্দগী লাপ্লপ তাখিগুম্বা অমা ওইনা তৌরকখি। সে-গা মাই-গা ঙাইহাক নৈতনা তাথোক তাশীন তৌরম্বনা সুমিদাং অসি থেঙলপ হজিল্লক্লগা চাগদবা খরা চারগা ফমুংদা চঙখি; হিপমিন্নবা, ঙম্ভানা তুমথরম্মবা মচা অনীচু পঙচৈদা মচৈ; মথোঙ-মরম খঙদনা শাউনা ঙাঙই। তমুরৈনা করিনো কৈদৌবিরবগে ? হায়না হংলুবদা “নঙ ঙাঙলকম্ল!” হায়দনা শংকৎলকই। তমুরৈ মথা তাজদে। অয়ুক সুংখিজন্ম অচু মঙায়। ঙম্ভা লৌ চৎলগা চৎখি; চীংদা শীং চনবা চৎলগা

চংখি · ভল্লপ হন্নর্গনা ইথোল শূরগা শূবে, নত্রগা লমজাওগী পুঙ্খী অচৌবদা ঈকঙবা থোকখিবনা মীনা চাক ঈশিং তোক্লরবা মতুং কাইনখণ্ডদা হন্নকই। হংলুববস্ত মুপা ঐনা চৎপবু নওনা পান্নবিত্রা হাযদনা শাউনকই। তমু মথা তাকদে ; মহৈ অনীবক লোকপা লৌক্ষমগী থবক্তা রাডুনা তৌরিবনি কায়না খঞ্জে। অদুগা মশোঙ উন-উনা লৈখিবা, লাপ্লপ লৈথোকখিবসিমদি মবুক্লিংদা ফাওবা কুইরবনি। নে-না ভানা রারী শাকবা ইম্না য়াদে।

মেরাজাউনা তমুবৈবু য়ান্নমক সুংশিজনা লৌখিবনি। পেন্দিন্নবগী মীৎয়েংদা নাকোয়ননা যেক হাইবপ থোকখিবগী রাকন্না অনীবু থোইনা চেম্না চান্নহনখিবা অশেংবনি। জন্ম কযাদা থমচেৎ চামিন্নখিবা, খুল্লঙ কয়াদা থমচেৎ চামিন্নখিবা, খুল্লঙ কযাদা পুন্না লৌকুম্মিন্নখিবা, মীবৎ-নারৎকী ভাল্লক অয়াম্বদা চীংছী লুমিন্নখিবা, খুলগী মমান্নবা-মমান্নবী কযানা সাক্ষি ওইরি। পোয়ন্নু লৌবোক কয়াগী খুল্লঙ ঈশৈতনা পাউশা থা নখি। লীলা পালা কয়াদা মাঙ্গোল অমদি শুমাঙগী চিদাইদগী চেপথ চেপথ মীৎচানখি। নোংজুগী অহীং অমদা পুন্না চেনমিন্নরকখি ; অহীং অদুমক্তদা যান্না শন্না কন্যা কৎপোয় হোঙবোই রাথৈখিবা থোদোকশিংদু মথং মথং ঙাইহাকস্ন নীংশিংলুই। অনৌবা শৈহৌ অনগী অহীং অদুগী, তূমদ্রবা নোংঙাল্লমদাইনি। রাগী কাংথক অমদি চকগী মোম্পাক অতুদা পুন্না কমিন্নখি। মেরাগী লাইবক চপ চানা য়ুথরকপা মবায়বক ফরবা ঈরিক অদু অনীনা পুন্না

ঙৈথোকমিন্নখি ; য়েংখৎমিন্নবগা মোমোন তৌমিন্নৈ। য়েন্দা অহানবগী তাংখক্কা য়াহৌওনবা শেন্দাং তাথীনি মতাঙ্গুম তম্নুরৈনা নাম্ন-চীক্না মপাউ তম্নকই - "ঙসি হায়বা সুমিত্তগী; নঙগী ওইরবীনি। মুগে খুসী ; হাৎকে ননীং। পীজরে চাব্নে পীজদ্রে তোকএ। থাদোকপীগনু। নথাদগী হেঙ্গরোই।" মেবাজাউনা খুমখি "থরায়রু থাদোকঅদি দেহেদি করি ওইবা হৌনবগে। চারে চামিন্ননি ; হেল্লে হেনমিন্ননি। হির্ণমিন্নগনি, শিবা তারে পুন্না। ঐগী ওইবতা নত্তে নঙ অসে ঐ ওইরবনি ; ঐ অসে নঙ ওইরবনি। নঙ ঐ অমত্তা ওইরবনি।"

ময়েক লা-না নীংশিংলুরগা লৌরীগী মেরাজাউনা খল্লকই, মাগা ঐগসিবু অমত্তা ওইরিব্রা! মাবু ঐগীতা ওইরিব্রা। ঙই-ফমদি থোকই ; ওইখিদবা জাৎলা ! নহালরাই লোংমা এনা শম্পোৎ কারকপদা মাগী তোঙ্গাউ হায়বদুনা ঐখোয়দা ঈশিং থকঅম্মিবনা করিগী ? থকসু মথক-ও ফরে, অদুগা মানা কোক হেক চৎখিয়মদদনা মনীংথোঙগী দারীদা ফম্মগা কংক্র থকঅম্মিবনা করিগী। ঐখোয়' চাকথুমগী মৈতাল নক্রবদি মৈ চাক্র'জাৎলা।

মওল মওল খল্লম্বদগী লবুক ময়াগী শাবলদা হৌখিবা খোংনাং অদুদা য়েংলুই। চকী ৭।৮ মমাঙদা লোংমা পোয়নুগী নুংথিল অমদা মাগা তোঙ্গাউগা পোথামিন্নখিবদু শংশং ঃঃকই। ফৌদোক-চাথোক্তী রারী মরক্তা তোঙ্গাউনা হায়খি — "ঙা মেবা, মহোয় খুম্নৌ অরাং লৈকায়গী তম্নুরৈ অসিদি ফৈবো' মানা

চহী খন্না হন্নম তৌনি ঐদি হিদাক ঙাম্বক অমা থকউসিন্না হান্নবা খঙ্গিয়ে হোয়েল।"

মানা কন্নি খুমখিবা মেয়াজাউ নীংশিংবা থোক্তে, অদুগা তোঞ্জাউগী পামজবা মওং অদুদি শংশং অমুকস্ত উবকই। মনীং-থোঙদা নোকমি নোকমি তৌদুনা মৈতাল লাম্থোক্লগী মাগী মুপী উরকই মরক অদুদা অনৌবা বাহং অমস্থ য়াওরক্লি—'চুম্মিত্রনে?'

কনাস্থ লৈত্রবা মেয়াজাউনি। মপা মশক খঙকৌদ্রে, মমানা জান খয়া খয়া তারকপগী অদুদা লৈখিদ্রবনি। মথুয়াশিং অমনা য়োকখি। লৌ-শীং মচেৎ অমত্তা লৈতে; খুবাকমুক শাকপা ইখোল মচা অমা লৈবোই নিবোই তৌদুনা লৈরি। তমুরৈগা পান্নবা চহী মঙা হেল্লে। তমুরৈ কুম অমুক্তা কাংলক্করি। কাংদবগী মথক্তা কাইবোক অনীরক থংন-থংননা য়াওখি। পুন্না অঙাং তরেৎ, হন্জীসিদা অমা থোরক্লগা ৮; তূমা শুরকপা তারগদি ৯। বোম্বীখুনা অনীদং; চাবিনবদি লোইরোইনা ছুইথরিবা ৭; ঙলি হয়েং ৮ নত্রগা ৯।

খুলগী চীন্দোং ন্নাইতোং অনী-মরীনা লোন্না অমদি ফোংনা ভাব ভাহনবদগী মথা অমুক পোক্তনবা ডাক্তরদা শেমহনসি হান্নবা খন্নখি। তান্নবগী অহীং অদুদা তমুরৈদি ওস্থোক্লা খন্নায় তানা নোক্লপা হান্নরকখি—'অদুবু ওইবা য়াবা ন্নাররে। ঈশ্বরগী লম্বেলবু মীওইবনা শেম্মা ঙম্মা হৌনদেদা।'

মেরাজাউস্থ নোক্তবা ঙমদে। থাজবস্থু ঙমদে ; থাজরু-দবস্থু ঙমদে। ডাক্তর রবীন্দ্রনা মঙোন্দা তাক্লকপা শিংলী ময়ামদুগী মপুংদা অমা ককপা অমদি পুনশিনবগী য়াকন্নচিংবদু মকোক মমৈ ইশম শম্মদনা তমুরৈদা তাক্ল্ই। অঙাঙ মথং মথং চাক ইল্লিবী তমুনা মনাকোংদা হাপখিত্রা হাপখিদত্রা খঙদে ; মানা তুম্লমদাইদা শোনখিবা কায়বদু—'লাইগা মীগসিবু মামর'জাহ্লা খঙদ্রেদা !'— হায়বসিনি। থাজবা য়াবা য়াকম অমনা খুলগী খুনুবোন মপুংদদি ঈশ্বর হিংলম্বা য়ারি হায়বসিনি। থামুক কয়িমুক লৈরগা নোংমা কনাস্থু কনাস্থু তাক্লমদনা সহর চৎলুই। নীনী হুম্নি লৈকরগা কুম্মকই। হেক য়োৈরকপগা তমুরৈদা হায়রৈ—"তমু, লাইবক য়েংলকএহে, পৈশাত্নম পীরকই, তো নঙগী ফুরিৎ মচা অমা লৈবকই।"

ফুরিৎ অদু মুপীদা পীরম পীকাত্রিরৈঙদা ফুঙ্গাদা বোকুল-চলা য়েন্নরিবা তেঙ্গোল অদু হুপচিল্লক্লুনা তাপ লাক্লগা অমনমুক হুকচিন অমনমুক থিংজিন, মখোঙ মরম খঙদনা হেক-চিংনবদা শেগ্রাকী লংদাই অদু থাইবোক হেঞ্জিন্না নাম্বোকখি। মপাগী খুপাক অমমম চারবা মতুংদা ময়াম অদু পেহৌ-পেহৌ ঈংথখি। চনাস্থ খুপাকস্থু অমত্তা ফংহৌত্রবা থাদকী মুপামচা অদুনা হন্নুথংদা শয়াক তৌরকপা হৌদোং অদু ময়াংলেন্দা নম্মগা খেক-খেক নোক্লকখি। ইমুংমনুং হুপ্পা অমুক্তা ওইনা নোকখি। কয়াদা মকালাম্না নোকখিবা, লৌরীদা ফম্মিবা মেরাজাউগী মনাকোঙদা নৌহৌননা তারকখি।

# ত্তিংখংলৈ

কুইদে, চৱ মরক্তা ওলহৌবী মাগী মুপী উরকই ; মবুক অদু উৱকই। খংশাউ শাউনীংলকখি। য়ুংলিবা থাঙ্গোল অকোনবী অদুদা শংত্রিক য়েংদুনা ফনা কুইনা লৈ। শংত্রিক য়েংলগা নগু-নগুবা কয়া মণ্ডল মণ্ডল খল্লিনৈদা মুপামচা অমা চেল্লকপদু উহৌদে। নক্তা কৌরকপগী অদুদা মেরা খংপ্রেক খংই। হায়রৈ মুপামচাদুনা "খুৱা মেৱা, খুৱা মেৱা, ইন্দোনদো নচামুপা অমা পোকএ, খুৱা মেৱাবু লাউয়েয়ে।" খুৱা মেৱাদু মণ্ডক্তমক নোমহৌই। মুপামচা অদু তফি-তফি চেনখি।

হৌখিবা চাবোক খুদীংদা চাউরবা মচীনবান্দা খোই মহুম শাদুনা নোকমি নোকমি তৌখিবা মেরা ওসিদি য়াম্না হৈনীংদনা উই। অৱোনবা মায়থোঙ পুবস্ত হৈতবনিনা মথেক লা-না খঙই। থাঙ্গোলগা চুগা লোৱীদা ঙাদুনা লৈহৌই ; মেৱাজাউনা লমজাও তম্লকই। অরাং পাংনা তপ্না-তপ্না হাইগৎলকই ; ময়ুম তুংওই-নহৌই। পুম্নীচৌ ময়াগী খোংনাংখোঙদা বীৱী অমা চম্মগা হাইগৎলকপা গাডী ঙাইদুনা লৈ।

মতাং অসিদা ডাক্তরগী গাডী অঙোবা মচা অমা হাইথরকই। মাগী মপাদা লেপ্লগা খুম্নৌ মথা লৈকাই কদায়দনো হংলৈ। ডাক্তর রবীন্দ্রনি। উবমক্তা মেৱাজাউ হংবা ডাকপগী মহুক্তা মমিত্তা ঈৱা চেল্লি ; মপূক্নীংগী রাখল অমদি মুংগী অৱাবা পুম্নমক য়াম্না শম্না ওম্মি। অডাং অদু উরুৱবদি ওপ্লোক্তা নৎখিত্রবা থবক অমা থোৱবস্থ য়াই হায়না ডাক্তরদা ফোঙদোকই। ডাক্তরনা রাখলগা

# তাম্ন-রুই নোংমা

লোয়ননা তুমিন্না তাকববগা মেরাজাউবু কৌখৎলে। গাডী মমায় ওন্নুনা হোস্পিটাল তম্না থৌরক্লে। হেক যৌবগা মথোল মখি ইচায় হায়দনা খুৎসু খুৎলাই থাডুনা ফনা কুইনা য়েংলুববা মতুংদা মাগী কাদা পুশিল্লে ফমহল্লে। চুকপ অহাংবা অমা পীথকে। তপ্না হায়রকই —

—মেবা বাবু, মেবা বাবুগী অঙাংনি।

—অওইবনে ডাক্তর বাবু?

— অশেংবনি।

তাবদা মেবাজাউ খোইবাঙই। শোযনাইবা মীখুংকী মরীদা ডাঃ রবীন্দ্রনা সুগাইনা ঙাঙলিবা রাখম অদু ঙাবি হায়বদু মঙক্তি, খোইদাদে। মযুম য়ৌনীংবনা খোৎলি। ডাক্তরদগী লুপা খজিক্তং পুবগা লৌখাও ফীজোল অদুগা কৈথেল তম্মকই। খাইদগী চাউবা দুকান অমা নীংশিং নীংশিং তমু-তমুবী তমুরবু ত্যা উরকই। নিপানশুবা অপীখক অদুগী শকফম ভাবনা শাংগা কনা হেম্না মাপ্লিগবা হায়না খনখি।

ইম্ফাল, ১৯৭৫

## চঔসিগী মনা

ঙসি নোংনীনী অসিদা সহর অসিগী পাউ অমা ওইনা ভাবা অমদি নৈনবগী রাকম অমা ওইনা, অমরোমদা মুংঙাইবা হরাওবা অমদি লমদীমবা মন্নুংদা তঙাম্নফদনা হৌজ হৌজ য়ানীং-দরপ খোয়শাউনবা পাউজেল অমা তারক্লি।

আকাশবাণীগী মুমিদাং অথেঙবগী অমদি অয়ুক্কী পাউ পীবদা য়াওথি—'কুমারী রাধারানী দেবী জগোয়গী ওইনা ইন্দক্কী 'ভারতী' মনা ফংলে।' কুমারী অসিগী কলাগী পুন্সি মতেক অমনা মপান খোপথি।

পাউজেল চে অমগী মমাঙথংবা লামায়দা অচৌবা, থবা হন্থবা, থজিক অমুক হন্থবা ময়েকশিংনা নম্মকই - 'ইন্দক্কী চঔগী 'ভারতী' মনা, রাধারানী দেবীদা পীখবে।' কলাগীদা নত্তে, মশাগী শম্নপ্পা পুন্সি মপুম অমনা মথা শমথবকই।

অয়ুক্কী হোটেল কয়াদা, মুমিদাংগী ললাই সংস্থান কয়াদা, মরুওইনা জগোয় ঈশৈগা অমদি কলাগা মরী লৈনবা সভা, সমিতি, লোয়শঙশিংদা পাউগী ঈরিক অসি ঈমায়দা থাউরিক ওইনররি। ঙাঙনৈ, তানৈ, শঙনৈ, খম্নৈ নৈনৈ। সহর অপুম্বা, লৈবাক অপুম্বা হরাওবা মুংঙাইবা ফোঙদোক্লে—থরনা হৈনীংনা থরা অমদি থৈয়ায়নরপ। মুংগী অশেং অশেংবা শক্তমদা শোয়দ-নমক খেম্নরবস্ত পানগী মায়বা মওং অমনা, হরাওনৈ ; মুংঙাইবা ফোঙদোক্লে। চামিন্নৈ নোকমিন্নৈ - দেশ অপুম্বা নোক্লি।

# চহীনিগী মনা

কুমারী রাধারাণীগী মমিন্তুন্দি শিরাং শিন্থরি নোক্তে, কপ্তে।

ময়াম মনাওদা, ক্ষৈজদা, মন্ত্রী ফমীগী নাকল্দা রাধারাণী ফম্নি। লৈ পরেং অদু মখুৎনা শাগরি। শনাবৈ অথোনবা অদুগী মনাক্তা চাউরপ লৈদ্রিবা পরেংগী কিশি অদুদা খুবীপা খুনাওবীগা অনীনা তক্লি। শাগরিবরা খাওলিবরা? করি শাগত্রি অদুগা করি খাওলি? থৌরম শেরবা মীয়ায় অদুনা মখা চথরকই "............ অদুদা কুমারী রাধারাণী খাইনা রাধে হায়না খঙ-নরবী রাধারাণী দেবী, পীশক পীক্লিরৈঙদগী হৌনা শাবা হৈনজ-রকপীনি। ভাদিংদগী হৌনা মশাগী ওইনা অনৌবা পুমনৌ নৌবা মাগীতা ওইবা শাথেক অমা লোয়নজরক্লবীনি। তাকফাক্লিরৈঙদা খঙবা অমদি শাফা ওইবনা হানবা কুমারী রাধেগী মবুথি মমৌ-শিংনি...... "

ওসিগী রাধেনা ইথক্ত খঙহৌদনা অদুরৈঙগী রাধারাণীদা গুরু-মযুমগী ওজা তোনসনাগী য়াক্রবা খোঞ্জেল নৌহৌননা তারকই — তাকই খঙদে, তাকই খঙদে কমদৌদোইনো রা-ধা! নয়ুমদা থরা ওঁগাইবকপা য়াদ্রো। কা তম্মীদো হায়দনা পঙতমদা মতম্মী। চাবগা উইবগদনি নঙনা হৈবিবা! নঙ' তৌদৌসি লুইদা অতো।

থরগী মতম লৈরগা ভারততকী অচৌবা কনাগুম্বা অমা তরাম্না ওকপগী মুংঙাইহন্নবা উৎপা জগোয়গী থৌরম অমা ওঁরাই-মিন্নবা মতাংদা ওজা ইবেম্মা সনাইবেম্মনা লাউথিবদু নাশোন্দা তারকই—'থেকইবনি হায়দনা তৌরিজুবু য়োৎলী তক্লা অরিংবা

অশ্বাকপা কোনবদৌনা! রাধে নঙ মী ওইরোইবো! নশক নত্তৌ ফজমনবগী তৌবনিকো।"

নোঙ্কুনা ঙাঙবা রাঙাঙনি; রাধারাণী ঙমখৈ লৈতনা কল্লাঙবা নত্তনা থুকফাও লাউখিদে। ঙসিগী সভা মমাঙসিদদা মশাঙ্গু শাওবীং শাওবীং লাউয়ক্কুম তৌনা অমুক্তংগা হন্না তারকখি। লৈবাকী ঙক্সা অনীদুবু শংশঙনা উরকই। অপুনবা মন্নামগী থুবাক অমগা লোয়মনা থৌরম শেম্নবা অতুগী রাকম অমা ময়াম্না ঙন্নাম তরাম ওকখি। রাধারাণী মমিং-মনা তথক তথকই, অসান খংলাক লাকপগুম মশাবু চেকশিনজখিবগুম তৌই হায়বা মশক নাইবা, থংনাগ্নবা মন্ত্রী অমত্তুদি হাইরপ খঙহৌই। মুপা অতুনা অমুক্কা মথা চথরকই —

"....–অমুকস্ত হন্না হঙ্গচ্চবা তারবদা নোয়না নোয়না থেকপা রাধারাণীগী থোৎলবা শাথেকপু ঙসি লৈবাক অপুম্বনা 'ভারতী'না ইকায় খুম্নবিবি, ঐখোয়গী লৈবাকীদা নত্তনা লৈবাক অপুম্বগী ওইনা চাউথোকচনী'ঙাইনি। তশেংনমক রাধারাণী দেবীগুম্বী চম্মু পোকচরুবী ইমা লৈবাগ্না অতৈগী মমাঙদা মরাগ্ন হাইগত্তনীং-ঙাই লৈতে। হাইগৎকনি.... ...।"

'ভারতী' মনা, ময়াম্না কেন্না খঙবিরি, ইচম চম্বা মনা নত্তে; লৈবাক অপুম্বগী মনুংদগী অখন অখম্নবা মীওইনতা ফংবনি। ভগোয়গী লম অসিদা কুমারী রাধারাণীদা পীরক্লে। ঐখোয়গী লৈবাক্কুদি মহাক্না ইহান হানবা ওইররি। অচম্বা মনা নত্তে।

'ভারতী' ; 'ভারতী' লায়না পাঁবা য়াবা অমদি মংবা য়াবা মনা নত্তে -.... ।"

অড়ৈগী মুমিদাং অহৌং অহু নীংশি লকই। থোরম অমা য়াওরুবদগী হল্লকপনি ; থিল্লকই। গাড়ী মসুংদা কলাগী শকথও মায়খঙনরবা এজকান্তনা রাকম অমা হোদোরকখি —

—ইবেম্মা, নঙদি লৈবাক্কী মনা মুংনাকাদি পাম্মুদবরা ?

—ওজাবু মনা কা'ইদুদি এখোয়গীদি থাপল্লবা রানিদা।

—থাম্মোই' নীংবা অপুম্বা কৈস্ত থাম্লমদবনিকো।

—এখোয়গীদি ওস্থোরা থাপত্রে , মীগা লৈজদবগা ।

—পাম্ববু শোয়দ্রবো ?

- করি রানো ওজাবু।

পামজরুবাইবু হৌখিবা চহী অনী অহুম কন্না হোংলরুবনি। মশক নাইবা গুরু অনী মরীগী মফমদা ওমজবা তম্মুরবনি ময়ামগী ওইবা থোদোক থৌবম কযাদা থরায় হকচাং য়াওনা শাজকুরবনি। মশক মত্তৌনগা চঙখোনবা ; শাবান মুত্তীনগা চুও ফীরান চাবগা ময়ামগী রাথল অমদি মীৎয়েং হল্লা হল্লা চিংশিনখিবসু শোয়দবনি। চাবা থকপা নীংশিংলুদবমক তৌরুদ্রবসু পীরিরৈডদগী ফজবকপা তাঞ্জাগী থৌদাং অমা ওইনদি মমাম্নবা অতৈদগী হেল্লপ কৈনজৈ হোংনজৈ—ঈরোয়নলা মহৈ য়ানখিবা অমদি খাল্লকপা ওসি ওরাংতগী নত্তে। চহী অদুমক্কি, লৈজবী থা-দুনা শাজখি। মীরৈবাক চংপগী কাওলুপ অমদা

ময়াক্না খনখি, চত্নুনা মশাগী লম্নাইগী নাংতোম থৌরম কয়া পাঙলুই। হেক হল্লকপগী অতুদা ইরৈবাক রাংমা, মপাক তরেৎ রাংমদা পৃথিবী অপুম্বগী ওইবা মীতিন মীমাঙ কয়াদা শাথেক কয়াগী থৌরম পাঙংখাকলুববা মাঙ্গোল কংই। প্রজাগী অমদি সরকারগী মায়কৈদগী হরাও হয়াওনা থাক্রই। মিংচৎ অমদি ইজ্জৎ শাগোল্লরতুনা হল্লকখি। তরানী কুমীদংগীদা চৎখিবনি, থা অহুম মপুঙদা, লম অতৈ অতৈ কোয়রুরগা হল্লকখি। সনাগী ওকমান অহুম মতিঙ লৈবগী খুদম চে কয়া অমসু ফংলকখি। মীরৈবাক অমদি ইরৈবাক্কী চেফোঙ কয়াদা মাগী শাথেক কয়া উত্নুনা থাগৎলকখি অমদি নৈনরকখি। মাগী তরাম্না ওকপা মতমতুগী মুখ্যমন্ত্রীনা পনখি—“......কুমারী রাধারাণী ঐখোয়গীতা নত্রে লৈবাক অপুম্বা ওইরে হায়বদি পুম্নমক্না রাবিরগদবা রাফম্নি। কলাকার রাধারাণীনা ইরৈবাক অমদি ইজাতিগী সংস্কৃতিবু মশক হেন্না খঙহল্লয়ে হায়বদা হায়মনব থোক্রোই ... ।”

সুমিৎ অদু রাধে ওমজবা মথৈ হরাওজখি। চহী অদুদা রাধেবু কলাগী জগৎনা নৌহোনা মশক খঙবিখি। ‘ভারতী’ মনা থাজনখি। মশাম্তু চেৎনা থাজকই। হায়দোক্লু প্রবন্ধ চহী অমগী থা খরা সুমিং খরদি মনা অনি পীবা থৌরম অমগী মঙলান্দা তাউরম্বা য়াই। রাবক রারক্লবা মতাংদা পোথাকম ওইখিবা মঙলানগীসু কারবা চপ চাবা লৈ।

## চহীসিগী মনা

চহী অডুগী মনা লাউথোকপদা মাগী মমীং শূকয়াও য়াও-য়ক্তরে। থৌরম শেমবিরিবা মীওই অদুনা মথা চথরকই —
" . অদুনা অংগোয়গী লম অসিদা মপাগী মকম অমা লৈজরবী কুমারী য়াবেগী নক্তদি অসিগুম্বা মনা অসি থেংচু থেংনমরবনি ; চহী কয়াগী মমাংদগী ইকায়-খুম্নরম্বা য়ারবনি। অদুবু কনাগী মফমদদি থেঙবা ওনবগী য়াদনি, চুমদ-বিচারদি তৌদে, মশানা তাবনি। "

সুমিৎ অদুমক্তু নীংশিংলকই। মঙানী-তয়ানী মতম কনা সুংঙাইকত্রবা মফুংদা খংহৌ হৌরকখি -হে-য়া! মফি তনহোং হোংতুনা ব্রজকাপ্তগী মমুম পাংলকখি। ওজা ব্রোজো মী খরা থিন্দোক্রুবদগী হক্রিগ্রক্তুনা ঙাইহাক পোথারম্বদা মঙায়রি। অমা অমুক লাক্লে তাবদা তংকম্বা ওজা ব্রোজোনা য়াথেবু তবাম তয়ান তৌখি। চাগী য়াহৌদা য়ানীংদবা উত্তুনা য়াধা-য়াণীনা ময়াওদগী হৌখি —

—ওজাবু ইরোই লোইবগী মী মঙাদো কনা কনানো?

—মী মঙা হায়বদি?

—'ভারতী' মানাগী মী খনবগী।

তাব অমা লাম্বা কংজিমরুত্রবা ওজা ব্রোজোনা নোকখেৎ তৌরকখি। হঙোইরপতি তৌই অদুবু মোমোন অমগা লোয়নদা নমহং নমহং অনীরক হংলকই য়াথে। ওজা ব্রোজোনা মমীৎ অনীমক অমুক্তং নোইরুরগা তপ্নপ্না হায়রকখি —

—হৌজিক্কা য়াউশঙ মতুংদা আবেয়না কৈদৌগেগে ?

—হন্দক্কা পুঙলোই লোইবদি নক্রিদনা, চহী খুদিংগীনি।

—মহোয় মঙাদি অমুক ওইরক্রোইদৌদা।

—অদুদি কনা কনা ওইরকনি ?

—হৌজিক হায়বদি কদায়' ঙমগনি।

—কৈদৌঙৈকাদি খঙগনি ?

—ৱাৎলি। য়াম' ৱাৎলি।

—অদু ঐ...... কৈনো......... ... হন্দক্তি অমুক্তা হায়বিদবা য়াদ্রেকো।

—এ! ঐদি কদায়' খঙগদগে।

—ওজানা খঙদ্রদি —..., অদু ঐ অমুক লাকচগে।

—ৱাখে, ঐদি, সুকখঙ খঙলোইনে।

—ঐ মী থরগী মমাঙদা সুংঙাইমন্দ্র' ভৌনি ; ঐনা খঙনা ।

—ৱাধারাণী নঙ ৱারৌপু ঐদি · ....

—অদু-অদা খঙদে, ঐনা খঙনা · য়ৌজরে।

অরোন-অফোঙ তাইবঙগী ৱানি। অথুপ্পা হায়বম্বা লাইদদি লৈতে; লাইগী শক্তি চঙবা মীওইবনি। অমদগী অনী; অনীদগী ময়াম, ময়ামদি ময়ামনি ; ময়ামগী মশীং লৈতে। থৌরম শেম্মরিবা মানা মখা চথরকলি—

" · ....ঐ মতম শাংনা লৌজংরোই। ময়াম্না হেন্না খঙবিরবা কলাকারনি ; নৌহৌননা তাক্লুবগী মথৌ তাদ্রবনি হায়না খজে।

# চহীসিগী মনা

অতোমকপু ঐনা অরোইবদা ময়ামগী মফমদা হঙ্গচনীংবা অমনা কুমারী রাধারাণী কলাকার অমনি অশেংবা কলাকার। কলানা মপুন্সিনি, কলানা পুন্সিমক্কি হায়না থজবীনি। অদম লোয়ন-জরকপদা ঐখোয়না থওজরকপদি কলাকার অদিনা কলাবু য়াম্না শেংনা তাইবঙ লোনচংকী মতমগী মুংশিংদ চঙলবা হৌনবী চংনবী অদুদি তাযওন্নবা অমকপা রাখলনা থজিক্কা নাপোদ্দা ফাওবা ছু'হন্নীংদবী ..

অপুম্বনা যে নৈ ষ্টেজদা ফল্লিবী বাধেরোমদা। চৌং লেম্লবী রাধারাণী মরু লুকখতুনা ফল্লি। মন্ত্রী অনীগী মরক্তা সুভদ্রাগী মশক্লি। মনিংদোনগী মিহুল মবক্তা ইখঙ খঙহৌদনা মহোয় মতা মথং মথং মশেন মবাং উরকপগুম তৌই— গুরু নবদ্বীপ, ওজা নারান, ডাক্তর নাগপ্পা, পণ্ডিত নোংয়াই অমদি ওজা ।

সুমিদা, অতুনা থেংলপ্পা ফীজেং নৈতেংতুনা কেরকপা উবদা মনানা হংখি—

—কদাযদনো সুপীমচা 'স্নক থেঙনা ?

—ঐনা নহান হাযবা প্রাইজগী হায়বদো অতুগী চঙ্গোইবা।

—অতুবু অযুক সুংথিল চংপা য়াদ্রো, অথেঙবদা কনাগা ?

—মী থঙহন যাপোৎ নক্তে।

—নহোর পরাইজ হাযতুবু ময়াম মমাঙদা পী গায়দায়নে ?

—পীরবুদি ময়াম মমাঙদনি, ফংত্রিবৈগসিদদি থঙহন য়াদে।

চৎখি। মমাদু ঙাব কৈস্তু ঙাক্লৌদে। চুখোই নীংই। হৌনবীগী থাজবদা মচাগী মমিংবা মাঙ্গঙইনবদনা ঈশ্বর পোক্লুনা লৈহৌই। নোংয়ায়-ইতু ফাওবা হল্লক্কে; নোংঙাললবদারগী উচেক মচা মীকপ থোররকপগী অত্থুদা হল্লকখি।

মঙালী ভবানী থা অম'নীসি রাথে জগোয়-নুংগোইগী রাখল ইরৈমক লৈরক্তবগুম উই মমানা। শারত্তবা, ওরাইরক্তবদি চহী ফারকদৌরে। থৌরম কয়াস্তু সুমিদাংগীদি ঐ ঙম্মরোই থবক অরুবা অমা লৈরে হায়দনা থৈদোকখিবা যাম্মা তোয়না থেংনরকই। কল্লিনো কমদোংবা হানো হংলুবস্ত নঙনা খঙপোৎ নত্তে হায়দুনা মমা লুপ্রাবী অদুবু চৈহৎপী। মচাগী মাইক-লম্বেলদা চক-চক তোকপা থোক্লবা হায়দুনা মমাদু মবুক্লিং ফাথ-দুনা অদুম মরেংকৌই। হৌখিবা থা অনীমুক্তী মমাগু অদুদদি মমা অদু লৈত্তানা লৈবা ঙমখিদে। সন্ধ্যা মতুং ঙাইহাক লৈরগা থোকখিবদুনা থেঙনা থেঙনা হল্লরস্বদগী নোংমদি নোংঙানফুং ঙানফুং তোরবা ফাওবা হল্লকরে। তুমথবা যাত্রবী অমানা থোক থোক্কুনা অস্তুম মেংলস্বদগী থোঙাপ্দা লৈত্তানা কমথদুনা মচানা চৎখিবা মায়কৈদা মুম্না মেংত্তুনা লৈখি। অচীকপনি রাখল মণ্ডল মণ্ডল থন্দুনা ঙাইখি: অমম-অঙান শিররকপা, লংপ্না কাকনা থোংবা স্তরক মরক্তা ভারকপগী অদুদা কার অমুবা অমা রি-রি থাদৈম্র। মমা অহল অদু ফুক কৌপৎলি। লাম্লপ্না সুপা অনীথক্কা তরেক-তরেক মী অমা থাঙ্খবা উই।

নুংশা থীবা অমদি চিংনবমা অকিবব্ নঙাংথি, মমা অহল হোৎ-চিল্লুই। লেপচবা ওমজত্রবী মচাগী থোৎলবা চীঙান, থজাই অমদি মথাদা ফংজদ চাকচাগুম অনীত্রুনা হম্না হম্না ... ... । উবদা মমাগী থম্মোয়দা ঙাশোম্না লেংথি। হোৎচিল্লুনা মচাবু মশম লাক্লুনা চিংথক্লনা চিংশিনথি। ভুরোই-ঙায়োই চৎলি ক্ষ্মাৰাণী; মমানা ভুংলোমদা লোম্না মথোল কা-ফাদুনা শাউনা অকিল্লা জ কাদুনা চৈরী, ঙাঙলি। রাধে মুম্না তাদে, মনম-ও মহা-ও মচীন্দগী লৈয়েং ইফাই-ফাইনা হায়বকই - হন-দ-ক্তি, শো-ম্ন-ত্রে, ইম্না!

মচু মমেন থোক ওল্লবী রাধারাণী, ময়েং ক্রোক তারবী রাধে থেজদা মন্ত্রী অনীগী মরক্তা ঙাম্মোইরি। থৌরম শেল্লবা নুপা অত্থনা লোইশিল্লকই —"অরোইবদা কুমারী রাধারাণীগী জগোয়গী শাথেক মীৎয়েং তাবীগনি।"

অপুনবগী খুবাম্না তবাম্না ৎকথি। রাধারাণীগী মীৎলু অনীদা অরোনবা ঈরা চেনথি। মনাগী মতুংদা কলাগী শাৎেক কাদো-রগবা!

গৌহাটি, ১৯৭৫

## মৈতৈ নুপী

ইম্ফাল চুড়াচাঁদপুরগী লম্বেলনি।

পুং তারকপা, হুইশেল চেক থোংলকপগী অদুদা বসকী থোঙ অনী অদুদা হাজিল্লকপা মী অসি দামগী থোংজিন্দা হাথরকপদু মঙায়। অমগী কম্মমদা অনী নক্রগা অহুম '

ফম্বরদগীময়ায়দা ক্রিক-ক্রিক ইমত্তুনা লেপ্লরবনি। হুইশেলনা পুশিল্লকপা মীয়াম অত্তুনা মতাং-মতাংগী শীংচেপ ওইনা ফুজীল্লরে। মনীং ইথং থংবা অপাংবা পরেং অত্তুদা ঐখোয় মাপল ফম্লম্বত্তুনা (সরকারনা য়াবা মীশীংদি তরুক্কি) অমা থোমজীল্লক অমমুক নপশীল্লক, অমগমুক লোনশিল্লক ঐনা হাইবপ মশীং থীকনবু ১৩/১৪ রোম খরা কল্লপ থোককৌই; ঙক নৈথোক নৈশীন্দা লূকথবা য়ারক্কবনা মখাদি থীরুদরে। ঐখোয়গী মাঙদা খজিক্রুং হাঙলিবত্তুদা ফমজরম্বী পোংতীকপা চৎপী মখোয় মবী অত্তু, হুইশেল বাবু অত্তুনা মী চিরে ফম্বা য়াদ্রে হায়ত্তুনা লেপখৎহনববু মনবী অহল মৈরুঙদা মূক্তুনা হোৌগৎহনবত্তু মঙায়। মফম চানা খিনল্লবী মতাইগী অত্তুমদি শাউরংননা শৎকংলকপনা চেপথনপ ঈনখৎখিবোইনা তৌরুরমাল্লে ঐখোয়গী পরেংদা, ফল্লাংগা পামনা চপশিন্দুনা ফম্মিবা, লেঙঙকপা থূদিংদা মরোল মরী ফাইজরবা চীংমী মীয়ায় অত্তুগী মনাতোন অত্তুদা নুপী অত্তুগী মকোক্লা তক্লুনা শিৎকৎলুরে। মীয়ায় অত্তুনা খোনফম অমা কায়না লাউরকপখু মাঙদা, ড্রাইভর মনাক্তা ফম্বা চীংমী অহল অত্তুমদি নক হোৌগত্তুনা তাবাক কোয়মা মাখিগুম তৌই। অত্তুগা ময়ায়গী নৈকাই অত্তুদনা নোকপগী ইপোম অমা হোৌখিগুম তৌই। মচীন খুম্বা শংদবী মৌ-নহাত্তুদং উহৌই অত্তুগা অতৈদি মমায় অন-পাওবা উবা ফংদে; মীৎশান্দা লেপ্লিবা পাখঙ অত্তুগী কোটকী ফি অত্তু চুমশানি, লেংকোৎনি, ময়েক থোকপনি, অরংবা কাপ্পরা মথক-মখা নাইবরা হায়বত্তুমদি মমুৎ তা-না খঙবা য়ানা য়েংবা তাবনি।

# মৈতৈ মুপী

অচম্নক সুরকপা হুইশেলদা থোরে। থোরগা শাউগৎ-নবদি মখৈ অদুবু লেপখিবসিনা, খোংখিবা হুইশেলসিনা অমুক্তা গ্যার মুনা শিনবা ওন্থামগনি হায়বা থাজদে। অমা কুমথখি অনী কাখৎলকই। অথাম খুদিংগী মপুংগী প্রজা মথুম-মৱাঙ হৌই; হুইশেল কাম্বদুগী মমাঙদদি তুমিন তুম্লে লৈকবোইনা তৌই। লম্লেল অদুম্থ শামু তোংবগী মুংঙাইবা, দোলাই তোং-বগী হৌনবী, কাংকোৎকী মওং পুম্নমক তোঙান তোঙান তাখি।

নম্বোল কৈথেলদা মী য়াম্না কুমহৌই: হঙ্না কাখৎ-লকই; মর খজিক হোম্রবগুগদি ওৌনৈ। অদুবু চীক্ল-চায়ন-কম লৈবগী রাদি নত্তে; ঈমায় খজিক হম্লে হায়বদনি খুদোং-থীবা থাজগী খুদপ অনী অহুম হাইগৎনা লৈবদুদি লৈরি। নন্দুনা ফমজিনখিবা এগী কোট মচী অদুদং অমুক্তা চিংখৎকে হায়রুবা ওমদে। হায়বগে হায়না চপ চপ য়ুংনা, মরী মঙারক থংনবদুদা লৈশীল্লুববনি। অদুবু মরুপ অদুনা মমায় মমীৎ অদু ঙাঙশঙ ঙাঙলদনা, ফি অসি হৌজিক হৌজিকমক মাঙ-নকদোবা ফীবমদা লৈরম্বদু উবদা হু-হু হল্লি; এদুম খজিক চঙশিনবা য়ারো য়েংগে খল্লি। ওম্বগী রাদি লৈতে; শীংচেপ য়াওশ্রবা উচন্নি। মরক অদুদা মিরবা সুরগী মেঙলবা শৈশক্তা শক্লকপা ঈশৈ অমস্থ মাঙগী রেডিওদগী তারী। শক্লিবা কলা-কার অদুবু কয়া কোম্না ফম্মিগবা হায়না খল্লি। কলাকার অম-মুক শিল্পকই, লোয়ননা গাড়ী থাবে।

# ভিংখৃংদৈ

অনীশুবা থুংয়াগী থম থেংলকপা খোঙজেল য়ৌরকপগী অত্রুদা গাড়ী অসি ব্রেক থংকা কাদুনা চপ লেপ্লি। তুংগী মী মখৈ ফুক-ফুক হৌগৎলৈ। পুম্নমক খায়! ঐ কোকচাউবী বু - ঙ! ভিংখত্রনা কম্নিনৈ। য়েংগে নীংলকপগী অত্রদা হুইশেল কাম্বত্রুনা ঙাওত্রা কৈনো। অত্রমাইনা থাপ্পা হৌনত্রো, নখায় মাঙগেগ্নো হায়দনা চোংথখি। অক্রুদতা মাওবা-লাকপমক্তি য়াওত্রমাল্লে হায়ত্রুনা থয়া ঈংথৈ। ঈংথবগী অত্রুদা মীয়ায়মক্তি য়োকাত্রিবী, নহাদগীস্থ থজিক কল্লবী লুপী অমনা অঙা' লুপামচা অমা মখুৎ শবত্রুনা কাখৎহল্লগা হুং অমুক লৈখখি। মী মখোঙগী সুক্লবা উমং ময়ত্রুদা থম্মৌ মতা অমা পায়রত্রুনা লেপ্লি, অঙাং অত্রু। হুইশেল কাম্বত্রুনা শাউনা লাউরি — 'নশা ফাওবা চম্লোই হায়ৱেদনা, নপোং অসিনা কমদোৱা। য়াবগ্নোইনে. .. ।'

'সে, সে, চগৎ চগৎ ঙাওদৌ শক্তক তিন মচাত্রু পীখৎলকউসে'— হায়রল্লগা জিজ্ঞ অথাবনা শাবা, ফনা নীংথিনা চাউবা তিন অমা পম্বোই থাংবোই মাওওইনবত্রুনা কাখৎলক্লে। ঙম্ তোক্তংগী কংলমগী থয়াক্লরবা তিন অত্রু য়েংলগা লম্বী পীদবা য়াখিদে। শীংমীৎ পাম্বীগী মোংশোংদা পৌ নম্বত্রুমঙাই, থংপৈ পৈথনখি। মচুক লোইনা পৈনৈ। অহল অমথক্তি শাউনা হায়রকখি—'কোক্তা ফম্মগ্নো হৈ!' থওইনা তাদে 'থজিক্তা থমজগে' হায়ল্লগা ঐখোয় পরেংগী মাঙ অত্রুদা দাক থম্মি। লেপচরমখশিং অত্রুগী মখোঙশিং অত্রু ফৈনা ফৈনা থাজংনখি। অমথক্তি মফি ইন্তুগী

# মৈতৈ লুপী

য়াখলদগী থংবোই লাকপোই থংচিং হেক চিংখোক্ন্রবদুদা থুকউ কাং মপা চপ চানা স্পোন্জ য়েক্নাওবা য়োংকী ফম্ফম নাকচী অদুদা মখোল কনা গৌনা হৈশীনখি। তহা-তহা মরক অদুদা লুপী অদুস্তা মাবে 'এ' নাহৈরনিদা ইবুংঙো, ওজোকইদা লায়না ঙাঙনা ঙাঙনা কল্পিবা ঐ অমদি ঐগী নাক-য়েত্তা লৈরিবা অনী ডুগা, পুম্না ঐখোয় অহুমদা 'খোঙসি অযুক্তা থাঙ্গৎপিয়ু মথাদা অমুক্তা ইনশিঞ্জগে, অমুক থাধবিয়ু।' হায়রদনা থরা থরা হেক্তা ইনশীনবা হৌরকই। ঐখোয়দা য়েংলক্ত, ইনদৌ অতুম ইনশীল-লকই। য়াই য়াদে মুক্নরুবা য়াবা মতা, নত্তে, থুরাই অমদি খোঙডুপ কলহৌবা তাবনি। অহুম্মক চপ মান্নবা থাঙ্গংলি। 'হো, য়ারে, থাববিরো ফরে, হায়তুনা থম থেংনা ইনশীনবা লাক্লরি। থম থেংনা ইনশীবে য়াররনি হায়রিবা মওং অদুস্থ ওজোরা মতা চাদে মচৌন চপ চানা চঙখিব হু নত্ত, হেন্দোক্লে হায়দনা খোঙ থম্বা য়ানা হেন্দোকপস্ত নত্ত, মমৈ থরা হেনজিন্নপ ককপ্রবা তাঙ-থুল হুই মমৈদোনা ওজোক্না ফরক তানা হেন্দোকই। খোঙ থম্বদা ফরক তাজবগী বাদনি কয়াক্তা মথা-মথা চুবা য়াবগী মওং দদি চপ চানা লৈ। গতি লৈতে ; ঐখোয় অহুম য়েংনবগা নোক ফেংহৌনৈ। ঐখোয়গী একচিং য়েংলমদে, মুরুম-মুরুম শোনবদা মচৌন্দগী হুইশেল তাপ্রবা হুইশেল মাস্টর অদুদা— ইবুংঙোশ্রা ইহৈতমগী কৌতাদু অমুক্তা লাল্লকউ অচুগা য়াবে চৎলসি খেঙলে হায়রুই। শাউদি শাউই হায়ববু অমম্ভু লানথংলকই। ঐখোয়বি

কৌভা মচা হায়বত্নুদা থৌশারুদরে। অদুবু মান্না লানথংলক্লিবত্তু ঙক্লগা লৈশীল্লকপগী অদুদা ঙক্তবা অমত্তা য়াওখিদে। মাগী কৌভা অদু মওং অমদি মমিংনা পংথৈ অমা যাংখিবগী রানি, পৃথিবী য়াকিং রেসকী মতুং কারনা ইনবদা গ্যার মথাং অনী অহুম পান্নবনি। ঙসাইগী ইনশীনখিবা অমত্নুগা শাকম অমত্তা ওইরমগনি খুত্তা মান্নে; পোংকী ওইনা থরা পারপ ভৌবগী য়াদনি। থম্ফম মত্তা চাবা লৈতবনিনা মথুংনা পায়তুনা লেপ্লগা কোইরুক কোইরুক যেংন-য়েংনা ময়ান্না ঙুকুং-ঙুকুং ভৌবা হৌনরকপগী অদুদা নুপী অদুনা হায়রকই—"কৈদৌবগে কনা ভাই খিগে চংলসে, 'সিদগী লেপকদৌসিনা শন্থি খুনবদৌনা ভৌব-দৌনি। তল্লিনে'সিনা। ওইজ-ওইথক অমত্তা ফংবা হৌনদে, চংলসি সনাগুম্না।"

হুইশেল্ল অদু শাউনা কামথি, গাডী থারে। থরা য়াঙনা চেনখংলকপগী অদুদা কৌভা দ্রম অদু পাংরদনা লেপ্ল লেপ্লা খোঙ মরক্তা ফুনগংপা মথৈ লেপ্লিবা মচা অদুদা হায়বকই—'যম্মু ইবুংঙো তুরগা লোইনা ইকায় কায়নরনি, চঙশীল্লু লৈশিল্লুনে' হায়না হায়না মখুৎ নাম্মতুনা নুপা মচাদুগী মখূৎ নামা পায়রগা কাচিন ময়াদা নংনা থম্ভিবা মাগী 'মাম্ম'গী মমাঙদা ইনশীল্লি। অঙাং অদুদি য়াজদবনি; ভিঙক-ভিঙক য়েংতুনা থম্মৌ মরী-মক্ষোন অদু মাতুনা লৈ। মমানা ইনশীনবা অদু থাঙলপ ভৌরম্মি। 'কৈনোনে মসি অঙাংসিবে। মথীবোং অন্থক পান্দ'সিবো।

চঙভুনে নঙ থূডাগী মনাক্তা।' মাগী থুডা অদু ঐঙোন্দা মপা থোক্লু-রমাক্লে ইনশীল্লক্লে। মায়ম্নোক্তা অনী বা পোঙদোকপা নংহৌদে, ঙাথরপ লেপ্লবে গাড়ী থৈনবগী পৈধবপ ফমথখিবদগী মুপামচা অদু হৌগৎলক্তবে। ঙাইহাক লৈংগা কাচিন্দা তুমিম্না নৌংগাংননা যম্মিবা অহল অদুদা 'ইচে সুমত্তৌসি থুদাং চোকপনা লোইরে, কৌভা অসি থারগা ফম্বীযু সে, থজিক্কা হৌগৎপিযু।' মনঙনগী অঙাং অপীথক অদুগী য়েংতুনা কৌভা অদু মানা ফম্মিবদুদা থমহল্লে, মথক্তা যমদ্রে। মাস্তু মচী অমদা নপদ্রে। অঙাং অদু মখারোমদা লৈথরগা লৈতানা ফমথরে। মরক অসিদা কন্দক্তুর অদুনা ভাবা মথ মথং থোম্মকপনা মাগী মপা যৌরক্লে। হম্না থাওবা যে লুদে শেনগাও অদু ক্রোক ক্রোক খিঙতুনা হাংদোক্লগা ময়দগী হাপলেপ্পাকী মেঙ্গুন হাপ্না কৌভা অমা পুথোক্লক্লগা হা দোকই, য়াম্না তপ্না হোৎনৈ, অকোনবা চেগী পৈশা খরা অদু তপ্না কোপ্থোক্লগা অমুকসু কাবক মশীং থীরম্মি। লুপা অমথক চিংখৎলগা শেনগাও মনুংদা অমুক হুমজিল্লুরে, শিকি অমা খন্দুনা লোখংলগ্রগা পোক প্রোক চাক্লা ঙাইরিবা কন্দক্তুর অদুনা লাক্কিন্খি। হাঙবপ মুন্না য়েংলগা মুপাদু শাউরকই—

—য়াংদেই! অনী।

—কনোনে! য়াওদ্রে।

—য়াংদ্রদি কৈদৌ তো লকই, কুমহৌবো।

—তোংদ্রদি থোঙ' চৎকদ্রনে হাযদিসিবো, সে!

ঘারোই, অনী! অনী।

—হয়েংমুক খম্না হাপকে, ঙসিদি ইচে খুজ্রে, ৱায়ৌম্নু।

শাউই মুপান্থ। মমীৎ থা-না য়েংই। মখা ভারমদে শাউনা শৎ লৌশিনখি। ঋনা কুইনা ভিংখোক্লুনা লানখৎলুরবা মখুৎ অদু সুংঙাইনা চিংশিনখি। নোকফেৎনু ভৌদে শাউবন্নু মান্দে। ঙসাইগী লেনগাউ মখোয়দগী কৌভা অদু হাংদোক্লগা খুদোম্বীনা ওৎলগা বীড়ী অমা লৌখোয়কই, শিৎ-শিৎ নাম্থোক্লুনা অমুক্তং কামখোক্লগা উস্মী, মৈখেৎ মা-না মা-না লেপ্লিবা মচা অদুদা হাইরপ য়েংলম্মি। মচা য়েংবদা ঐবুস্ত খজিক য়াওখিমাম্লে হায়বসি বীড়ী মচৈ অমা লাক্লকপগী অদুদা খঙই।

—ঐ থকচনীংদে।

—কান্দবরো?

—ভৌজৈ। গাড়ীদদি কোক সুংঙাইজদবা। ভৌবিয়ু।

মা ৱারৌখিদে। মনাদা থোক থেংচিনখি। চয়গা ঋনা হাউনা থকখি। শাংনা কামদুনা মপাক্লোমদা চেপথ-চেপথ য়েংলম্মি। ঐস্তু অউবা মায়কৈকোমদা লবুক-লম্চাং য়েংখোকউই। লৌরীগী অরেংবা জোামিত্রী—লৈইশিং অদু ঙাইহাক য়েংলুরগা অমুক লৈশীলকপদদি মবুক লায়বা মথাগী অপীথক অদু ফিরক খুমজিনবিদুনা কোয়গা মাস্থ উইদুনা লৈরম্মে। ঋনা সুংঙাইনা উইখি। নাক-য়েৎ পুম্নমক নীংশিংলমগী হায়বা থাজদে।

ঋনা শাংনা থামদ্রে। পুম্নমক ভুমিন ভুমিন লৈনৈ। কাবক কাবক উইবন্থু ময়াওই, দৃশ্য য়েংবদা থৌজিনবা কাঙবুম্নু কয়ানি।

# মৈতৈ লুপী

লোইরোয় ঙমথৎকিবা চী'-লমদম, নেম-নেম হাইথখিবা ভম-লমদম হাঙলবা লম্বাঙ, থৌরী থারবা, শজেলোয় মাঙত্রবা যথ-ইরোইগী বিন্দুশিং য়েংবদা অচিনবা ঙাইহাক কাউনৈ। অদুবু হকথেংনবিবা ফীবমবু পুমকাউ কাউবদি ঙমদে, লেঙনৈ, মুক্লৈ, ভিং-থোক্লৈ। থোং মচা অমা লাম্থোয়কপগী, কৈথেল অমা রোরম-দাইগী অদুদা কম্বা কম্বা লাউরক্লে — খাম্মো! গাড়ী খাম্মো।

ময়ামদু খ'প্রেক খংপ্রেক খংনৈ। মঙোন্দা পুল্লপ য়েংনৈ। তুইশেল কাম্বা কামদবা গাড়ী খংলেপ লেপ্লি। মাঙগী অহল অমনা হায়রকই— 'কৈনোনে' ঐথোয়দি শেঙ্গাও লাকল্লবোই নীংলুরে খাম্ববু .... ... ।'

ময়ামদু খজিক খজিক নোকই। মাম্ম হাইক্লেং অদুম নোক-লম্মী। মপোৎ-মচৈ খোম্মগা অদুম কুমজৌরে। চিংথহৌবা নুপামচা অদু শজুনা লাম্পুগা তুইশেল কাম্মি। অমুক থারে। খবা থৌরকপগী অদুদা রা-না লৈথোক্লগা য়েংলুই। তিন অদুগী মথক্তা কৌতা অদু থাঙ্গতুনা মকোক্তা থোজংলগা মনঙ্গদা অপীথক অমা, মাঙদা খজিক চাউবদুমগা লমখাই অমদা হাই-জিলজৌই। বিন্দু ঙনশ্রবা কান্দা লৈশীল্লকুনা য়েংববু মাগী ঙসাইগী মফম অদুদা চন্দোনজৈ অমা কাঙবা থম্বা রাগনি হায়বা খাজদে।

মোইরাং, ১৯৭৫

চীঙ্গোয় বারুণী, মহাবারুণী।

—ইমা ইমা, কদায় পৈশা হায়দো।

—করিগী পৈশানো?

—হৈমা, বারুণী চক্তোরিসিদি:

বারুণী! চীঙ্গোয় বারুণী। ঐ স্বায় লাউই; খোঙদগী তোন কাওবা তু চুংখিবা খঙহৌদে। খঙহৌদনা থজীনগী মিতল কাঙলকই। নাকচীদা কাংলকপা হুমাং মরীক ফীজীনা তৈথোক্কে হোংলরুবদা খুত্তা পায়রম্বা উপন্যাস অতু লৈমায়দা তাখি।

য়ানীংদবনি, খামগে খনবনি; শিখাঙ খাঙগে খনবনি; ঙম্‌খিদে। য়া ঙাওবা ঙম্‌খিদে। কেজবগা লুনা তৌবগা নিংঙাই-তনা হেন্দুনা লাক্লবী, পুম্নমক্না মেমজৌ হায়বদগী হেন্দুনা মমীং কাওবা পন্দুনা কৌনক্লবী লতাগী তথক তথকপা মায়থোঙ, লোয়-ননা মমান্নবী অনী মরীনা মবী মখী চঙঙক্লুনা মাঙদা হরাও-হরাও লেপ্লম্বা; পুম্নমক্কী মথক্তা মায়' পাবুঙনা টাই পুম্না পুম্না 'কৈনো, কয়ানো পীবিগ্রোদনা' হায়দনা হৈনীংনা পাংশিল্লক্লবা অদুদা ঐনা মখা তারুগদবা করি লৈরি! হৌগংপা নংদে, ত্রবা রুন্দগী শো লৌরগা উপু হাংদোকখি, ওকনি খনবা মশীংগী শেনফম মশীং থীহুনা লৌখি। লোনশীল্লগা শো লংশিল্লম্মী; অদুম চেপ্তোকখরে তহা তহা।'মমান্নবা ময়ামস্তু ইম্নখি। চীংখোঙ ফাঙবা মশাবুঙনা কারদা থিনগনি হায়দুনা পুল্লশ পুখি।

# চীঙ্গোয় বারুণী, মহাবারুণী

মুমিৎ অদুস্ম মহাবারুণী ভাখিবনি। ঙসিদৌন্য নোংখী নোংমংবগুম ঙৌখি। মুমিদাং মমশিল্লকপগী অদুবদি মুংশিৎ য়ৌরকখি ; নোংস্ম মহক মরক্তা য়াওদ্রকখি। ঐখোয় তরেৎনি ঐ, সামোলা, বৈজয়ন্তী, ইঙোচা

লৈকাই লৈকাইগী সোরোক্তা অমদি লমজাওদা য়া-মা, মরী-মরী চৎনবগী মখোল তায় ; অমগা অমগা কৌনবা ঙাঙ-নবা অমদি নোক খেবগী মুংঙাইনরবা ইপোম নাইরবা ঈথক্তা শহরগী শরুক অমা পুমনিল নিল্লি। লৈবাক অপুম্বদা কোয়নোম নোম, কোয়লাও লাওবগী খোম্লাং বারুণীগী চীংখায়দা শোয়দন-মক য়ৈরমগনি। মেমজোৎহুবু কমদৌরমগবা।

মুমিৎ অদুস্ম ঙসিগা পাথকনি। মুমিদাংগা ওইবগা মমাম পুম্না চরাং চরাং চৎমিন্নবগা, অদুগীস্ম মথক্তা বারুণী মহাদেবগী দর্শন তৌজরুরগনি হায়না মুংদা খঙবগা রাবা খঙখিদে ; চোক-থবা নাইখিদে। খোঙথ ঙ অমত্তদা চৎমিন্নখি।

নক্রপ্পা নোং খাল্লকই। লৈতাকম খঙদ্রবা উপন্যাসকী লানায় হাইদোল্লমদনা থোও হাংদোক্তুনা অভিয়াদা য়েংখৎলুই নোংথাঙ ঙোয়না কুপহৌই। চঙ্গোয়রোমদদি থরাংমীচাক অনী-মরী উরি ; বৈদোরোইদা। মেমজোৎহুবু কমদৌরকবা। ঐগ্যা শঙ্কদনা চাক লোইরে হায়না থোও হা দোমকপদা খ হেক খংই। থিদোকপীরম্মগা য়ৌবিরো হায়রুই। চাক চাবা য়াখি-রোই। সিলিং যেন দিংরি থাদুনা ঙাইহাক পোথাগে লাক্করুই।

## তিংখংলৈ

চীং কাবা হেক হৌরকপদা অদ্ৃগৈ অবোক্লা তাকখিবদো নীংশিংখি, মুও অমত্তা হুম্বহৈদেকো ইবেম্মা, উরী পায়-পায়দনা কাও ; বারুণী চীং কাগে হায়রবদি ফক্লাং কাবা তমখো, কৌজী খা-নমু। পাখৎনগমু ; শাউনগমু, থাঙনৌ। মুও ওন্থহনগমু। শাউনবা য়াদেকো।

ঐনা খরা শাউগনবদ্ৃদা অবোয়া হায়বা মওইরিনি খনখি। মরী মরী খোঙকম য়েং-য়েংদ্ৃনা কাখৎলৈ। ঐসু অদ্ৃম মচৎলি। মৈনম পরেং অমা বাংখৎখ্রি, পরেং অমসু লোইয়োয়না হাই-থখ্রি ; ঙাইহাকসু পোথাবোইনা লেপ্ৃনা য়েংলুই, অমম্বা মরক্তা মৈঙালগী নীংখিজবা তোঙান্না লৈজৈ। লাপথোক গ্রগা কজবা হেনবসু লৈ। অনকপদদি ?

চীংচেপকী চিন্নবা মতাং অমনি। মাঙগী কাঙবুনা তপথ-রকপা, খোঙথাঙ থুদীংমক চেকশিমরকপা অতুগা তুংদগীনা মরী-মরী থোমজীন্নরকপা মতাং ওইবনা মকম অতু ওখাক্লা কুংবা, চিনবা মফম্নি। ঐখোয়গী কাঙবু অতু পরেং থংনরম্বদগী মরক্তা অমমম-অনীনী খনখিবা ফনা শাংলক্লে। অতুবু কৌনৈ, খুন্নৈ রারী শানৈ ; মাঙনদে। থাংবোই থাংদবোই চৎনা-চৎনা ফি খজিক শেম্ৃই। নাকন্দা কিশি কিরিভৈদা য়াম্না তপ্পা হোৎ-নরকপা মাম্নি, কোটকী থবাকলোমদা খংচিন চিন্নকই। য়াম্না হেন্না ঊয়থীবা মতাং ওইরবা ফাওবদা অতুক চিন্নকপা, ইনশীন্নকপা হৌনদে। ঐ ঙকখি। লৈদুনা য়েংথোকখিবদা বৈজয়ন্তী লৈরমদে ;

মীভোপ ময়াম চংনরম্মী। তুংলোমদা য়েংলুই, মৈনম লৈতবা তাল্লক ওইবনা মীশক খঙবা ঙমদে। সাম্বোলাগা ইঙোচাগদি থংনবা মৈনম মপা অমদা ম্নাঙ্গা নক্না চংমিন্নহৌই। ঐ ঙকখি। ঙক্না লৈ-লৈদনা য়াহং কয়ামুক্না মাঙওইনরদুনা য়েংথোক্ল্লুই। অদুবু হুরানবদি তান্নদুনা মপুনা নোংয়োক তাবগী মওংদা অনকপা পূম্নমক চিংনরুই। ঙক্কবদি ঙমদে। ঙসাই চীংয়াংদা এনা উখিবা কাঙবু অদু খঙনীং নীংশিংলকই। পাখঙনা মশীং ফেনবা থুম্প্লনি। ঐগুম্বী অহুম্না ময়ায়দা চংহৌই। মফিদা পঙশেমদা শেমহৌই; পঙনোক্কন্দ নোকহৌই। লাপনা উবা পুঙ্গ্লম তাবা শকফম অনকপনা তোঙানহনবা বারুণীদা নত্তে।

মেমজোদুবু।

খঙহৌদনা নোং চুরকখি। উম্গী-উমং ঙাক্লি। উয়ী-য়ায়ীগী মোংশোং অচৌ-মচা লম তরা থুমীং, কুন খুদীংগী লৈ; চীংনি। অনক-অনকপা উখা তম্না লৈশিন্নখি। উনা পুংবা মতাং নত্রবসু কুঙবনি; ওখাক কুইনা থুম্নদা থুদোং অদুম্মক চায়। কৌনবা হংনবা নংনদে ঐস্ত মতাই ওইরম্না লৈবা উয়ী য়ায়ীগী মোংশোঙ অমদা চেনশিল্লি। ফনা কম্না তাই। ঙাইহাক পোত্থানীংঙকপা মতাংগা ওইবগা ঙাইহাক ফম্মী। বারুণী মহাদেবগী থৌজাললনি নীংবু নীংঙবদি মনাইবু চানবীবা মলাক্লি। অবোক্না অদুগুম্ভ হায়থিবদু নীংশিংলকই—পীনহৈবা ঈশ্বরনি, নীংবদা কল্লু নবুকচেন্দা শেংঙ্ভ অনী লোঙগনু। ফনা কম্না চুই; কুইদি কুইদে।

খজিক পাথরপ তৌরম্মগা খুংহাং হাংখি। উনা-রানাগী মচু মদমক ওয়রোই- প্রেক-পাক, তোপ-তাপ।

প্রেক-পাক্কী মরক অদুদা শ্রোৎ-শ্রোৎ, শ্রু শ্রাগী মখোল অমসু য়াম্না নক্না তারকখি। অহানবমক্তদা কোকচাওবী ভূং কায়। খঙনীং নীংশিংলকই— লমলেম। ইদুথৌ! অরাং অচৌবা!' মতাই ওইরপ্পগা তৌবে, মস্বগা-মস্বনে। অবোক্কী মস্থ নীংশিংলকই — মহাদেব! পশুপতি শা পুম্নমক্কী মপু। হর হর মহাদেব।

তাইহাক্কী মনুংদা কোকচাওবী, তু, লরাইলেক্ফুগী শম। সুপীজাগী থৌনাদা লাউরমগদবা খজিক্তা ওয়। অদুবু য়াম্না লোয়া সু-সা, সু-সা চিবোন চিবোন তৌনবগী স্বর অমা য়াম্না নক্না নাশোন্দা থাওরকই। খ ঈং ঈংথৈ। খুদক্তা কিরস্বা পাখং-লম্বা পুম্নমক সুংশাগা লেংগী হেনখি। অদুবু শাকনীংঙাই অমদি, মতুং তাংদা, চিংনদনীংঙাই ঙমদা, মীনি শোয়দ্রে। তাই-বঙনি; চিঙ্গোয় বারুণীগী মনাইনি, ঐখোয়গী জাতিনি। অদুগীসু মথক্তা ঐনা থুপ্লিবা মোংশোঙ অঙ্গী অসোম থংবা শরুক্তা, ঐগী হেক নাকন্দা, য়াম্না লোয়া শরু-শরু নৈনা রাবী শানবা ময়েক শেংনা তারকই। ঐঙুম্না নোং হুপ্লিবা ভাক্তি, খল্লুবা অমদি খঙলুবদা খুদক্তা কিবা খংক কৈ। অদুবু হেক থংনবা মীৎকুপ্তা শুক্র-শরা মরক অদুদা তুম্মী জা খোজেলগী রাকৎ সুরদা চৈবা খাওবগী অরোনবা মওং তাইহাক্কী মনুংদা তোয়রপ তারকপদা ঐ ওকখি। তাইহাক উন-রাইমুক্ত চীরা লৈনখি। হেনখিবগী

# চীংগোয় বারুণী, মহাবারুণী

মখোল তাখিদবনিনা চিংনবদি কোক্কে। লাপ্লখ্রদগী তাংখক নাইদনা নকশিল্লকপা হাপলেম্প মঙাল অত্তুদা ময়েংলগে থম্মুনা তুমিল্লা তাশীন্নুনা লৈখি। ময়ক অত্রুদা তহা তহা হৌগৎনখি; অমদি ঐগী মায়কৈরোমদা লৈপাল্লকুনা মফি শেম্মে। হুৎ লৈদুনা চংখিবদা মশক যুন্না উহৌই সমোলানি। মৈঙাল অত্তুদা লাপ্লপ্পা ইঙোচা ভাইত্রুনা লেপ্রস্মী। অনীহু অমুক থব্রাংননা চৎমিল্লখি। ঐ কৌবা ঙমখিদে। ঙমখৈ লৈতনা ঙকখি। মহাবারুণীনি; মেমজোহুবু ......!

সুংশিৎ অকুনবা অমদি ময়ায় ওইবা য়াওবা নো' অসি মবক মরক্তা ফনা তোয়না থেংনরকখি। থুপ্পবস্ত কোঙ্গায়নি; পুঙচোং চোংনা চংনবস্ত পরেং পরেং থেংনৈ। চিন্নবা অমদি থুববা লম্বেল ফাওবদা মতাই ওইরপ চত্তুনা মহাদেবগী থুভম তম্মী। কনাগুম্বা অমনা মরক্তগী থুলং ঈশৈ সুংশিনা শকুংলকই, মোইরাং থোইবীগী, খুমন পুংদা, পাউশা থা-নবা থুম্মবগী মতাংনি। থবা চংলগা অমনা পেনাগী শৈহেক্তা লোই কারকই। থংলেন, ইনেম্মচা অমদি শাবীগী স্তরনা চীংলম্বেল অত্তু পুমনিল নিল্লি। য়াম্না লান্নদগী লাই হরাওবা অমদি লাইবৌ চোংবগী খোল্লহায় অমদি খোলহেক্তা অনৌবা তাম্থা পীরকখি। নাকয়েংদ, তুং-মাঙ লৈনুনা য়েংলুই; পুন্নমক অত্তা পোথানবগুম উই। ঙক থাজত্তুনা মরক মরক্তা য়েংখংলুই, সামোলাগা মখোয় অনী নক্লা অত্রমক চৎমিল্লরি।

চীংয়াঙ অমা লানবা লোইহৎকপগী অদুদা ময়াম ইরাঙ-লাঙনরকই ; ময়াম চেনশিন্নখি। ঐস্তু চঙলুই। পাখঙ অমা মকোক মরু ঊনা পুংঙাও ঙাঙদুনা তুদুনা লৈরম্মী, মুপী অমনা মনাক্তা কপ্তুনা লৈরম্মী ; থয়া অমনা থাঙ-তেন পায়দুনা চীংখা-রোমদা লাউ-লাউদুনা তান্নখি। খায় লাউই। অমনা অমা ঙাঙই, অমনা অমা হায়, অতাবা কয়াস্তু য়াওই, তারম য়েংঙমদনা চৎখিবনা অয়াম্বনি। হায়া লৈরম্বা মুপা অমদা করি তৌরবগে হংলুই।

—থোইনা থঙদে ঐস্তু।

থঙঙমগদবদি মাল্লি। মরোল মরী কাইরপ্পা নাহেরিবা, লাউরিবা, অশোকপা অদুদা মুম্বা য়েংদুনা ঙাইশাক লৈরিবৈদা—

—চৎসি কাম্নপোৎ নত্তে।

—হৈম্বা, সামোলা!

—লাকও, থেঙখিনবনি।

—ইঙোচাদি?

ঐঙোন্দা চিংনরপ য়েংখিবগুম তৌই। মাদ নত্তনা অতৈস্তু মথং মথং তাক্লকই ; লোইনা ইংক ইনক নক্লা লৈরম্মী।

মরীক মরীক অস্তুম খীকলম্বদগী কয়া হেক্তা হৈথৎকই। ফুক হৌগত্তুনা থোঙনাও লোনশীনগে হোৎনরিবৈদা নোংলৈ অমনা মাঙোলগী উকুল-রাইফুল অচু শর হুয়কপনা মীৎ অনী হেক্তা পাঙবা য়াদে। নমদুনা পুনা পানশিন্নদগা কাক্লি কাক্লি

সেঙ্ক তান্না চৎলি। থোঙবাদা খুদি থীড়না তুগে তৌই; চিন্নিডৈ মরক অসিদা তুঙ্কম কাদগী কোনস্থু থীংলকই। মায় তৈথোক-তৈথোক্না রিসিবর পায়খৎলুই—কনা ওইরবনো?

– তরুনী, ঐনিনহৈ, মেমজোহোয় চীং কাহৌরে।

- অদুবু কৈদৌনা কাহনব্রিনো! চৈদনা ঙাওদনদি তৌদ্রদনা।

– কৈদৌগে কাজসন্থ লাই খুরুম্বরু।

– লাই খুরুম্ববু চীংদা লাপ্পা চক্রদি য়াদ্রদৌনা।

– এ! চৎনবী কুম্মৈ ফিয়োংকাসি শীংনবেনা!

– শীংনম্মৈ রা নত্তে। অমম-অথেঙ অড়দা অঙাং অদু ·· ···

নঙগী অঙাংদা নত্তেনে ইবেম্মা! চীঙ্গোয়দা মী লীশীং য়ামশ্লেদা।

- মী য়াম্থনি কায়রিবা!

– এ। কবিগী? হা?

কবিগী? হংবা য়াবা চিংনবা য়াবা রাকম্নি। ধর্ম্ম, চৎনবী, ঈশ্বর, বারুণী মহাদেব; থাজবা, পামজবা, নীংজবা, বব, হায়জবা, নিজবা, চঙজবা। ঈরাং! অঙাং অদুনা·······!

মহাদেবগী খুভম হেক য়োরকপা, হৈ-লৈ দখিনা হেক কৎপগী অদুদা মকম ইখঙ-খঙহৌদনা মুংশিৎ অমা হৌরকখি। অঙকপা কংই; উতোন-রাতোন অসি লৈমায় শোকপোই নীংই। কি-রোল মকম খঙনরক্তে, খা-খাই খঙদনা পুন্নমক মানা মান্না থোকপা চেন্নৈ, ক্ষমথনৈ হিপথনৈ। নক্রুপ্পা উজাও অম-অমী

মথং মমং তেক্কুকপগী মখোল তায়। মরাম পাথত্না লাউবৈ চৈংথেঙ্গো, চাংমায়দা অল্লাউবা এবং মেচুম্না হোথনৈ, হোৎচিকৈ মীতনা কুক-কুক ইরম্বা খুভম অদু মীরনা কুপগী মমুংদা পুত্রাইজে হাঙখি। লাইফম অতুমক্তদা ঐগা অমথকা তোলুখিরক অনীথকা মমত্তুনা পাকথহৌই। মলাঙবদা লেপ্লম্বদগী অকোমদা ক্রেনশীনগে হৌগৎলুবদা চেম্মুগে তৌই। হেক মমথবগী অদুদা মীৎ অনী অসিদা চীংগী উফুল খুবাম-খুবাম্মুক ওইরকোই নীংই, চঙখিবা। সুংশিৎ মায়রোমদগী থোক, ওম্বোক্লুগা লোইরুই; নুংজ্রেং মচা মচেক নাইবা মাওরম্মালে, থংপ্রেক থংই। তাম্রক অতুমক্তদা মাম্না, নকপা মাম্না উরা, উশামা তেক্কুকপগী শ-উমগা লোয়নবা মখোল অমা তারকই। ইমা—! শিরে! পাথৎপোই করিবোই মখোঙ-মরম ইখঙ খঙদনা ফুক হৌগৎলি। লেপ্লুবা মাবা মতাং ওইরমত্রে; লোংনা হাইখুগে তৌই। থোনফম ক্ষায়না লাউখি। খুদক অতুমক্তদা কনাগুম্বা অমনা ঐবু পুম্নপ কোনশিনবিরগা থাংবোই, ইনবোই কদোমদনো লৈশীনবিবগুম তৌই। চীঙ্গোয়গী মহাদেবমক ওইরবোই নীংখি, ভাইহাক অদুদা, ঐ হিংলেদনা হায়বগী চঙকফম অমা সুংদা ফাওরকখি। অতুগা! অদুগদি!!

মরক অদুদা নোংমু মাওরক্লে। নোংলৌ অয়মমনা পানবদা পোমগদোবোই নীংই। থাংবোই করিবোই চৎলিবা; চৎমিন্নরিবা মতাং অদুদা শেৎলিবা ঐগী কি খংনান নাম্বোকখি সুংশিৎনা ওইরবোই নীংতুনা মীৎ অনী কমা বোইরিকা খুৎ থংগ্রা থাদোক্লুনা

শেমজিংগে হোংনরুরিঙৈদা লিংথলিবা ফুরিৎ থবাকলোমদগী শেগাক শেগায়রকই। ভাব থংভা তারকই। থংকোন কোম-শিল্লকই। কম্না লাউরগা মশম পায়রুনা, লৈজবী থাদুনা কোয়রকই। মপাঙ্গল লৈবমিনা লোংনা ইস্থু রকই। লাউ খোংদুনা খুৎ-শা হাইদুনা খোঙপাক্লা কাওনবা কম্না লাক্ল-লাক্লনা মথবাক অদুদা ল্লানা হৈক উমঙবা মখৈ থাদুনা চীকলুই। মাস্থু কনা কম্না লাউরম্বী। হেক্তা শায়দৎলগে ভেমশীংদুনা য়োরকপগী অদুদা, না-গা পাম্নদা নারুমসিদা কম্না থারকখি। জীং লাউথিবদি থঙহৌই মতুংদদি ভাব তাখিদরে। ঐনা গ্যান তারকপদা ...

মহোয় পাবুভনা চুরুপ অমমুক চম্মগা হায়রকই

—চৎনবী হায়ব্রিবসে মম্মাল্লা শেম্মগা "মর্য়াল্লা চঙলিবনে।

—অদো, অদুঙৈদা শেমখিবনিদো অদুঙৈগী মীনা চচবগনি। হৌজিক্তি মদু চৎনবা য়াদ্রে। অমা-শেম্বা তারে।

—নঙ নথম্বনা হেক্তা শেম্বা য়াপোৎ নত্রেনে।

অদুনবু মম্নাম চঙদুনা শেমদোকঅসি হায়রিবসিনি। মহাল-রাই মী য়ামদ্রিঙৈ, পুকচেল শেংনরিঙৈ ধর্মগী অর্থ লৈরিঙৈদদি পুন্নমক্ত ভক্ত ডাক্তা ওইরমগনি। হৌজিক্তি মদু নত্রে। মতমগা মকমগা ওন্নকপনিনা চৎনবীস্থু ধর্মস্থু চান্নবা শেম্বা তাবনি। শেম-দোকপগী অধিকার লৈ। থাইমগী বারুনী অসি হৌজিক্কী বারুনী ওইহনবা তাই। অনরুপা মন্দিরদা অয়ুক মুংথিলদা থুরুম্নবা তাবনি।

— কোলেজগী ওজা ওইরবা হায়বসিদি ভাবপু কনা ভারেহে। অদুনা মতমগা মকমগা চানদ্রে হায়বসিদি নওদি করম্না খঙঙিবা? খুদম পীয়ু।

হা? খুদম। খুদম হায়ববু। খুদম পীবা ঙমদ্রে। খঙদববদি নত্তে; থেংনদবদি নত্তে। মহাবারুণীনা সাক্ষিনি। অদুগা ঐগী অঙাং অদুমনা হল্লক্লি্‌সিনা কমদৌরকবা। মহাবারুনীসিবু ?!

কাকচীপুর, ১৯৭৫

## নুঙজাও

লৈবাক অসিগী নেসনেল হায়-রেমক্কুদনি। মক ওইবা গোলায় অমগী অনীশুবা খুনীংথেক্কী অদুদা, সোরোক ময়ায় চপ চা-না নুঙজাও অমা তাদুনা লৈরক্লিবা ঙসি থা'মুক ফাবে। কনা চাউই; শৃৎ নাপ্লি; মতুম তায়, ময়ুংনা ঙম্মী। মুমিদাংদা ঙৌরুননা উই, নুংশাদদি লংত্রিক লংনা উই, নোংথী নোংমংবা মতাংদদি মবুক্তা থাউওন ওল্লিবা লুশুন অদু ময়েক শেংনা উই হায়নৈ। থা অসিগী মনুংদা জাতি অমদি অন্টর্জাতিগী ফেস্তিবেল অনী থোকখি। নুঙজাও অসি মুমিদাংগুম্বা অচীকপা মতমদা খোংবা য়াম্না লাপ্না তানৈস্ত মহায়নৈ।

লৈবাক্কী মাইবা পাঞ্জিনা মুম্না ভান্নবা শতুংদা লাইমাও কম্বা হৌখিবা ঙসি তরেৎনি শুরে। বোগ্রা মাইবীনা লোংয়া

অযুক ঈকজগে কুমথখিবদা থোঙ্গা মঙোন্দা মশাহু নীকপা হৌরকখি। তাইরেন মশানা ফাধবা য়াখিদে। মীতিলকমগী মতাই ওইরপ্লা ঈন্ন খুদৈ অমা কুপ্লগা ফনা কুইনা অনম অহা চুহুনা লৈকয়গা লাইরোল তারকখি। সুমিৎ চপ য়ুংবগী অহুদা অচং-অওক কয়ানা ইকোয় কোয়হুনা লাইবাউ তা-নখি।

করি থঙদবগেদৈ ইনাইশা…নবুধোদি পোক থেক্লে, তপ্লা তপ্লা মচেং মচেং পায়বনি। পায়গেদো। হায়বিগেদৈ ইতু-ইপাইচা, ঈশিং ঈচাউ থোকহনগে, চাকতাও ভাতাঃ তোয়হনগে ·· নবেক্কৌ ঐগী ইকাদা ফিজি ফীনানা হুমখিবা, ঐগী ফাংথোক পায়ররে····

অকোয়বদা শম্বল চেংনা খাজিনথবে য়াবেক্কনা বামোন মঙা তরানা ঈরাং পূজা হৌখ্রে। মচীন চংপা মন্ত্রী কয়া টিকা-দার কয়ানা অহৌংদা ছত্র কংলৈ হায়রৈ। য়ুংলহদি থেংনদে অওম অথোগী ইমুংগী সুপী কয়া, লাইরিক লাইসু হৈয়বী কয়া অথেনপোং কোম্পাক কোম্পাক পুহুনা খুরুম্বা লাক্লে। লাল-থোকপা য়াদবা গাড়ী অচৌবা কয়াগী মরক মরক্তা মচা মচানা শীংচেপ থাবগুম থারি, চংখি, লাক্লু লাক্লরগা থারে; থার থারগা চংনখি। (লৈশাবী অমদি মৌ-নহাগী মশীংনা থরা হেল্লি)

শাসনগী অরাংবা থাকী কমিটি অমা শেমলে, মুঙ অসি কদায়দগী কমদৌনা লাকখিবনো হায়বগী মরীদা মমুং তানা

শিঙ্গিলদুনা নৈনবা যৌরে। অয়ামগী মোংন্সু খবর কাগজনচিংবা কৌরি। ইডিতরদা থারকপা চিঠিদা অখঙ অহৈ কয়ানা মোং শায়না শাংনা পীনরক্নি, লেপত্রি। খরনা হায়রৈ হুঁ শিনবা মপুনা কংলৈগী থৌরম কয়া অসিদা শুংনাংবা কোংদোল্লুনা থৌজ্রগী শাখিনা পীরক্কপনি; ঈরাং থৌমিরগা নোংম-নোংমগী অতুম্ব তুমশিল্লকনি, লোম্বনা মাঙখিগনি। মাঙখিবা সুমিৎ অচুম্বা লৈবাক খুম্বাইদা থোকখবা অমা ভৌরনি। থাঙবা কাঙবুনা খুম য়াম-য়াম্না তাইশিল্লম। খরনদি চানীংবা চাহৌরো হাম্বনা হায়নখি।

লৌশিং থৌবা খরনা থরান্নীচাক মথীনি, পৃথিবীগুম্বা মঙারোম চাউবা অমা ঐখোয়গী গ্রহ অসিদা পাইশিল্লকপনি; এটমোসফিয়রগা তকথায়নদুনা চাকথেকখিবনি; পীকপ্রবা মচা অমতুং ওইনা য়োরকপনি। মচেৎ মচেৎ থরা থরা ফক্লগা বিশ্ব বিদ্যালয়শিংদা থাল্লুনা চাংয়েংহনসি হায়রৈ। কক্কে চৎনরুবা মতমদা ঈরাং পূজা ভৌরিবা কাঙবু অদুগা নিঙাই শান্নানখি। অহানবদা থম্বা, ভাম্বা ওইনা ভৌরম্বদুনা অং হৌনরদুনা খুৎ থোক্লখি; নাকপাক নাকপাক থোংত্রেন হায়রবখি। লনাইগী মীওই কয়া অমদি সংস্থান কয়ানা তাইশিন্নবা লাক্লবদা ঙমখিদ্রে রায়েন থৌবু য়োরকখি; মপান অকোয়বদু মী মঙা শুনা তিন্নবা য়াদনগী অখিংবা অমা সুমিৎ মশীং কক্লুনা-চলাইরি [illegible] ক্লোম্বকপু থুরুম্বা চৎপশিংগীদমক্তদি অহৌং সুংথিল তুনা। [illegible] [illegible]

তারমদবা য়াই ) নহারোল খরদি সুমিদাংদা ফাখিসু হায়রে। সুভিগী কোওবা চেকোওশিংদি ভুমিন্না অচুমক লৈরি। পাঞ্জি লোয়শওগী ফলগী মতুং ইন্না কৈথেল অচৌবগী ময়ায়মক্তদা যান্দোপ চাউনা খন্দুনা হরি সংকীর্ত্তন ফাংনবা হৌরে। জৈগনু ঈরোয়রে। নোংমদা পালা তরেৎ তরেৎ শকই। ঈশৈ শক-পশিংদি অয়াম্বনা থৌরম-থৌদাং চাউনা চাউনা পায়বা সেক্রে-টরীশিং, ঠিকাদারশিং, কারবাররালাশিংনি, মরক মবক্তা মন্ত্রী উপ-মন্ত্রী খরসু হৎলি। সনাদা তক্ষানিসু হায়রে। চেওপোক্তা মায়রেনগী রাম্ব *মবা য়ান্না য়াওই। ভাবোক্তি রাস্তে, অতৎ-অথম লৈতে ; য়ারেকপসু য়াওরে।

সুঙ অদু অচুম লৈ।

সোমদগী থাখিবা পাউগী পাউখুম ওইনা ময়ায়গী থৌরাং পায়বশিংনা অচৌবা মী কাওলুপ অমা থিজিন খোৎচিন্নবা হায়ত্নুনা থারকই। হেক য়োরকপগা চাবলেন্না ওকই, পাউগী মীওইশিংগা উন্নে, শিক্ষাগী মচীন ভোওবশিংগা বৃপ্না নৈরে। সুমিদাং বসন্তরাসতগী থৌরগা তাণ্ডব কাওবগী জগোয়না অরা পোথানহল্লি (হায়না তায়। ) মথং সুমিৎকী খবরশিংদা কলাগী লমদা লাম্বা লৈত্রবা জাতিবু ( জাতিশিংবু ) হন্না হন্না থরাম্ব ফকচাং য়াওনা থাগৎখিবগী অচৌবা ময়েক কন্না থেংরে। ( লৈবাক শীনবা থুংনা হরাওনরম্বা য়াই। ) চৎলমদাইগী মীকুপ খরদা সুং মনাক্তা মীভিন অমা ফমখি। মীহুৎ অনী মরীনা রাভাওখি।

খুদিংমক্না মুঙ অমদি শেলথুমগী মরক্তা লৈবা কল্লবা মরী অমগী মরমদা হয়া হয়া শীংথাখি। ময়াম্ ওইরগা বিদায় সভা অমনা রাখৈখি। লাইখৌবনিস্ হায়।

মুঙ মচী লেঙদে।

নোংমা মী কাঙলুপ অমা লাকই। মুঙগী মনাক নক্লগা সামিয়ানা থল্লগা নৈনবগী সভা অমা ফম্মে। অমা থোরকই ভাংলৈ; অমা চঙলকই মোৎ ফোঙলৈ; অমমুক কাখৎলকই চেৎনা থাজবা পোংদোক্লে। মরক্তা চা তোয়না থকখি, মখা চংথরকই—

—মসে, সুমতৌবা এখোয়না হৌ হৌ চোংবগী মচুত্তা ভুগোলগী পণ্ডিতশিংগী কাঙলুপ অমদা শিন্নরে হায়রগা মুঙ মশক খঙদোক্লসি, ভাব ভাংবা? কয়া কুইরবা কদায়রাইদা ফংবা, লম অসিদা লৈবদা মওং চাত্রা চাদত্রা হায়বদু হায়না খঙদোক্তনা থবক মখা চংথবা চুমদে হায়না খল্লি ... .... ....

— ... .. ... মসিনা প্রজাদা, হায়বদি, নাগরিকশিংদা অপনবা পীবে; সবজেক্ট টু করেকশন, অদুনা নাগরিকশিংদা অপনবা পারবদি আইনগী থোঙদা চঙবা তায়। এখোয়গী সংবিধানগী মায়োক্তা চংথরকপা থৌরম অসিদি অরানবনি; সবজেক্ট টু এপ্রবেল; অদুনা এনা হায়জনীংবদি আইনগী লোয়শঙশিংগী মোৎ লৌরগা সুপ্রীম কোটকী লৈখাই অমা

লৌসি। মসিগীদমক্তা চঙগদবা শক্তি পুন্নমক অমত্তা য়াত্তনা ভেংথাঙ্কু, হায়বদা য়াদবা য়ারোই ...... ...... ... ।

... ... ... অদুনা ঐনা হায়জনীংবদি, ঐখোয়, ঙসি শ্বাধীন ওইরবা মীচম ঐখোয়না, ঐখোয়, অপুনবগী ওইবা সমস্যা অসি, ঐখোয়, ইরায় লায়না লোথোকপা চুমদে। অদুনা, ঐখোয়, ঙসিগী শাসন পায়ব্রিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মনাকোংদা লাউশিনবা তায়, মখিত্তা থিন্দুনা তাকপা তায়, খওহনবা তায়। ঙসিদি, ঐখোয়, মুঙ অমগী সমস্যাদনি ; হয়েংদি অনী শুরকনি, হংচিত্তি অহুম, মথং মথং মরি, মঙা তরুক তরেৎ .... .... ....

.... .... .... ময়েক্তীদি হকচাং লু-নাননা লৈবা তাবনি মুঙনা পন্দুনা লৈবনা ময়ামগী হকশেলদা অপনবা পীরবনি। করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অমা তৌদুনা কোথোকপা তাবনি। মুঙ লৈরবদা কনানো মুংঙাইগদবা।

মীত্তিন অদু মখা অদুম্মক চংখি। লোইবা মতমদা অদুম্মক লোইখি।

মুঙদু অদুম্মক লৈরি।

কয়া অমনা য়াকং মথং মথং লানখৎখি। মায়কৈ অদোমদা পুবা ওখিসায় কয়া কেয়ামী খয়া অমদি থৌবুরেল অমা সসপেন্দ তোয়ে হায়বা পাউ তাখৈ। খয়া অমসু মতম শুত্রিটৈঙদা নমদুনা পোথাহনগনি হায়না হায়রৈ হায়না ভাঙখৈ। চুপা চুমদবনা

মতমদা লৈরে। চুরাচাবদি থাদোকপা হৌরে হায়না থাজনৈ

মুত্ত অসি মানথায়রসি!

মুত্ত অসি ইশ্বোকঙসিনা!

লম্বেল থৈরসী।

কায়দে - মুত্ত অসি ... ... ....।

মুত্ত অসি .... .... ....।

মুত্তহু মচী লেঙড্রি।

ইলাহাবাদ, ১৯৭৬

## শোক প্রকাশ

দেশ অসিগী থ্বাইদৈ চাউবা মী অমা শিরে; অকাশবাণীগী পাউনি; থাজবা তাবনি; বিশ্বাসনি—(অচুম-চুমদা খনযদে!)

ফীরান তথ্বায়, মশুং নক্সগা অহুমথোকপৈ অনী অমদি অহুম নক্ত-নক্সগা অনী মরী ........।

"ঙসিগী সভা অসিনা লৈখিদ্রবা মহাপুরুষ .... গীদমক্তা থম্মোয় শোক্কা মুংঙাইতবা কোঙদোকলি। (মেম্বর অহুমথকী মনুংদা অনীদি য়েংনরগা খজিক নোকই; অহুমশুবা অমদি কা উমশায় শায়বগুম তৌই; মচীনবান তঙাং তঙাংই, মোমোন মোমোন তৌনা মায়থোঙলি।) . মহাক্কা খঙহৌদনা মনুং-মতম

চাদনা (কুঠিগী ঘোত্ মতুং ইয়দি মশাগী চৎলী মরিকুত্তরা মাপলগা থা খরনি। ভারতকীদমক্তদি ? সংসারগীদি করি হেয়া ঙক্লগবা ? তশেং-নমক মমুং-মতম চাত্রব্রা ?) লৈখিদবা অসিনা এথোয়গী লৈবাক অসিগী মেনশিনবা ঙম্মরোইদবা অহাঙবা অমা থোকহল্লে। (খবরগী পাউ—ঙসিগী, অমনা ভাকপদি মা হেক লৈখিদবগা হাঙজ্রুনা লৈবা য়াদবা মতাং থোকপনা মাগী ঙমখঙনা থবক পুবা হৌখরে হায়বসিনি।)

"অতুনা লৈখিদ্রবা মহাক অতুগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈখি-নবা সভা অসিনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরি। (হিংলিদৈগীদি ?) লৈখিদ্রবা আত্মা (?) অতুগীদমক্তা অমদি মহাকী ইমুং-মমুংগী অরাবদা শক্তক য়াবা ওইনা ঙসিগী সভা অসিনা পুংখায় অমা তুমিন্না লেপ্তুনা অরাবা ফোঙদোক্লি।

—এ, পুখায় অমা ?

—হোয়নে য়াম্মল্লিদা !

—মিনিট অমত্তমক তৌনৈদা মীদি।

—অতুস্থ য়ামস্রেদা মত্তা তৌসি।

—অতুকাও কুইমনগনি; অনী চপ চারে।

য়ারে, য়ারে; অনীদা তৌরসি। (কদায়দৈ ওস্থোক, ওস্থোকপা পুখায় অমদি হকমল্লেদা—তুংগী পরেংদা অমনা শোল্লপ ঙাঙখি; থংনবা মেয়র অম'নীতুস্থ য়ানীংবা ফোঙখিবগুম তৌই।)

"অতুগা অনীগুবা বারেপ্পা, ঙসিগী অরাবা ফোঙদোকপগী বারেপ অসি লৈখিদ্রবা মাগী বাহৌরিবা ইমুং-মমুংদা থাখিবা অমদি

লমদমসিগী খবরশিংদা ফোঙদোকউ হায়না খাখিবা। (কাত্নমক্কী কাচীন্দা কপ-প্লেট শন্দোকপগী মখোল তারকই। অশীন-অরাং খরনা নোমজেন চেন্দুনা অচা-অথক লোথোক লৌশিন তৌরুবা মওংদু অদোমদা ওনশীন্দুনা কম্বশিংনা উদশিন্না মীৎলাওনরি।)

য়ারে য়ারে। খববদা হাপ্লবদুদি ঙসিমক য়োৌখিনবা তৌরো হয়েংগীদা য়াওরকপা নংনবা। চুম্মী, খবা ঙন্না য়োহৌদ্রবদি নংঙোই। কনি, তৌজগে। অদু হৌজিক্কী দ্রাপ্ত অসি ময়াম য়াবিবেকো? য়াবে য়াবে। লোন্দা-পুদা? লোইনা করে। অদুদি অমুক্তং পাজবগে অতুগা অনীদং তুনিন্না লেপ্লবা।

পুন্নমক অমত্তা ওইনা য়ানরে। চুকপ অমা চমখি। অমুক্তং লাউনা শেম শেমদুনা পাথোকখি। হেক লোইবগা ময়াম্মক অমত্তা ওইনা হৌগৎলকই। তুমিন্না লেপ্লে। মরু লুকথবগুম তৌবস্তু যাওই; য়েৎ-ওই মায়বোমদা কোইকক-কোইরুক য়েংবস্তু কোঙ্গায়নি। মডীদা শংনিক য়েংনবস্তু য়াম্না য়াওই। সেকেণ্ডগী কাতানা তেক-তেক ....।

... ... মহোযগী ডুকান্দূবু থোঙ থিংঙম্মদ্রা! বামোন অসিনা পৈশা পীগন্দবসিনা! লাইরিক খুৎনম অহুমগী পৈশা পীদ্রি। হ! ঙসিদি খবদা ওইবসু পীদ' য়াদ্রে হায়নবা তায়; চোপ্লবা তাবা মতাং অমা লৈরে হায়দনা শেংনা লায়দ' য়াদ্রে। মুপীগী লৈ হন্দোকউ মগাম্নবগী অঙাং চউম্বা চৎকনি হায়দনা কামহৌবদুনা .... ....

চা হৈবগী মখোল তারকই।

……নাগ্রেদকো! মসিথু শক্তোকহল্লুরসিরনে! অমা হেক শৎলুবদা য়া মথং মথং লপ্তোরকই হায়বসিদা! চায় হাউতে, থকই হাউতে; মীনা ঙাঙই তানীংদে। কৈনোনে হৌজিকপু হন্নুথংসিদা য়াথৈ হৌদৌরিবা জাৎলনে! নাই খজিক্কং লৌ-থোকঅদি শর্ হেক্তা ফনিসে! সি—! চিনাগী য়া দাক্তরদুবু মমূমদা লৈরমগদ্রা'…— দাক্তরহায়' জাৎসিবু! ওগ্নোক্না ওক-খিদ্রেদা। তৌবুদি অওকপবুদি পীক থমস্থ লৈকো! মানা মী লৈশাবী অদুবু ওপরেশন থেটরদা—

অওকপাইদুনি। লৈশাবী অদুস্থ—

উকিল—ওপরেসন থেটর চঙলমদায়দা নঙেঙান্দা হিদাক কাপপ্রা?

লৈশাবী—কাপ্পী হোয়।

উকিল—কাপখিবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা নঙ রাম্বরব্রা?

লৈশাবী—রাম্বরে হোয়!

উকিল—নঙনা মীকপ থোরকপদা কমদৌরম্বা, শেংনা তম্মু, মীনম্বা য়াদে জেসস খ্রাইস্তনা সাথীনি।

লৈশাবী—ঐ কমুং অমদা হিপ্তুনা লৈরম্মী। ঐনা মীৎ হেক পাঙথোরকপদা…… দাক্তর তোলহলনা ঐগী ইথক্তা…

অতোপ্পা উকিল—ওবজেক্শন য়োর লোর্ডশিপ।

জজ—ওবজেকসন সসটেন! মথা চথৌ ইবেম্মা।

মুমিৎ ভরাতরক্লিগী মতুংদা—…

## শোক প্রকাশ

লৈশাবী—ঐনা হায়জবিজবিগে জজ সাহেব ! ঐনা মীকপ থোরকপদা ঐ অসি ওপরেশন মতুংগী লায়েং মথং মথং তৌদুনা থম্মীরে। ঐ দাক্তর তোলহল হায়বতু কনানো মশক খঙবিদে। দাক্তর মাম্মা লাকই। ঐ কৈস্ তৌদে। ঐবু বদনাম তৌবি-রিবসি অরানবনি, ঐবু মাঙহল্লবা ... সুংশিদবা মীনা...

উকিল—হাই ! লৈশাবী নঙোন্দা পৈশা কয়া পী দাক্তর তোলহললনা শ্রাইসনা শাখি; শেংনা হায়মু।

লৈশাবী—লুপা ... ।

উকিল ( মাগী )—ওবজেকশন য়োর লোর্ডশিপ।

জজ—অতু হংবা য়াদে ... ... ।

মেম্বরশিং য়ারে ! ও ! অস ! ফরেদা। ইমাই, তুমিন লৈব-সিন্নু রাইহে। কদায় চা-সুং য়েল্লোদনা। হাই তোপ্পা চা'ঙ্গু ইংঙৈনি, কাড়ু ময়ায়দা থম্মুদনা ! ফরে ফরে। এ। মহোয়গী সিংহরা অসিদি হাওতেদা। ঙাইখো মহোয়গী উকাবী অতাওবতু অমমমতং চাসিবা। হাওবনি মহোয়গীদো; থাউস্নু ফরবনি ।

লোইশিনখি শোক প্রকাশ। মপুঙ ফাখি শোক প্রকাশ শোক প্রকাশ !

কাক্চীপুর, ১৯৭৭

[illegible]রা

মুত্তি অদুগী মমাঙদা লেপ্লিবা মী চামঙা-চাতরুক্লোম অদু মিনিট অহুমগীদমক্তা ভুমিন্না মক লুকথনদুনা লেপ্লি। লাঙলবা শহরগী সোয়োক অচৌবা মপান্নি; ভাইহাক অদুদি লম্পাক মচা অদুগীদা ধূপকী মৈখু হাইগ্রংপগী মখোল তাবোই নীংই। লাপ্লপ্লা কাপ য়াওব্রবা পুংমরুগী নামতাকা তারকই তুং-তুং তুংতা তুং তুং তুং। ভাইহাক লৈরগা খান য়াওরকই জ্বায় জ্বায় জ্বাইজা জ্বায় জ্বায় জ্বায়।

ফমথনবগী অদুদা নাকলগী লম্বেল মচা অদুদা চৎখি। লৈদূনা হাইরগ য়েংথোকখিবদা মী অহুম-মরীথক্তা তরক তরক ইন্নখি। কপ্পা য়াওখিদে, তেংথাবন্তু য়াওখিদে, শীং, চন্দুবা, মৈ, কু, পুন্না অদুম্মক চৎমিন্নখি।

—কমদোবা, কনানি হায়বিবনো?

—অ, মনীং অস্বায়দৈ ওজা হরি হায়রা কৈনো।

—ওজা হরিশ্চন্দ্রদুম—?

—হোয় হোয়, হরিশ্চন্দ্র হায়মান্নে; হরিশ্চন্দ্র।

ও! মা ওইরে। ওজা হরিশ্চন্দ্র মতম অমদনা, মফম অমদা ওজা ওইমিন্নরকই। মবুক-মপাউ য়াম্না ফবা মীতানি। মরৈ অমদি, মমৈদা মচিংনা চৎপা ওজানি। মুর্ত্তিদুগী মখাদা মুও অঙোবা মপাক অদুদা অমুবনা ইন্নি।

৺চাউতোন

# শিল্পবা

পোকপা ১৩ | ৯ | ১৮--

থুপখিবা—১৩ | ৬ | ১৯ --

মখা তানা এনা খঙই; খিকাদার চাউতোন আমীন তোমানগী অমত্তা পোকপা মচানি। চৌ খর্না আমীন ওইরম্মী হায়নৈ। এখোয়না খঙলকপদদি সরকারগী অখোইবা খিকাদার ওইনা লৈয়মে। লাল মনুংদা অপাইবা থবক কয়া হকথে নহৌই; মরাইবক খরাল শাৎনা হিংহৌবশিংগী মনুংদা মাবু হয়া হয়া শীংথারি। থোং শাক্ষী কোম তৌবদা শেনফু মাংল থেংনবনিস্ত হায়নৈ; এখোয় ইথৌমা হাধবদি লাল লোইরমদাইগী অচুরায়দা অহীং অথেঙবদা হল্লকপদা অরাং লৈকাই খোংনাংখোডদা কৈনো অরংবা মতুম অমা থেংনখি, খুল্লকখি, তৌজিকথাওবা ( ইধৌগী মতম ) মহোয়গী অহমগুবা মথোনগী কাজাউ অমদা লাত্তুনা থম্মি; মশাদগী হেন্দুনা কনা অমত্তা চঙহন্দে, হায়না খুদম প্রমাণ কয়াগা লোয়ননা হায়খি। ঙসিগী থৌরম অসিগী দমক্তা লনাইগী অশীন-অরাঙ কাঙলুপ অমনা চাইবা চেংবোল অমনা মতাং অমদা হায়বদি ( অমুক ফাক্তোত্তুনা পাবদা )—"৺চাউতোন লৈবাক অসিগী অশেংবা মণিনি। স্কুল কয়া, কলেজ কয়া লিংখত্তুনা অমদি বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা মৈত্র-বাকী সংস্কৃতিগী চিয়ার কয়া থমতুনা মহৈ-মশিং ভন্নগী লম-দাঙদা ...... ।"

ঙজা হল্লিনা নোংমা ঙজাশিংগী কমনরুমদা য়াজা শাউনা হায়খি— "করিনো লৈবাক অসিদা তৌরিবসিবো! হুরানবগী

হুরানবা ঙাক্তা। থারনদি লোল্লা হুবাম্নরম্মী; হৌজিক্লা অঙানবদা ইকোং কোংনা। পাপকী লল প্রায়শ্চিৎতা চৎপা হৌনবনি। অরা-অনংদগী শুমত্থনা লৌবা, তোংজৈ থাত্থনা চিংবা অত্থগা ধর্ম লৈবা, দান তৌবা মালহনবা। মসিদা থাজরিবা অসিমক যুগ অসিগী থ্বাইদৈ চাউবা অন্ধবিশ্বাসনি ... ... ।"

স্কুল অত্থদা মাগা-ঐগা ওজা ওইমিন্নবা কুইত্রি, ঐনা নৌনা চঞ্চলকপনি; মাদি কুইরে লৈরম্বা। ঐনা তম্মকপা, মানা তম্মী-রকপা ওজা ওইরম্বা স্কুল অত্থদা য়াম্না মুংঙাইনা ঈংনা লৈরম্বদগী তলব ফংবোই ফংদবোই তৌরিবা অনৌবা স্কুল অসিদা কমদৌনা? -হংলুবদা ওজা হরিনা ইথৌ-থৌশাদনা খুম্মকখি -

— অঙাং অমৈ রাহৌদৈ।

— ওজাগী অঙাং ওইরবরা, করি ... ?

— নত্তে, ইয়াম্বগী অঙাংদি লোইনা পীকই। কনানো করিগী সেক্রেটরী অমগী ময়াম্বগী মচানি হায়ব্রা কৈনো; মশকস্থ খঙদে।

— অত্থ কৈদৌবা ওইরবনো?

— টেষ্ট পরীক্ষাদা ফেল ওইরে; নম্বর অনী রাৎপা। কমিটিনা লেপ্পখিবা মত্থংইল্লা হোংলে, ফেল পাস খন্দোকএ। লাউথোকঅমদাইদা অত্থমা থাগত্তবা য়াদে হায়ররে। নম্বর রাৎলি য়ারোই হায়খরে। মানা হাপ্লো হায়। ঐনা হাপকম থোক্কে, হাল্লা ভারগা লোইনমক্তা হাপকনি হায়রুবদা মানা শাউগৎ-লকই। অতৈদদি য়াদে মঙোন্দতা হাপকনি হায়। হাল্লা পঙয়া

# শিরবা

য়াত্রো! সিবু ফাগিরো, অঙাং শান্নবরো! মাই সেক্রেটরী, কনাগী সেক্রেটরী! অতৈ অঙাংদি ছাত্র নত্রো?

— অদুম হাপত্রে?

হাপত্রে। হায়দোকত্রে। ঐনা বোডীদা পুম্নমকসি ইদুনা চে থারে। চে-চাং পুম্নমক উৎলে, য়েংনরে; মথক্তা ইশিন্নগী মওং ওৎশেংনা লৈরে। মশানা ভাজরবা রাফম্নি। অদুবু ইবুংঙো শ্যাম—

—ওজাবু।

—ইয়াম্বনা লানবা তাখি। কমিটিগা বোডীগনা ঐবু অয়ানবা ওাহনখি। ইয়াম্বগী মীচঙ কনাম্না লৈখিদে; শিন্দোক শিনজিন তৌরিবা কেরাণী অদু ফাওবনা ঐবু থওইখিদে; ঐনা লানবা তাখি। মুমিৎ অদুদা ঐ রিজাইন তৌরকপনি।

মতুং, মঙানি-তরানি মতুংদা স্কুল অসিদা ইনৌ-নৌনা চঙ-লকপনি। ঐগী মতুংদা মা লৈখি। ঐনা ওজা ওইবা তোক্লুনা ঐনা মম্না মগী ওইবা অমদা থৌদ্মপুবগী ওমথং ওইনা চঙলম-দাইদা য়ানীংদবা ফোঙচুনা লোইরোইনা মওক ওাইহাক হাইরুই; হায়রকখি—

—ইবুংঙো শ্যাম, কৈ, তলব চাউই, মীনা ইকাই খুম্নে, চুম্মী। অদুগনে অশেংবা নোংশাদি শারঙ মম্নুংদা ফাজীন্দুনা লৈবা হৈনদবনি। ফাবু ফাজীনরবদি চরাম্নরবা নোংশাম্ন হৌদোং ওনবনি।

## ভিংখংলৈ

মঙানি-ভর্‌নি লৈরগা ( মানা অমুক ভহদগী খঙবনা ) মা অসি লাল কেক লোইরকপগী অতুদা লৈঙাক থৌরমগী লোইশঙ অমদা থবক তৌরম্মী। লান্দা মরোল-মরাল তাকগ্রবী মমা লুপ্রাবীতুগী মতেং পাংবত নত্তনা নিং-নিং অমুক হোৌগচ্চরকখি। অতাবী হায়বা, অতাবী তৌবা মাগী হৈনবীনি। অতাবীদগী খজিক লৈথোকখিবা মা খাঙবা হৈনদে ; ঙমদে। ফাইল লানথৎ-লাম্বুগী মতাংদা মখাগী কাঙবুনা মাবু কি-ভুকচৈ। কেরাণী অনী হায়গী মতাংদা লেংমাম্নবা অমদি মথকথোংবা কাঙবুনা মাবু কৈনদবা হৌগ্রবনি। লৌমীশি দা শেপ্পু' য়েনবগী মতাংদা মাগী কেরাণী অমনা অহল অমদগী লুপা য়াথৈ চাক্ষবগী মরীদা কেরাণী অহুবু মখংগী অঘুক্তা সসপেন তৌকই। মমিৎমক্তা উহৌবনি, চান্দী ঙাক্তা শেল লুপা য়াথৈনি। অহল অতুনসু রাকৎ অমা ওইনা অশেংবা হায়রম্মবনি। কেরাণী মশা অতুনা মুমিদাং লাক লাক্কুনা তুররে ; মশাগী মরাল য়াক্ষররে। লানখিবা হায়বসিদি মীরমচৎনি হায়বগী রাখলদা ঙাকপীনবা মথক্লোমদা ইতুম ইবিরগে নীংলকপগী অতুরায়দা কেরাণী অতুনা চামগী নোট অপাকপা অমা মমাদা পীরম্মে। খুদক্তা মৈক্তাও মৈরী কৌখি। লেঙগ্রবা প্রমাণ অতুগা লোয়নবা মহাক্কী অঙম্বদা শিরখি। কোম্মুংগী লোয়শঙলোমদা থাগৎনখি হায়বা পাউ তাখি।

খরা লৈরগদি কেরাণী অতুনা ওনখত্তুনা রায়েলগী সলা লোয়শঙনা চে থারক্লে। কেশ লেপ্পবা তারে। অমুক অনীরক

লেপ্লরে, শাক্না শাক্লি। অঙম্বা কন্নানা মাবু থাগৎপিখি ; লোম্না কয়া, ফোংনা কয়া, থৌনা অমদি থৌইনশিন পীখিরকপা য়াওখি। মীচঙগী মরু থোইনা থম্লুম্নবস্থ মশাবু নৌফৌননা থাজবদি হেন্নকখি।

য়াই হায়দোকপগী মুমিৎ অদু লোয়শঙদা মীনা পীক থক্লি, লোয়শঙ কয়াগী মরু ওইবা মীওই কয়া, লৈঙাক থৌরমগী লুচিংবা কয়া, ময়াম মীচম কয়া য়াওরি। প্রেসকী মীওই অনী মরীস্থ লেপ্লি। জজগী তাংবলদগী য়া মখা চথরকই—

জজ— অদুদি শ্রীতোম্বনা লুপা ৫০ লৌখি হায়বসি কনা কনানি উহৌই, সাখী লৈত্রা ?

হবিচ— লৌরিবা তোম্বা মপা থঙই, পীরিবা অহল থুয়া চাউচা অমা লৈরে ; ঐ অমা মীৎ অসিনা শং-শং উজহৌবনি।

জজ— অতৈদি ?

হরিচ— অতৈদি থোইদোকপা থঙজদ্রে।

জজ— হায়বদি লৈত্রে। অদুগা শ্রীহরিশ্চন্দ্রনা শ্রীচাউচানা মপানা শেল পীরুবে হায়দনা মরাল য়াজররে হায়না পনবিরকই।

হরিচ— অশেংবনি হোয়, মুমিৎ অদুদা শ্রীগোবিন্দ পন্দুনা য়াপকহল্লুনা থুমজনবনি, শোয়দনা পীবিপনি হায়দনা লুপা য়াথৈ কংলুরে হায়না থুম্মকখি।

জজ— শ্রীচাউচা হায়রিবদুদি মপক থঙবিরিব্রা ?

হরিচ— খংজবি। অসিদা যম্বিরিবা খুরা অসিনি ( খরাদু কৌশিনখি। শ্রীগোবিন্দ পন্দুনা রাশকখি। )

খুরা— শ্রীযুৎ, ননাইগী মিং চাউচা কৌজদে; নিত্যাই কৌজে। ননাইদি কৈন্ত্র খংজদে; পীরুবস্তু লৈতে; উরুবস্তু লৈজদে।

হরিচ— করি খুরা। শেল লুপা য়াম্বে, খুরাগী খ্বাঙদগী খাউ লৌথোক্তুনা থম্মুনা পীখিবা নত্রা। থোরকপদা এন তক্তুনা হংবদা মানা পীয়ু শেম্মুং অদু ফংহনগে হায়দুনা পীরুবনি হায়খিবা নত্রা ?

খুরা— ইবুংঙো বাবু, তাকপিরিবা অদু ঐদি তাব তাজদ্রে। ইবুংঙোবুস্তু শক খংজদে, অমুক্তস্তু উমদখিদ্রি। ননাইদি কৈন্ত্র খংজদে।

হরিচ— লাই য়েংদনা হায়য়ু খুরা, নচা-নশু পন্দুনা… ।

জজ— হরিশ্চন্দ্র বাবু অহল অসিগীদি লোইবে, তোম্বগী করি হায়গদবা লৈ ?

তোম্বা— ননাইগীদি সার, চেদস্তু ইজগ্রবদ্রুনি। পৈশা লৌস্তু লৌজরদে, ওফিসার হরিশ্চন্দ্র বাবুদস্তু পীজরুদে। অহল খুরা অসিস্তু শক খংজদে। শেল লৌই উবিহৌই হায়রিবা মুমিৎ অদুদি ঐদি ওফিসস্ত কাজদে য়ুমদস্তু লৈজদে কৌদমশেন থাখিবগী মতাং অমদা লরাই কুমজরুই

হরিচ— তোম্বা! নখুৎ অদুমরা চান্দী য়াম্বে থীদ্রুনা— ।

জজ - হরিশ্চন্দ্র ! ঙাইবিখো। তোম্বনা চৎলুই হায়বা লরাই অদু করি লরাইনো কনাগীদা কৈদৌবা ....

তোম্বনা মথং মথং হায়রে। পুন্নমক সাখী-সাবোনগী মীওই অমদি রাঙাঙনা পৌগংলি। মুম্নিং অদুদা তোম্বনা ছুটিগী পীরকপা চে অমস্থ মথক্কী ওফিসার অমগী সহীগা কোম্বনা পুথো রে।

জজ—হরিশ্চন্দ্র বাবু কৌজিক করি হায়নীংলিবা ?

হায়গদবগী হায়গদবা ঙাক্তা ; অদুবু মফম চারিত্রা ! মরু লুকথদে। অকোয়বদা অমক্তং নৈদ্রুনা য়েংলকখি, ঙাইহাক্তং উন-রাইমুক চীকখি। শোক প্রকাশ ওইরম্বসু কনানা খঙবা। নাগরিক অমগী ইজ্জৎ মাঙহল্লে হায়বগী অনৌবা রাকৎ অমনা অচিকপা থুগাইরকখি। থবক তোকহনবা অমদি তোকপা তাখি। জেল অমদি জরিমনাদি কোকপীখি হায়না তায়।

ওজা হরিশ্চন্দ্রনা শীংনবা ঙকহাই অমগা লোয়ননা হায়খি – ইবুংঙো শ্যাম, ইয়াম্বা হৌজিক তুমিন নৈতে, নৈরোই। থিন থিন্দুনা তাকপীবনি, লৌজদ্রগা মরাচানি, মরায়না মাঙজনি। শোয়দ্রবনি ইবুংঙো নৈবাক অসে লানমল্লেকো পোকখায়বা পোয়ররোই পোকখায়রকখিনি, পোয়দনা মমীৎ পাঙনরকখিনি।

সভাপতিনা লোইশিন্নকখি—'অদুনা এৈনা অরোইবদা হায়জগনবনি সবাক্তগী অমদি নৈবাক্তী সেবাদা কংথাকপদা তম্নফমগী

## তিংথংলৈ

মশক ওইরবা চাউত্তোন তশেংবমক লৈবাক অসিগী মনিনি। মাগী মুত্তি অসিনা লাক্লিবা মীরোলশিংদা তশেংবা অচুম্বা লম্বেল তাক্লগনি— ....

ওন্না হরিশ্চন্দ্রগী মোংফমদা তৌরকপা হঙ্গাম অদু হন্না সিং সিংনা চাহৌই। থবা লৈরগা নোংমা মোংফম অদুমত্তদা অমা পোথলোইহৌই।

ইম্ফাল, ১৯৭৫

## ফোন

অহীংনি। নোংমু কন্না চুরি। খীংলকই ক্রিং ক্রিং-ক্রিং-ক্রিং —হল্লো,··· হোয়,... লৈ হোয়। ... কনি। ··· হোস্পিতালদা? কনি।

ঘড়ীকা হাইরগ য়েংলগা খি হোংগে তৌরিদুনা হ্বিসিবব অদু ক্লোক থনম্মগা রমা তহা-তহা চঙশিল্লকই, থংনবা কাদগী পানী-কোট অদুগা এগী বেগকা পুত্থনা চঞ্জলকই। ফুরিৎ লিংশিল্লি-দুনা খোঙচুপ অদু কৎ-কৎ কন্থোকঙগা তোংশিনখিরকই। এনা শমজেৎ হাৎলিদুনা গেয়েজগী শো পুরগা থোকখি। গাড়িগী শো অদুবু এবু কদায়দা হাপপ্রবনো মায়ুরিদুনা গাড়ি স্টার্ট তৌবা তারকই। থোকখিবদা রমানা থৌদোক্তুনা ঙাইরম্মে। খিদায়গী

ওইনা মমায়দা লুকথরুই। মমিত্তা পিরাং শিম্বরশ্মি। তপ্পা তৈথোকপিরগা করিগুম্বা খবা হায়গে তৌরকপগী অদুদা—ভাই-লৈনরম্মনি। ঐ তূম্মমখিরোই।

গ্যার পান্না পান্না হন্না য়েংলগা থূৎশানা ভা-ভা তৌরকই। মপি খজিক তৈথোক্লগা নোকখেৎ তৌহৌই। নোং মরক অদুদা থোঙ্গাল হাংদোকই লোনশিনহৌই।

নোংমস্থ, অহিংনি। লমদাগী পানখৎলকপা, পূর্ণিমা ওকয়াগী থাবলনি। নুমিৎ তরানিমুক শহরগী য়াংমদা থাপ্পা লৈরুরগা হল্লকপনি। গাড়ী লাপ্পা থাহল্লগা য়াম্না লোন্না খুনীং কাঙ-কাঙঙ-দনা চঙই। ডৌরুনবা কাগী মঙাল অদুদা লৈ মচুগী মত্তেক অমা য়ানবোই, ইনবোই তৌবগা উপু হাংদোক্লুনা করিগুম্বা অমা কন্না থিজ্জুনা লৈবম্মী। তপ্পা চঙলগা মশম-ও মনা-ও পুল্লপ কোনশিল্লবু, বমা খংপ্রেক খংই; পাখৎপগী খোজেল খোক্লম-গদবা তবা তবারবা মচিগ্বান অদুদা ঐনা মায় উপশিল্লগা চীননা চেজেৎ মেল্লমদ্রবদি পাখৎনা লাউবম্বমক য়াই। পুল্লপ শুপকোন কোল্লগা তনান তনান থাজবা হিদান অদুদা লোইরোইনা থাদ-রুববু কয়া নানা চৈৎক্রে।

— কোচ্চাবর্সিদি! থাশী-থানৌ খবা খরা হৌব্রা।

—হৌজৈ হোয়।

—হৌরদি কোফী পীথকওই।

— পীথক্ত্রু বদি অমুক্কা ...

ফুক হৌগৎলগা ভাৱৈ, ও-ও, লাঞ্জরে পীথক্কে হায়দুনা নোক্লগা মপাম্বোমনা— মচীন কল্ল কল্লদূনা চাকশঙলোমদা চঙখি।

মায়-মীৎ ভাথোরগা কোফী ভাইখি।

মঙানি তরানিগা লাপ্নরুবগা চঙলকপগী হকথেংনবা মতাংদা শাম্পু মনমদা ঙাওগ্রবনি। চাকচা তোকপা মতুং ঙাইহাক পোথা-রুরগা পোথাচৌকীদা কম্নরস্বদগী ঐনা য়াম্না নকশিল্লগা নাপ-চীক্লা রা অমা হায়রুই। মচুক পৈথোল্লগা শাউরপ্লা রাকৎ মীৎয়েংনা য়েংলকখি, রা ঙাঙখিবদি তাহৌদে। নোকফেৎ নোক-ফেৎ তৌই হায়বদি অশংবা মৈ অতুদা তশেং তশেং উখি।

ফম্মিবা মওং অতুদা পুন্না থাংই বমা ফবং ফলং চোংই ফমুংদা পুল্লপ থম্বদা মহাক লেঙদে। মশানা হীকথতুনা তাববা মফি-মরোলগী থোইদোকপা রাখল মা থোইনা তৌকখিদে চোইজাইনরক্লবা লেঙ লেঙ চৎলিবা শম্লাংগী খুদোংচাবা ঐনা লৌখিবা খঙহৌদে। ঐদা নত্তে কামগী ইরাংনা লাকহৎখিবা, রমাগী মমীৎনা সাখীনি। মরেংবানগী ফূরিৎ মচা অতু খজিক শিথরকপগী অতুদা মা থংগ্রেক থংগুম ফ্ক হৌগৎখি। খিংলকপা ফোনগী রিসিবর তাপ লৌখৎলি; মথি শেনজিন শেমজিন্না খুম্মি— 'অহোয়, ডাক্তর লৈ। ·· হোয় ·· ফনি ···· ফনি—ফনি। হোয়। মশম-মনা নাম্বগনি হায়বা যৌনা নীংশিংদে শৎ ওন-শিন্নরুগা তহা তহা হায়বকই—গাডী থেংগাইনবনেয়ে মী অহুম, মেজর ওপরেশন দরকার লৈবে হায় ····।

খজিক তম্বরুরবা ঐনি।

অমুম্না ফোন খিঙলকপা খুদিংদা ঐনা পায়রগা পায়রে নক্লগদি পুম্নমক থাদোল্লগা হোৎচিনখি সেগা-মাইগা ঙাঙনখি।

ঐঙোন্দা থোইনা হংলমদে ঐগী বেগকা গাড়ীগী শোগা পুন্নুা লাকই, তহা তহা ভৌবৈ। অহৌং নোংঙাল্লমদায়দা য়াম্না তোয়না হৌদোকপা থেংনবকপা ফনা কুইরে।

নিংঙোল চাক্কৌবগী মুংথিল চুপ্পা ইথন্তা লেনখি। মীরৈ-বাক্তগী লাকপা ঐগী চে অমখক্কী নম্বর অমা ডাইরী ফাক্কুনা থিকই। হৌখিবা চহীগী অবোইবা তংখায়গী অদুরাইদা নীং-শিংলক্তুনা ফাক্লুই। থেংনদে। নত্তবা ঙাক্কা থেংনখি। নত্তবসিমু অনৎপবগুম মুংঙাইবা ফজবা মতাং য়াওরকই। পারুরগা খঙিক নোক্লীংলুই; চেনা অমমুক হাংদোকই।

জুলাইগী তাং ৩, ছুটি মুমিৎনি, মুংথিল রমাগা ফমুংদা জ্বাব শান্নে। পৈশা থানসি হাযবা ঐনা য়াদে, ঐনা থোইরগা ঐনা মাবু কোল্লগা চুপ্পা, মানা থোইরগনা মানা। য়ানীং-য়ানীংলা লকক তৌনা অদুম য়াই। ফোন খিংলকই। অথুবা ওপরেশন অমগী ফুক হৌগৎলগা চৎলি। বমা শাউহৌই।—নীংশিংলকই মানা শাউখিবা। মানা শাউবা হৌরকপসি রা হেক্তা ঙাঙদে ভাদে। মচিন্নানচু পোমলপ, পীগুম সুক্লপ, য়াম্না চীং লেম্মকই। চৎলমদাইদা ঐনা থোঙজিন ময়াদা কৌবদা মা লাকউ য়াদে। পাবা পাদবা লাইরিক ময়ায় ওইরপ চাওবা অদু ফাক্কুনা লৈ। ঐনা চঙশিল্লুবদা মা মমায় হুৎ-হুৎ লৈদুনা লৈ। মানদি ঙমহৌদে হায়ববু হান্নগী বিদায়দা ভৌবগা ইমান মান্নদে। কুইথরুবা য়াবা মতাংদি নত্তবনিনা ঐ থোকখি। মথং চেনা মরী-মঙা হায়দোকল্লুই।

## ভিংথংলৈ

জুলাই তাং ১৩, নহারোল লুপ্তিন মরুপকী ভেংবাং শো সুমিদাং পুঙ তরুক মথায়, অনুপম হোলদা ... ....

রমা ওল্লপ্পা কেথা হৌই। ঈপৈ অমা ঙংল-ঙংলদুনা ফি শেৎলি। (অকাওবা নিপা অমনা ইবা এবসর্ডকী লীলানি; মুংঙাইমু হান্নৈন থেংঙ্সি হায়না লেপ্লগ্রবনি) ঐসু কিরোল শেৎচিল্লি। খোঙচ্ৎপ মরি কিশিন-কিশিন্না হায়রুই।

—ঙসিদি লীলা কায়বা য়াই।

—কৈগী ?

—ভাবোক ময়ামদু য়েংনরোইদবা স্টেজরোমদা।

—কৈগী ?

—ঐগী রমারোমদা লোইনা লৈশিন্নরকঅদবা।

—কৈগী ?

—হৈ-মা! খ্বাইদৈ ফজবদা য়েংবা হৌনবা নত্রো!

—হৌনরিনি হায়! মান্নথাবা!

—হোরেল য়েংনসিনে।

—বে-বে, ঙাঙ লৈরে; তরুক শুরামঙা তারেসে।

—হোয়নহৈ।

থোকমিন্নরকই। থোঙ শো লোনবগী অদুদা ফোন খিংলকই। রমাদি পায়রুরমু থেঙেঙ হান্ন। পায়খৎলুবদা অথুবা ওপরেশন অমা লৈরম্মে। চত্তবা য়াত্রবনি খঙহল্লুবদা রমা শাউরং-মাল্লংনরদনা তুং-তুং চঙখি। কপখি হায়বা ঐ খঙহৌই। অথুবা মথং-মথং

পায়থরকপনা য়াম্না থেঙনা হল্লকখি। রমা মফি হোংদোক্লমদে, ফমুংদা হিপ্লগা কপ্তুনা লৈরম্মী। চাও-থকউ হায়বা য়ৌনা য়াখিদে। 'দেহী পদ পল্লব ...' য়ৌনা মশিং হাযজখি। পাক-না হম্বরক-খিদে। ফনা কুইনা থকম তৌদুনা লৈখি। নোংয়াই মতুংগী অদুরাইদা মরোল খর-খব থোবকই। মথংগী অয়ুক্তা মমীল্রা মপি ঈবা চেল্লদুনা অনীংবা কয়া ফোঙদোলকখি—

—মীগী ওজা ভৈগোহোয়গীনা মুতিগী চৎমিন্নৈ। মীসু সবকাবগী থবক তৌবিবনি। ঐখোয়গীদি পূঙ ২৪ থবক থবক, থবক। ঙমবু-ঙম্মীনে মথ্বাযসে, চৎকনি হাযদনা যোক্লক্লগা। মাই ফোনসিবু লাকঅদি ঐগীকা খনপোং'তে। লাইবক থিগ্রজাৎনি ঐসে।

থেম্বগী য়াহৈ মঙা-তরা নত্তনা কবিষ্ণু হায়খিদে; থমুংদদি বমাগী মহৈ-মশিং,, শাগৈ-জাৎ খল্লুরগা খজিক নোক্লীংলুই। নোং নিনি লৈরগা শাউবা পূংফ ফল্লবা মতুংদা নোংমা মুমিদাং অমা সমজাইবা ওইনা হায়রুই—

—সেবা তৌগে হায়দনা তৌশিন্নুরবনিনা ইথৌনি হায়দনা তৌবগী য়ানি; নঙবু মীয়াইবৈ য়া নত্তে।

—অদু ডাক্তরসিবু নথম্বা ভাইরব্রো? মণিপুরসিদা তলব চাদনা সেবা তৌগে চোংথোয়কইসিবু নথম্বা ভাইবরো।

—ডাক্তর খুদিংমক্কী য়ানীনে ঐনা হায়রিবসে।

—মী খ্বাই' ডাক্তরদি নঙদৌ কৈশু তৌদেসে।

সিনেমা ড্রামা য়েংবস্থ চৎমিন্নৈ, ব্রাকিংস্থ চৎমিন্নৈ, উৎসব মেলা অমত্তা য়ৈথোক্তে। লায়েংলস্ত অদুম মচৎলি।

মানা ঙাঙবতা তাবা তাখি। তাকফম খঙখিদে। ব্রাকৎনা মাঙওইনরদুনা যনা কুইনা ঙাঙখি ; এনা তাখি। মতাং মতাংগী ওইনা মানা মরুপ ডাক্তর মহেন্দ্রগী ব্রাযম পল্লকখি। মাদি অহীংদা হৌদোকলুবা য়াদে অবাপ্পা লমদা অমুক্তা চন্তে। হৌবক-পগী মঙানি তরানি থামুক্তু মঙায় মীনা শাউনবম্মবদা মতুংমখৈদি, মাগী হৈনবীনি হায়বদু খঙলকঅবা মতুংদদি মংাং চাদনা কৌরুদে। মখোয়গী মৌপ্রাশিং থোকপা ডাক্তর নহা অমগী ব্রাযম অমস্ত তম্মকখি। কদায়রাইদনো চাং অমদা আউটপোষ্ট তাবনি মযুমদত লৈ হাযদুনা তম্মী।

সুমিৎ অদু এ মায়থীখি নীনী ছুম্নি লৈরগা শীংনবা অমগা লোয়ননা হায়রকখি—

—খঙনি সিদৈ ওফিস মতম নঙবদা ফোন অমত্তা লাকসনু। যুম চত্তবা কুইরে হাপ্তামুক ছুট্টি লোবো যুমদা পোখ্বাকসি। লৌরাইলম অসিদা আউটপোস্টনি হায়দনা পুমযক যকচিনখ্রে। ইচা উদবস্থ কুম্নিরোম শুবে। মীদনা মীদো' তৌরে ; এদি মী নত্ত্রদোনা। করিবু সুংঙাইরিবনো এনা নঙগীসিদা লাকপদৈ! চাক চরা অনী পীজরগা মরাইনা পঙলৈ লৈজনি হায়দনা.......।

শাউবদগী নীংঙমদদনা পঙঙাং ঙাংবনিদি হায়বদু রমানা হায়রিবা পুম্নমক্তু পুঙলান লানখিবদি নত্তে। অদুগা মানা

# ফোন

পল্লিবা ফিবম অদুদা লৈরসমু হায়দনা থনখিদুনা লোয়নরুবসু নত্তে। করিগুম্বা কান্দা ব্রাকিং চত্তবা নত্তে; মরক মরক্তা পাটি চৎপসু ময়াওরিবনি। অদুগা মৈপোক লাংহৌনা খজিক মরু ওইখিবনা মাবু খরগী মখৈদি মীরাইগুমসু তৌরুদবা নত্তে। স্কুল কোলেজ অমদি বিশ্ববিদ্যালয়গী মকৈ-মশিং ফংলুরবী মগোন্দা য়াম্না হেন্না তাকলুবগী কান্নববসু লৈতে খল্লুই।

নোংমা নুমিদাং অমা। পঙথেঙ থেঙত্রি। নীংথমথাগা ওইবগা অচৌবা সহবগা নত্তবগা মীচিক মীরাওখোল তাদবদনা শরুক অনী থেঙখিবোই নীংবনি। যমদুনা ব্রাবী শারম্মি। নৌনা ফোঙ-লকপা উপন্যাস মচা অমগী মরমদা মানা ব্রাবী লীরি, অফ-ফত্ত অচুম চুমদ কয়ামুক হৈনীংনা পুথোক্তুনা শাংথাবি। ঐনা হিপ্না হিপ্না তারি। 'উম' হেক হায়বা লৎলুবদা নম্মীবা হকচাংদা কীন্না হল্লকই। ফোন খিঙলকই—ক্রিং-ক্রিং ...... .... ।

—"তু! তৌরকএ"—ঙাঙলম্বদগী ফোন্দা মমিৎ থারপ য়েং-লগা রমা হায়খি। ব্রাবী মখা অমুক চথে। ঙাইহাক লেপ্লরগা অমুক খিঙলকই। মা কৈসু নাচুংদে। যনা কুইনা খিঙলে মা হৌগত্তে ব্রারী মখা অদুম চথদুনা লৈ। কদায়দনো কনানো য়েংউচো হায়রবা ফাওবদা বমা নাচুংদে; কৈসু ইতৌ-তৌদবগুম মানা ঙাঙগদোদু অদুম ঙাঙ লৈ। ঐনা হৌগৎকে তৌরকপা মতাংদা মানা ফুক হৌগৎলগা তাপ পায়রুই মরোল মরি ফাও-নত্রিঙৈদা মানা খোন কল্লপ হায়খি—

"ডাক্তর লৈতে হল্লক্লি।" ত্রোক। ঙাইহাক্তনি, ফম্মবা কুইদ্রি। ঐনা পায়রম্বা মৈখেৎ মানা খেৎপিরগা ঐগী চুরুপতু চম্মি। হায়খি—কদাইদনো?

—নতু অতোপ্পীহোয়দৈ।

—এ. অদুদি চত্ত য়াদেদনা।

—ঙসিদি খুবৈ অমত্তফাও চখোকপা য়ারোই।

তশেংনমক চখোকপা য়াখিদে; য়াখিদবমক্তি নত্তে; ঐস্থ ঘরে ঙসি নোংমদি মাগীতা ঙইরগে লেপখিবনি। ঙাইহাক লৈরগা অমুক খিঙলকই; রিসিবব তাপ পাযয়গা ইতা তাকদনা হায়রকখি— ডাক্তরদি টুব চৎখি, য়োরক্লি। 'তস!' কী সুংঙাইবা সুর অমগা লোয়ননা ঙেক যম্লে। ঙাইহাক লৈরগা অমুকস্ত লাকথি। মাদি করি অমত্তা তৌদবগুম য়াম্না ঈ না রারী শাদ্রনা লৈখি। লেপপ্রবা মতাংদা মানা ফোন অদুদা ফল্লপ য়েংলুই; ঐঙোন্দমুক য়েংলকই ঐনা নোকফেৎ তৌরগা মীৎচী খৎলুই। ঐনা ফাজোইনরবা মশম অদু তাপ পায়রগা খংচিং চিংশিল্লি। হিপথমিন্নরবা মতুং ঙাইহাক্কী মতুংদা গাডী অমা থোজিল্লকই। থোঙ থীল্লক্লি ঙৈদা রমা থোকখি। করি-করিনো ঙাঙনবা তাখি, মঙ্কেক মশোন্দি শেংনা তারুদে। রমা নোকফেৎ নোকযেৎ তৌদুনা চঙলকই। হংলবদা মানা থোইদোক্লা থৌশাদনা খুমলকই—

—গাড়ী শুরুক চৎলেংঙ্গা কৈনো, খরা পোয়ররে—ডাক্তর অতৈবা খাগ্নে। অমদি ল্যাকখোয়রে।

—ইমরজেন্সিগীদা কনামতা লৈতে হায়ব্রো?

—কনানা খণ্ডবনো। লৈকম থোকই। মীদি হৈশিংবনিনা লৈতবসু হৈ। এখোয়গীদি সেঘানি হায়বনা য়ুমকা নীংশিংগ্নে। তৌবা হৌনবা খরা তৌরগা লোইরে— চরা অনী চায়গা শা-ঙা লোইব-দোনা লৈহনবা অসিবু করম্বা মুপীনা য়াদগে!

মানা হায়বা শান্নিবতু এ মুম্না খঙই। মুখিৎ অদু এ ঙাঙ-লসমু হায়বনা ঙাঙকন্নে। ঙাইহাক লৈরগা খোন অমুক খিঙ-লকখি। এনা শায়য়ু হায়না ইঙ্গিৎ তৌক্লই। মানা ভাগ শায়খৎলগা ডাক্তরদি লৈতে; টুরদে হন্নক্তি, হায়রগা ক্লোক। অহীং অদুমা ঙাইহাক লৈতবা খোন অদু খিঙলকখি। কনা খিঙলকুনমু এখোয়গী, এখোয় অনীতগী অহীং অদুবু মুনবা ঙমখিদে। এনা খরা খরা তুমখরকপগী অতুদা মানা তপ্না হৌ-গৎল্লগা খোনগী করেঙ্গম অদু খদৎকুম তৌখি। মুখিৎ অদু মা য়াম্না ঈংনা তুমখি। তৌবতবু নোংঙান্নমদাইগী অতুদা মমঙদা নাহেরকখি। এনা হৌদোকলুবদা খংলাউ লাউরগা কুক হৌ-গৎলকখি। ঈশিং অঙ্গংবা খরা পীথরুগা অমুক হীপহন্নি। অমুক কুরুথবা য়াখিদে হায়বা এ খঙই। মুংঙাইতবা মঙ অমা তমগে হায়দুনা নোং ঙানবা. ঙাইরম্নি।

নোং ঙানকুং ঙানকুং তৌরকপগী অতুদা মনেগী মচা বীরজিৎ ল্যাকই। খোঙ খীম্না খীম্না কৌরকপা তাবদা মা কুক হৌগৎখি।

হোস্পিটালদগী লাকপনি। ওয়াং থীনা পোকপা অহল অনীনি হায়রৈ; অমদি য়মাগী মপাবুঙ, ইকুবোক ওইরম্মে। য়ুম্মা মশাগা ল্ময়কপগা লেপ্পা লেপ্পা হাইথরকখি।
গৌহাটি, ১৯৭৪ ইং।

* য়োংচাক পাম্বী

ভৌহিক্রিবনস্থ ইথোল অনী লোয়বগী শম্বল অচুগী ময়ায় চপ হেক চা-না হৌরকই। পাম্বী অচুনা থাঙমুক করিমুক য়াং-লকপগী অদুদদা থঙনরকপনি; মথমতা হৌজরকপা মায়নি। অদুবু অয়াংগী তোম্বগী মচান্নুপা য়াইমনা চৈতেক কোংপী শায়-শায়না চাউথোক্লা মথামবশিংদা ভম্বদি মপানা অা চীংদগী চায় পুরক্কনা থাথিবনি; নোংমৈদি পাংনি শায় হায়বসিনি। মথাগী মনাও তোম্বীগী সুপীনা লাউনা শোনজবনা মানা নোংমা অরিবা মরু থয়া ভীল চঙ্‌ঙম্মে হায়দনা হুস্তোকখিবনি; ভান চারুরমায়ে অমদি হৌরক্রে; ফনচুম থরে অসিনি। ভাঙল-শোয়দ্রিবা অপুম্বা ইত্তা অজুম মত্তা-নরিনি।

---

*রারী অসিগী মনিংদা অমা ইথিবা চহীমুক ফারবনি। পত্রিকা অমদা হাপ্পবনি হায়রুনা পুক্কগা মাঙহনথরে। হৌজিক্কী অদি হায়গীদু নীংশিংলগা অময়ুক ইথোকপনি। হায়গীদুগা ওথাক শোয়রমায়ে থনি।

চহী থরগী মনুংদা জর-জর চাউরকখি। মোংমা ওমচাক্ক-রশ তৌবা মুংখিল অমদা লৈকায়গী অহল অমনা পিরেঙশেল খায়বা লাকপদা অরাংগী ইমুং অদুগী শুমাংদা, নোংথক্তা কৈনা য়েংখত্তুনা পৈশা পা-না পা-না হায়রকখি—

—হাই ইবেন্তোন নহোয়গী য়োংচাক্ক-কৈজো, মপান তম্মৈহে। পান্নেদনা।

মখাথংগী সুপীমচা অদুনা মুন্না য়েংলম্মগা চাকখুমলোমদা মমা কৌ কৌদুনা চঙখি। মমা অদু মূগা ফনেক অহনবদুমগা নোককেং নোককেং তৌমিন্নদুনা থোরকই ; শূমাঙ মতোন্দা লেপ্লগা খুদোম্বী খিন খিন্দুনা য়েংমিনৈ। হরাওনা চঙখি। সুমিদাংদা মপা ওফিস কুম্মকপদা মুপী মচাদুনা শোর ফুজং ফুজত্তুনা তম্মী। মপা অদু থাংমৈ অকাপ্পী পায়দুনা থোকখি। অঙাং মরাম মরী মরী ইন্নখি। অযুক অদু ওস্তা হৌগত্তুনা য়োংচাক মখোঙ অদু শীং-তোক্তুনা, কান্দোক্তুনা তরং তর' শেংদোকখি। মেট্রিক পাস তৌদুনা থবক হেক কাখিবদগী উয়োং সুমচিৎ পায়খিত্রবা কেরানী তোম্বীনি। মুমিং অদু ওফিস থেংলপ কাখি। গাড়ী ইম্বোক-ইম্বোক্লা থোঙাম্দগী য়েংখৎলম্মী। কাকসী অদু ফনা ফনা শা'-হৌরবোই থর্নখি। অরাং থংবগী মুমজাও অদুগী থোড়নাওগী পর্দাশিং অদু য়াম্না তোয়না হাইগৎখি ; মখাগী ইমুংদি থঙখিদে।

হুম্নি মম্নিনি, লৈরগা অরাংগী তোম্বনা শহরদা ট্রান্সফার হৌরে হায়দুনা লাকপা মুমিংকী নোংঙানবগী অযুক অদুদা তিন পেগায়বা

মকোয়বা মদা য়ানখৎলুই; মখী শাক্তা তিননভৎনা কাখী কপুং মশাঙী থোঙনাঙ-অঙুলা পুশিনখি; খীঙ্কনা লেংই—ক্রোং-ক্রাং, ক্রোং-ক্রাং। শেকপী পাইরক্লি ঙৈনগী থোনা মুংখিল অহুম অমা চঙই খীংই; অমা হোৎচিনখি খীংই, অমনা থেংদৈন চিংই। মখাগী ইমুং অহু মপুম-মরাঙ হৌনৈ; কেরানী তোম্বা চক্তি-ঙৈদা মথোয় মমা মচা মঙা মুংখিনদগী শঙবা হৌরবনি। অসোমগী মুপীশিংনা মমাঙ শঙ্গোয়দা ফৌ স্থখিঙৈদা, সোমগীনা থোঙ্গ্রাদা লেপ্লদা য়াঙা লাউনা শোনখা তায়—

—য়োংচাক অসি শেকপীনা লোইখা তারে, তিন শেগায়বা অমঁমীদা য়ানসি হায়বসিদা স্থকয়া য়াদবা। কুপী অহুমদং নেক্লগা য়ানহন' তায়রে। য়োং চন্দানগী শেকপী লোয়ান-খীশিংসিঙু মমায় ওৎস্থোক্লা কনপ্রবা। থবক্তি শূনীংত্রব-নিনা মীগী পোৎ থোপচীনগদোগী অমুক্তোইনা। কংম'সিদবু লৈজনীংত্রেদা কমনো!

খংলব্রিখা মমাঙ শঙ্গোইগী মুক মথোল লেংশখি। শেং শেং লাউবা থোজেল অমনা মচা খায়ক্লকখি—

—হৈ। থৌনাহোকী মচাশা! য়াচঙঙকপা কাক থোংনরক্রে কদায় কদায় চংনপ্রপে'? য়োংচাকী তিন অহু অমুক্তা খীংঙ্লে। শেকপীনা মীনু চঙঙনিনে! তৌ'ঙমপ্রবা চাঙখিদৈ! লাইরকনু! উ-না উ-না হেক্তা লাকপা কাংনি; কাংকী হৌনবী ওইরমলে।

## য়োংচাক শাখী

য়াওৌদোক্লি, অদুম্ তৌবগি অসৌবা মতম ; মচীন-মনাও অসী অসিনা তোঙান তোঙানবা হেক চা-নবিবা মুখিং অদুগী অসিংশুবা শৈরেংগী রাগ অসি মরক তাক্লক খুদীংগী আলাপ তৌদুনা লাক্লি। ঈংথোর্ন অসীসি মথ্যা অমত্তগী ওইরবনি। যুমজাও লাইথনতাবা অখদা য়াম্না ঈংনা শিরী থোইরীবা লৈরক- খিবনি হায়না লৈকাইগী অহল-লমমা শোয়বা মতাং মতাংগী ওইনা তাবা কংনৈ। মচীন-মনাও চপ মান্ননা হৌরকই। মথোয় অনীথক্তনি ; য়াম্না চান্ন-চিন্ননা চাউরকখি। মেত্রিক থারমদা ইদা মনাওনা মুপী অমা চেন্নকখি। শাউবগী মহুত্তা মবা লুক্তাবী অহুদি হরাওজখি। মচা নিংজোলগা য়াওদবগা মচাদা মচাক্তম লুনা তৌখি। ময়াম্না তোঙস্থ কল্লা হেক লুনা হৌরে। মনাও- মুপীগী হঙ্গোইবা শোকখিবে।

মথংগী চহীদা অহন তোঙস্থ চাউনা লুরোংখি। হায়ন- শীংনক্তুনা লৌবনি। মচীন চৎপা মচীক্তাক চাবা ইরুংগী মচানি মাম্না কেথোক্লা লাকখি।

মায়কৈ অমত্তদা তাউথমিন্নদম্বনা, অমনা থজিক কৈখিবা থক্তহোদে। অত্তবু পূন্না চৎমিন্নবিবনিনা থজিক লাপ্পবক্তুদি হন্দোক হজিন তৌবা ময়াই। অদুগা মখুম মকৈ পান্নবক্লবা মায়ওন তোঙান্নবা মতাং লাকপদদি অমুম অত্রুব তৈনরকপনা লোংজুগী অহীং অমদা মুথাক-মরাও তাখি ; চাউরবা চাউথোই মুহারগী যুমজাও মরায়দা থাইবোক তাখি ; ইথোল নোংশোক-নোংচুপ

মথুংদা য়োংলমগী গোদাবরী চেনখি। অমত্তা ওইহিল্লৈদা থোলবা থৌখিবা খুঙ্গমচুগী মিকানবদা থোইদৌ শিকুখি; চংলরকপীগী অমদি নিয়মগী থাংমদা ময়াম্বা ভোম্বনা অয়াং, মনাও ভোম্বীনা মখা লৌবা ভাখি। থাহৌদি লোইশিন্নরে হায়নৈ অচুগা কাখল মথুংগী ভাবনগী হীরম ওইনবদি ভোক্তি।

সুমিদাং অচু য়াম্না থেঙনা সুপা অমা য়াম্না শাউনা কিশি ভাখত্তুনা থোরকই। য়োংচাক্তা ভাপ ভাপ কাখি, য়াম্লিবা ভিন অচু থখৎ ককথত্তুনা— ত্রাং! অনৌবা অমা ভনয়ান য়াম্লি। হেক লোইবগী অতুদা থংনরিবা য়ুম অডুদগী কাঙবু অমা থোরকই—

—লয়ায়মচা কনানো মী'ই ভিন হুয়াল্লিবা!

—ভস! য়োংচাক হুয়ানবা কাবেদনা।

—মীয়ন খোপচিনবগী পেন্দবা কনানো থীক ভোগেনে। সুপীনা ভম্বা মীথীবোং— ।

—নচীন থীবা হুয়ানবসিদি, ঐগীদা হৌবা য়োংচাক নত্রো! হানহৈ!

—ঐনা থাখৈ থারগা, য়ুথকপা।

- নমঙদা নতুনা থাবত্তুম ওইহিনি.......... ।

অহীং অতুমা য়ুম অনীত্তুদা নত্রে, অকোয়বগী য়ুম কয়া অমা তুমত্রে। খুংনক্তি থোক্লখিদে; ময়াম চত্তুনা থাম্লখি।

# য়োংচাক পাখী

— ঐ' হায়ৱিসিনি য়োংচাক অসি হেক পায়বগা নখূত্রু, শগন থারগা থবৎ ! খঙঙ্গ্রা !

— নঙনা হেক শোকপদা নথবাক অত্রুদা নোংমৈনা হুৎলে ।

— হে, হে ! নঙগী নোংমৈদু কিদৌ মানব্রো । হয়েং নখুৎ অত্রু তুংখুমনা ময়াম মমাঙদা পুখৎহনগে খঙগনি !

নঙনত্রুম হায়া ধুঙ্গোইনহনগে !

নোং ঙানকাণ্ডে অমনা লোয়শঙদা চে হেক্তা থারুই । লাৎপা তুম্লগী রাকম শাথিনা পনখিবনা খুৎলায় পায়বা গাড়ী মশোৎ অমা লাকই । হেক্তা পুখি । ইমুং হুপ্না কপ্লে । থংনবা ঈমুংদা শয়েং হেক্তা থোংই । মুমিদা'য়াই জামিন্দা শৎলগা থোরকই । ময়ুমলোমদা হনখিব্রে, উকিল ওযোরদা চুমজ্রিং । চাক ঈশিংকা চঙদে, অহীং নোংশোয়বা ভানয়ে । ময়ুমদা ঙাইহাক পোথারগা অয়ুক অত্রু চেক বুক পুরগা উকিলগীদা কুকা চঙঙে । চেক ইবা লোইরগা সোই তৌরমদাইদা—

— সা'ব কো, য়োংচাক অসি লৌগে'স্ন লৌজসনু বেরা

— লৈতে ; মাদা জেলদা কুরাউ হং চল্লগা চহী তরামুক্তা লৈহনবিয়ু । মতু-মচা ময়াম অসিনা চৌথ্রুনা লৈসনু ।

— ইহে । সোইত্রুম তৌশিল্লো, জেলদা লৈকনবত্ত নত্তে য়োংচাক্লা কল্লিবা লম অত্রুমু শেৎতুনা লৌনি । ইখোল পাতাত্রুগা মশেম লাকপদা পায়বিরকউ ।

—কনি পায়জরক্তে । সে'সি পায়শীনবিরো ।

ওকুক্কি নৈরগা থানাগী কীপ অমা লাকই। অমা পুরগা চৎখি। ময়াম য়োমহুনা য়েংলৈ। পুও অনীরোম ঐলবগা মখোঙনা লাকই—লোক লোতুনা লাকই। মখংগী সুমিত্তনা অথুক ওাক্তা সরকারগী মীওই শরা লাক্লগা য়োংচাক অদু ইকোয় কোয়না শম্বল চেৎনা থাবৈ; চে অমসঙ্গু থেৎলম্মী। অরাংগী য়ুমদা লোমোন অমা লাকই। সাথী সাবোনগা লোয়নবা কৌরকপা তাং অহুনা কাল্লই। সুমিদাং অদু শেল ওকুবা পুরগা জজ উম্মনি হায়দনা চৎখি।

ইখোল অনীগী শম্বল য়াংখৎলকই। য়োংচাক অদু চরো' কনা য়াম্মে। হুইমুক কেনবা মহৈ য়াম্মা য়াওরে।

– জজ সাহেব মখাগী রায়েনশঙগী য়াই অদু ঐ য়াজনীংদে। অমুক্তদি কৃপা তৌবীয়ু ঐ অবামন···· ·· ।

মখাগী অহুনা নোংমা সুমিদাং থেঙনা হল্লিল্লকপদা য়োংচাক মরক্তা ক্রৎ-ক্রৎ তৌবা তায়। করক পোম্মা নোকফেৎ তৌহুনা দারী কাখৎখি।

—এম, এল, এ, বাবু তিংজসঙ্গু; কাল্লদনঙ্গু মসিদা থবক থোক থক্কৎপা! বস, লোইরে। হায়জিনবিয়ু। সেক্রেটরী অহুম উমজক্লরে। ছিক সেক্রেটরীগী চে অমা ওাইরি, মদু ঐনা মী থাজীন্দুনা ক্কাল্লহল্লি।

—ওাবনা সম্পোন্দা লৈরকইসি কয়া কুইরে?

—হৌখিবা মার্চ থাদগী হন্দকী চহীসিদদি হল্লিল্লবা য়াই। অহুগীদু কয়া লোয়রি।

—উকিল কনাদা তৌই?
—থিরাম মোধুচন্দ্রদা।
—মাদি য়াম য়াম লৌবনিদা; ওখদি ওমগনি।
—মালা কয়া হোৎনবিরি।

মনা শিনথোই শিন্দবোই লৈথবদগী য়োংচাক অচু ককশা মচা মচা অমুক শন্দোরকখি। সরকার অমুক শিন্নকখি।

—মন্ত্রীজী, ঐনা ইশানা খঙনা তৌজরকনি। মালা তৌরিবা থবক অসে পৎ হেক্তা থদৎপ্রিবা।

—হোয়রনে। থদক্রিবৈঙদা ট্রান্সফার হায়দাইনে?

—অহোয় ট্রান্সফার। মথংদা সসপেন্দ, অদৈ দিসমিস, য়ারগা পুন্সিচুপ্পা জেল। মচু য়ানবা মচাক ঐনা নহাল খুদম প্রমানগা লোয়ননা পীজরম্বদো, অমুক পীজরকখো হায়ব্রা?

—হ, য়া:র। ঐ তৌগে। হন্দক্কী সেসন কম্বসে মসি হেক লোইবদা ঐ তৌগে। হন্দক্তি শেননা নাবে; বজারদা দুকান অমা কদায়দৈনো হেক লৌশিল্লুদনা। মানা, পোৎকীদি কবনিনা পাম্মুরে হেক। অদ, ঐখোয়দি ময়ামগী সেবাদা পৎ ওৎলকপা কুইরে।

এ, লৌশিনবিরৌবা কৈ। হয়েং সেবাদগী পোথারক্রবা মতমদা - উম... সোকায় ওইনবা। লৌবা কৈ, এখোয় থায়দু লৈরি - ... ।

মরেপ ইনবা তোকপবা য়োংচাক পাখী থৌখিবা চন্দী থয়া অসিদা মউম্ব চপ চানা য়েংবা সুংঙাইরে। মখোঙগী

শম্মল তেকখিবা কুইরে। পোঙখিবনা য়াচঙশ্রবদি মপাদু মী লানবা য়োনা হঙ্গোইনরে। থরদংদদা চোম্নপ পোঙবা নত্তে; নাক য়েংকী লমশিংদমু শন্দোকল্লি। উজাউ মাগীদি হামুগী হামুনি।

× × ×

চহী কুইরবগী তুংদা, নোংমা অযুক লোয়শঙ কানরকপা মতম অদুদা য়োংচাক মখোঙগী অরাংগী মল্লবা, তুরোয় ভামলোই তৌবরা যুমজাও অ২দগী অংল অমা মখি মরোল তহা তহা, নংবোই নংদবোই শেত্তুনা যাত্রা তৌরকই। সোর য়েংলকপগী অদুদা মাগী মুপীনা হংলকখি –

– কয়াম' থেঙনা লাকপা, মুমিৎ তারক্কদ্রা ?

— কনানা খঙনি, রায়েন শঙগী রাবু ভম্বা ভম্বা! ভাই'থৈ ভাইরগা তারীখ অমা পুরগা লাক্কদৌরিবনিদা!

—অসোমগী য়োংজাউ হমুবদুদি অসাইনা চৎস্রে।

য়োংচাক মখোঙগী মোংশোঙ লান্দুনা চৎখি। অশোঙবা মরক অদুগী মমুংদা য়োংচাক পাম্বী মচা অনীথক হৌরকপা চহী অনী অহুম কারে। হৌগনখিত্রবা পাম্বীনি, অদুবু পুক্কক পুক্কক চাউরে! হৌজিক হৌজিক ভাইবং মীৎয়েংদগী থুপ্পুনা লৈরি। লাক্লিবা মীরোলগীদমক্তদি য়ারনি।

ইম্ফাল, ১৯৭৭।

তিঙ্গাকোক ?

মমাঙগী তোলমু ঠিকাদার শিরে।

—আই করিগী ?

—করিগী'বু কৈনো শিরিবনিদনা।

—নাই-খোৎলী হায়বা তাদ্রৈনা।

—মহান মুংদাংদৈদা ঙমদবা ঙইরমালে।

—ও। থুদি থুম্লেদা !

ফি-রোল হোংদোক্লুনা পোৎলোইবা য়াওবা চৎলুই। খোঙ্গান অহুম মরী য়োৎকপগী অদুদা লৈকায়গী তা-থোইবা খুদৈ অমা কোয়েৎ য়েৎ, অমা কৌতক্লা শেৎ মনিংদোন হাগত্তুনা চেল্লকই। মমীৎ মনা চপ য়ুংখৎলি।

—কৈনো কৈদৌরে তা-থোইবা ?

হৈ ! থানাগী ফোন্দু কয়ানে'বা কাউথোকপ্রেনে।

—ইস্কালগীনা—১৩ নি অদুগা... ....

—হো ১৩।

—কনা কৈদৌবা য়াওরবগে ? হা ?

—কৈনোদো, শিবি, চৎলম্মো লৈহৌরবনি।

অদুম চেনথরে— চাউকান চাউকান। ঙাইহাক য়েংদুনা ঙাইরুই। হায়রমদবে। কনা কৈদৌবা য়াওরবজাৎনো ! অদুম খঙঙ্দবা তাখি।

কৈনো, মতোয়গী অশিবা অদুবু তুরেন খোঙবান য়োঙ্গ-জাৎলনে ? পুঙখোনকা তাদে। কপ্ল-লাউনবন্দু তাদে। মী লাক্লবা

বৈবেলৌবা ভাইবিবা ভাংলো। শিবিবা ইমুং য়োগলবা থোজাল অনী য়াংলিঙৈদা মী লাউনবা তারকই। কৈনো খংন-চৈদা য়াওব্রা? যৌনীলসু তারকই। হাই। তা-থোইবনা তহা-তহা চেনখিবদুগা শোয়ব্রে। কনাদা ওইবিগবা! মীগী অশি-অনা য়াওনবিগিদৈ অসিদা ওখোকপা 'লৈকায়নিদকো। হাই, য়াম্না নরুবু মাব্রিনে। মী মরি-মরি শিবিবা ইমুংসিগী হাংদোক্লবা য়োৎকী থোঙাম্লোমদা চেনজও চঙনখি। আই, ইমুংসিদা ওইরমাম্লেনে লাউনবিসে! আইনা, মাব্রিদনা! খোঙথাং কনখৎলি; মহোয়গী শাংলবা চেক-পল অদু য়াংখা লারূপ য়েংদুনা চৎলি, কোম্থোংদা শৎ হায়জিন্নই। লৈখিব্রবা ঠিকাদারগী মবুখৌনা কচ্চরম্বা মন্দির পুংককপদুগী মরুমদা মী কনা য়াম্না লৈরম্মী। (মুপী অঙাংনা য়াম্না হেম্না য়াওই।)

চঙখিবদা থাঙৈনকমদা (শঙ খল্লমদে,) ইহাও হাঙনা অশিবা অদু শাংব্রোং শাংনা ত্রাদুনা লৈবা উই। কুপ্নিবা খিশাঙ অদু মচী মচী হাইগৎলপ তৌই। মদোমদা থোইনা য়েংনদে। মথোল অহমগী মুমজাওগী পাক্লবা অহানবা কয়ংকম কা-ওই, মাঙোন-ওই তৌবা অদুদা কম্না কম্না ঙাঙনরি, লাউনরি, শীংনরি। মহোয় মচিন মনাও নিপাননি; অনী অমদি য়াওরম্বা উদে। প্রপ প্রপ চঙখিবগী অদুদা মনাও ইতোন তোনবা কৈক্না অদুনা থোঙ মপা চপ চা-না মখোঙ লেজম শানা লেম্লপা লাউদুনা ঙাঙলম্মী "

—..... য়ারোই, গুকয়া য়ারোই। য়োৎ-উপু অসিবা থোকপা খুং লোইমিন্নরে তাব তারবা? অমত্তা চঙবা য়ারোই।

—কৈনো নঙন্না হায়রিসিকো পাবুঙগী মরুল' ওইরি। ঐথোয় কনাদন্ত্র শীরম্বা লৈতে।

— করি। নঙ ভাওওকন্নু তা গে'পাল। নঙনি ঐনা চাক্লুনা লৈরিবা। নমা মীথিজাই-অসিগী মন্না লোম্লুনা শরো শীম্নরগা ঢুকান অনী নামা হুরান্দুনা ওনখিবদো ঐদি খঙই।

—কৈনো সুপামচা। নহোয় নশেল অদুম মঙাওনজো ঐবুদি কোংশিনবিরকন্নু। নহোয় নচীন ননাও মায়দনা মখারৌগী নামা নমা মীনম্বী অসিদা পানখিবা নত্রা? হা!

——নচীন্নু থীম্নু চীম্বিবী।

মমাতোনগী মচা অহুম অদু কুক কুক হোৌগংলকই। মখোয়গী মমা অহল অদু ইমুংলোমদগী চেক্লোরক্লুনা চৈবোই খেম্বোই কাধখি। কৈফারোমদা চঙশিন্দুনো রাম্নেলুই, অরাংগী মখুরা-তোনশিং অদুস্থ চঙশিন্নক্লুমা রা পাংলৈ—

চৌনদে কৈফা। নহোয় চপ ম'ম্নদা য়েন্নশি কদায় পোঁদু খুনা পায়শেমগে। নপাবুঙগী সংস্কারন........।

—...খুরাতোন নহোয়' মখো লৈতে। য়াওরকন্নু করিনো চপ মাম্নদা য়েনবা হায়রবো। পাবুঙনা লোইনা য়েম্মোক্লস্মবনি। মহোয় লোইনা মতু-মচা থিরবা ওাক্লি, ঐঙনি রাৎলিবা। মদুগী পাবুঙনা খাক্লম্বনি। মহোয় মহোয়গীদি হুরান্দুনা, শরো শীম্নচুমা চপ চপ চা-না লোশিলহোরে। লোইরে।

—নঙগী য়োৎকী উপু অসিদবু নুপা কয়া য়াওরিবগে?

—মদু তাকউবৈ দরকার লৈতে। হংবগী দরকারসু লৈতে। মপু ঐনা খঙঙগা লোইরে।

নাক য়েৎ, খা-রাংগী মপা মতোন লোইনা ময়া কুমখিবা মশানা তাবনি। মৈ-ঈশিং চঙব্রবা মফম থোকপনা অবেম্বদা খোয়খা লিনখাগী রাকম মন্থিক্রুরুবা চুমদে, অতভায় নত্তে। মমায় হুৎ হুৎ লৈনখি। অশিবদু যিঙৌ মখাদা তারি।

লৈকায়গী অহল অমনা চঙদি চঙশিল্লগা লাপ্পপ্না মীরমচৎকী য়ুম্ফমদা ভাইনগী রা খরা হায়রুই ; মীদি মীগী লমচৎনা খুডুম চনবগী লৈখোম খরা খরায় তা-না হায়রুই। কৈধানা খংলাউ লাউবদগী অহল অদু যুগকী দোষ অমদি গুণ খরা মুকম মুক্রম শিংখারম্মগা ফীরান চিংথখি। অশিবদুদি মখঙলমগত্রা ; অঙাংনা পুরকপা মখোন শেন্নবা পুঙ অদুগা খঙলম্বা য়াই। মুপী মযুমদা লৈখিগুম তৌব্রবা মথাম্বা য়াইমা অদু জীপ অমদা লাকই। ফন চোংথদুনা চেনশিল্লকই, তফিং তফিং শংগৎলৈ —

—হাই তোম্বা, শো পীরকউ কদায়।

—করি। শো পীরোই!

—কদায়।

—পীরোই, তুকপী পীরোই!

—কৈনো নঙ' তৌরিসিবো। ঐখোয়মু য়োম্লেনে। খাঙেন-কপদা তারিবা পাবুঙ...... ।

—হৌজিক্তা অ-ও-পা শারদনা, নহাক্নে অত্তুক কম্না লাক্লবদি নত্তুনা য়াদদনা ল ক্ত্রগা হৌজিক্তা শরুক য়াবা লাকপা নত্রা !

য়াইমত্তু শীং লাউগ্রম্নাল্লে 'নঙনা পীদবদি ঙমগত্রা' হায়রম্মগা ফন চোংশিনখি। তাপ-তাপ কোক্নে। মশা মউ হাইরূপ মাক্নে। অহানবদা মুন্নবগী মঙং ওইনা তৌরম্বদগী মথুৎ চাম্ননা কেক্তা থোক্লরে। য়াইমনা কৈশাবু লোংনা নমশিল্লগা থোঙজিন্দা মকোক অত্তু মশমদা পাম্নখ্নগা ময়া ক্রক ক্রক চীক্তুনা ঙং ঙংতুনা শুখি। মচীনবান্দা ঈখেঙ চেপ্তবকপা উনবদা ময়াম্বা মনাও পুন্নপ হোং-চিন্দুনা শেত্তোক-ফাক্তোক তৌনৈ। মগ্নাম মরক্তগী কৈকা শৎ নাপ্নোক লিথোক্তুনা ইমুংদা হোংচিনখি, ময়াম থোইনা খঙন-হৌবমদবা য়াই, খুগ্রী ল ত্রিক লংবা অমা পাম্নগা লাউ খোংদনা অমুক চেংশাররকই। মচীন মনাওশিং শমজী খাইত্তুনা চেপ্নোক্লে। চেপ্নোরম্নিবা নয়াম নৈ নৈদূনা য়েংলম্মগা মগ্নাম্বা য়াইমদা শৎ ঙন-শিন্দুনা গাং ফুজীল্লি য়াইমা হম্না য়েত্তুনা চেনবা তাখি। মগ্নাম মরকলোমদা চেনশিনবদা খাঙেনফম চোংখি। স্তমাং মতোন্দা খিল্লিবা পুঙ অত্রুদা খুদি থীজিদুনা তুশিনখি, মখুক্তগী থাঙ অত্তু নাপ্নোক্তুনা তাখি। ফুক হৌগত্তুনা খুনগৎকে ভৌবগী মতাং অত্তুমক্তদা পুলিশকী জীপ অমা থৌজিল্লকই। ফন কন চোংথনরকই; ইকোম্ন কোয়না লেপ্লি। পিস্তোলগী মমাঙদা কৈকা খংলেপ লেপ্না তাখি। মাঙওইননা য়োম্লিং ফালাংনা মথুৎ পুনখি। জনী চঙনা শেন্নত্তুনা খখখি। শো লোরে। য়োংকী উপু অত্তু চানা সিল

তৌখ্রে। কৈকাবু গাড়ীদা কাখত্তুনা মনীংদা যমংনম্রে। তপ্ত-তপ্ত থৌখিবা মতাংদা কৈকানা শাংত্রোং তারিবা মপাবুঙগী মায়-কৈদা থজিক লৈদুনা য়েংলম্মী। খঙহৌদনা অরাংলোমদগী মুংশিং অমা লাকই। ফিঙৌ অত্থু শর হাইগত্তুনা খোমজিনখি। পুম্নমক অমুক্তা ওইনা য়েংশিল্লি। লফু মকক্তা যোন খাঙলদুনা লৈমায়দা কোগোক কোল্লা তাদুনা লৈরি। মচীন-মনাও লৈহৌবশিংদুনা চেদীংগা মুকক্তা কোয়থি থিনহৌরি।

ইম্ফাল, ১৯৭৭

## খু. প্রোপর চেনেল

মঙারক শুবা ড্রাফ্ট অদুদা থরা ককথোক ককশিন ভৌরগা কজনা শিন্দোক্লগে লেপলে। ফাক্তোক্তুনা লৈরিবা দিশ্ননারী অচৌবা অনী অদু থোক থুমজিল্লগা চুকপ অহাওবা অমা চম্মি, কম্বানরবা চৌকী অদুদা লোংনা তিংথোক্লপ পোখাই। মৈখু কামথোক কামথোকনা পায়খত্তুনা অমুক পাদুনা য়েংই। বনান লায়বা, কোমা রাংলগা বিন্দু নম্ফম ওয়বা থরা চুমথোকই।

— লোইরব্রা তোম্বা?

— লোইরে তাঙো।· লোমদা হাইকেত্তা লৈশীল্লকউ।

থংনরিবা আরঃ কেঃ চৌকী লৈশীল্লকই। আলোক অথাবদু রাখাঙদা থজিক ইনথংলগা পাল্লই।

# থ্রু প্রোপর চেনেল

'টু দি চিফ ওফিসর,

থ্রু প্রোপর চেনেল··'

—নঙগী থ্রু প্রোপর চেনেলসিবু কাম্নরিব্রো?

অনী ঙাইক্লাক খমৈ। অদু টু দি দিরেক্তর হায়সিরা, ভু দি সেক্রেটরী, থ্রু দি জোইন্ট দিরেক্তর····· হেদ এসিস্তেন্ট······· করি হায়সিগে? কৈদৌয়েগে মকোক্তুদা হেক্তা তোকসিদা। ঐখোয়না দাইরেক হেক্তা চঙবদি য়াদে হায়। অদুদি ফরে, থ্রু প্রোপর চেনেলনা চপ চারে। লেপ্নবে।

তাইপিষ্টতা চঙই। 'ইমিদেৎ,' 'মোস্ত ইমিদেৎ' অমদি 'অর্জেন্ট' থাবা চে মবোল মরোল উৎলকই।

—এ! অদুকা য়াদ্রে। মথাংদো পেন্দিং, হায়দ হায়রকঅগা মেস্নি য়াদ্রে শেন্মি, বস্ কোইরে। ঐখোয়গীসিনা অরুবনি। নঙগিস্তু কাম্নবনি। ঐখোয় পুম্নমক্কী কাম্নবনি।

—তশেংবনি, ঐখোয় পুম্নমক্কী ।

—ভাঙো ঐ হায়জগে। মরুপ,। য়াম্না শম্না অমুক্তা হংজগে অশেং অশেংবা খুম্বিযু। মকপকী কাদা পাল্লিবা কেন অসি কালেন মুংশা শাঙ্গবা কানসিদা উংলক্কবা কয়া কুইরে?

—ফনা কুইরে। কুইবগীবুদি মুকশিবু শীজিন্নদ্রেনে।

—করিগী শীজিন্নবিদ্রিবনো পাম্বিদবনরা?

—মৈদি লাক্তনা।

—চুম্মে, মৈ লাক্তবনিনা লৈতেং ওইনা মুম পানবা মঙাইরে।

শুমিলাং থবক শূথবা তাবদা মোমবত্তি, লালটেন। কো! বাথ-রুমগী ঈশিং লাক্লগা কনা কুইরে, মরুপনা হেন্না থঙবিরিজুনি। মরুপনা ফাংবিরিবা চৌকী অহূ য়েংশি, মেজ অসিদা লিঙ্খৎলকইবা য়োৎপী, ফিদা অসিনা মোৎলিবা, শেগায়রিবা। পর্দা অমা কাওবা য়াম্নবিদে। মহোয় মহোয়গী কাদদি চৌকী অরৈবী, কার্পেৎ, মৈ ঈশিং·· কৈদৌ ঐথোয়বু মীনাইদা মীনাইরো! চাকথুং-ফিথুংদবনা ঐথোয়গী ইশঙ্কক, মহোয় মহোয়না মোনহুম মোনতেক। মহোয়সু মাপন মথায়দা কাবা মরি মথায়দা হনবা, ঐথোয়সু! মমকাসিদা মহোয়দি মিনিট, কনফরেন্স ঙাইহাক্তা লৈতে পঙচৎতা চৎপা, দি. এ, ডি, এ হাপতা থূদিংগী। ঐথোয়না অম্বাইফাওদং চৎকে হায়বদি প্রোবিজন লৈগা লৈতেগা……—

ঐথোয় কেরানী অসিবু ··——তোম্বনা ঙাঙজিডৈদা আরঃ কেঃ না নম্বা লোইরে। তাইপিঙ্ক অহুস্থ য়ানীংই. পাম্মী। চুকপ অমমম লালি।

—অহু ঐথোয় মরামগী অপুনবা মিটিং অমা……

—এ কায়দে। মী য়াম্মগা রা য়াম্মি।

অয়ান-অহই, অবাং-অপা পূম্মক শেমজিন্নগা লোই তৌরে। অনিহু থোরক্লে। হেদ ক্লার্ককী কারোমদা লাক্লে। আরঃ কেঃ লৈহৌরে, হেদ ক্লার্ক মাগা উন্ননীংদে শক সুংশিদে কুনীংঙকই হায়। তোম্বা চুরুপ নৈহৎলম্মগা থোঙ হাংদো ক্লুগা চঙই। কল্লিনো অমা কয়া ইদুনা লৈরম্মি, তোম্বদা আনোক রাংমা লায়া হাইরপ

## ৭. প্রোপর চেনেল

রেংলম্মগা অমুক লুকথচুনা ইথি। তোম্বা মযাওদা কন্দি, ভাইহাক, কলা কুইনা বন্দি। হংলক্কে। ওখাক কুইরবা মতুংদা—

— তোম্বা কৈনো ?

— করিগুম্ব'বতা শুম হায়জগেনা।

—কৈনো'মি অচুবো ?

—চে অসিমতা ঐখোয়গী সি, ও, দা ....

— করি চেনোনে ?

—ঐখোয়না থবক তৌরিবনি হায়দনা তৌরিবসি মওং য়াম্না চাদ্রে। মৈ কংদে, ঈশিং লৈত্তে, কাম্বিন্দা পোৎ অমত্তা কংদ্রে, কংবা থরক্তুম্ব মমল ভারিদা.. ....।

—অদু কৈদৌবা ?

— ঐখোয়গী রাইফলবা শীনবিয়্, শেমদোকপিয়্ ........।

— খঙজে, অচুম্বনি ঐ লানথৎখিগে; হৌজিক্তি মা তুর চৎশ্লি। ঐ হেদ' এসিস্তেন্ত্রা পীশিনবিখিগে।

— ওসিমক।

— খঙজে, চৎলো।

তোম্বা থোকক্লে। হেক থোকখিবগা থম্মম্বা চে অদু লৌখৎ-তুনা পাই। মওক খজিক নোমখি। চেবান্দা রাহৈ অনী মরি ইরগা সোই তৌই, কুক হৌগত্তুনা. এলিস্টেন্ত দাইরেক্টরগী কারোমদা লাকই। অরুবা মিটিং অমা তৌরম্বদগী অমুক হল্লকই.। পুও লোইরমদাইদা চওচুনা পীরুই। সবজেক্ট রেংলগা মুন্না অমুক

য়েংখহৌই, বাদি ঙাঙলক্তে। বাহৈ অনী মরি ইরগা সোই তৌখি আউংকী-উ পোলাং অতুদা হাপচিনখি। মুমিৎ মরিনিরোম লৈরগা দিপুতি দাইরেক্তরনা চে মথং মথং ফাকপদা তোম্বগী চে অতু থেংলৈ। য়াওরিবা মচাক অতু থোইনা পারুদে চেবানগী মরোল মথং মথং, সোই মথং মথং অতু য়েংলগা খরা ইরগা সোই তৌখি। দাইরেক্তরদা চঙখিগদবা চেয়াম মরক্তা হাপখি।

তোম্বগী চে অতুদি দাইরেক্তরদগী অন্দর সেক্রেটরীদা চঙখি নিনি হুমনি মতুংদা; এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরীগীদা নীনিগী মতুংদা লাকই।

—কৈনো তোম্বা?

—নহান নোংমা ঐনা চে অমা থমজরমদ্রবু?

—ও, কুইরে, মুমিত্তু মক্তদা লানখৎলে।

হুমনি মতুংদা:—

—পি, এ, সাব ঐগী চে অমকা থেংনবিব্রা?

মথং মথং চৎথে্র হায়বদি তাজরবা, কদায় য়োৗখ্রবগে হায়বদি ভাব তাজব্রবা।

– থোইদোকপা থেংনজব্রিনা!

—নহানগী ঐনা হায়জবা..?

—থোইদোকপা থেংনব্রিবো।

নীনি লৈরগা, নোংমা অমুক লৈরগা, থংল থংননা হংলুই। হায়গী পাউখুমদগী হেনদে। হাপতা অমুক লৈরে। চঙক্লনা হংলুই।

# থ্. প্রোপার চেনেল

—ঐগী চে অমা....?

—ও! তোম বাবুগী য়ৌরকপ্রে থা-সু থাদোকচপ্রে।

—অ...কদায়দা ওইরবনো? সিঃ ওঃ না করি হায়রম্বা?

—সিঃ ওঃ না থাপ্রো হায়দনা আ মিনিষ্ট্রিদা থাপ্রে।

—ওই মিনিষ্ট্রিদা?

—হোয়, অসোমদা তান্নবিরুরোনে, কো।

—অ...হনি।

তোম্বা ইমম মম্বা থোরকই। শাউনীং শাউনীংবা নোক্নীং-লুরে, নোকপমক্তি নোকখিদে।

থা অহুমলোম লৈরগা নোংমা তোম্বনা মরুপ অমা থিন্দোক-উবা হনজিন্নকপদা ফাইল অনৌবা ফজবা অমা মাগী মেজদা লৈরম্বা থেংনৈ। তোপ প্রাইওরিতি হায়বা চে অমগা থেংনি। ফমফাও ফমফাত্তুনা ফাক্লোকই। অহানবা লামায়দা মুক অঙাংবনা চাউনা ইরম্মি।"

"মরি লৈন লৈনবা মিনিষ্ট্রিদা তোঙান তোঙান্না থাগদবনি; অমদা পুনশিনবা য়াদে।

মথাদা তৌরম্মিবা সোইদি মশক খংদে। চেনা অদু হাংদোক্লুনা য়েংউবদা মাগী চে অদু, সোই ময়াম্না খজিক্তুফাওবা হাঙবা লৈতনা, তগৎ তগৎ তেক্লা তেক্লা লৈরম্মে। থোক খুমজিন্নগা কোইরুক কোইরুক য়েংওমগুম তৌই। অদুগা চেখী-চেকু থাদনবা থুমোক অদুদা শংত্রিক য়েংখি!

ইম্ফাল, ১৯৭৬

## কেশ হিন্ত্রি

অঙাওবা লায়েংকম কাখু অমদা বীরেন্দ্র লাউ-খোংদুনা লৈরৌই। মখুৎ অনী শবাক কারা পাং ভিংই; মখোঙ অনী অদু বক্লাগা পায়না অমোনবা থৌরীনা পুনরৌই। মনোবিজ্ঞানগী ছাত্র অমনা ( ঐগী ) হংলকখি—

—ওঙাবু, অহল অসিবু য়াম্না শাখিরবা কৈনো?

—ওখাক্লা শাখি, অতৈদা নত্তে মশা মথন্তুদা।

—কমদৌবা, মশা মথন্তুদা হায়রবদি?

—মখুৎ অসি হেক থাদোকপদা, হৌরক্লবদি, মখৌরী মথন্তা মেখৎচত্নুনা শিগদৌই; মখোঙ অসিনা সুন্দ্রংদা পঙকাওদা কাওই।

'অহল, ঈ য়াম শারি'ঙাৎ ওইরে'। ছাত্র অমনা হায়রকই; ময়াম অদু খজিক লোক্লে। ময়ামগী মনিন খজিক তাবদা বীরেন্দ্র লুকখরম্বদগী শৎ হাইগৎলকই। মশম অমাদ অঙৌবা মকোই মরক অদুদগী য়ারা লাউরকই।

হা—ই! হা—ই!! ঐননি। ঐ—ন—নি—। থাদোকউ। ঐবু থাদোকউ। ঐ হাৎকে। চরম মেৎকে। নম-খায়বনি। নম-থেকপনি—। ননখনি।

( ভাইহাক লৈরগা)

বিজয়া—। ইপাগী বিজয়া। পুপু লাক্লে। কপ্লকই ) পুপু লাক্লে বিজয়া—! নমাস্থু লাক্লে।

# কেশ হিদ্রি

হাই বিজয়া নচাদি ? ইসুদি। বি-জ-য়া ! ঐগী ছাত্রশিংনা ওক্কে, ঘূক্কে, নোক্কে : মুমা তারি। 'বিজয়াসিবু মচারা, মমৌরা, মসূরা.নৈরকই মখোর মশেল। কেশ হিদ্রি ? য়াম' ইম্পোর্টেন্তনি। কেশ হিদ্রি।

'ক্রেন্স্। কমোন, লেত্স্ মুব্' ময়ামদু ঐনা পুখোরকই।

১—হংখিসিনা।

২—ভাখিসিনা।

৩—য়েংখিসিনা।

৪—মাগী কেশ হিদ্রি তাবা কায়নি।

'নো ! য়াদ্রে। ওসিনা লোইবা নদ্রি।' পুও য়াম' লেরে।'

ঐনা নমথখি। গাড়ী অমুক থৌরকই। গাড়ী মনুংদা অমনা হংলকখি—

—সর, হৌজিকোদুগী কেশ হিদ্রি স্তদী তৌখিরবা ... ...

—তৌরে।

—ঐখোয়গী অমুত্তা

—নোংমা ভমগে।

—হয়েং সরগী থেওরী ক্লাস লৈ।

—য়েংগে।

মরুপ বীরেন্দ্র লমসিদা মাওজিন থাবা ইঞ্জিনীয়রশিংগী মনুংদা অমনি। মপা-মপু কৈরাক থাবা মীনি। লাইব্রিক লাইসু পওতম

তম্মক্ক্রবস্থ মথং-মথং ত্রেনীং চৎপদগী চাউরবা কম অসি মতম অতুদ্দা মানা অনী-অহুম শুবদা পায়খিবনি। য়াম্নমক হোৎনবা কনবা মীনি। মথাগী অমদি মথকী মীনা কি তুকচ্চনা লোয়নৈ। য্যবহারদি মানস্থ কায়রুদে মীনস্থ কায়রকপস্থ য়াদে। ব্বাদি কয়া ঙাঙদে, মীনা ঙাঙবদি য়াম্না মুন্না তায়। ব্বাখল য়াম্না খনগল্লি।

বীরেন্দ্র য়াম্না থেঙনা লুহোংখি। মমা ইবেম্মা-লৈমা অহুনা হন্না হন্না তক্করম্মি অতুবু মমৌ মশক উজবা ফংখিদরে। মন্দোল অমনা কুজবা যাখি। মথোয়গী ধারাগী হোনবা অঙাঙ য়াম্না তাঙই; কুইনা পোক্ক্রবা মতুংদা নুপা অমা পোকই; মথা অদুম তাজে। থবক্তগী পোত্থাবমদাই খজিক্তা ঙায়ববা মতমদা মীচানুপা বিজয় লাইরিক তম্বা ওথায়দগী খরদমক লানশীনখি। অতুবু ঙস্তানা ময়ুম মকৈ পানহনখি। ইকুই কুইদনা মশূনুপা অমা উবা ফংজখি।

মশূনুপা অসি হেক পোক্লকপদা বীরেন্দ্র সিংহ হরাওজবনা নোকচবনা ব্বাস্থ য়াম্না ঙাঙলে দাননা চাউনা তৌরিবা; ষষ্ঠী পূজাদা হৈথখিবা খেব, তল ঙসি ফাওবা ব্বাধীনরি; নিংথেম কির্ত্তনগা তগুনা চাংদম্নবা অহল লৈকাইদা, ঙসি ফাওবা ছিংলি। য়ুম শেংবা মুমিত্তগী মশূগী শান্নপোৎ লৈবা হৌই মুতীগী অমমমদি শোয়দনা পুরকখি। চউম্না মুমিত্তা উসোব চাউনা তৌখি; শ্রীগৌরচন্দ্র লেঙশিন্নুনা কৎলি মরুপ মপাং পুম্নমক বার্ত্তন তৌদ্দুনা মজল নিহৌই দান চাউনা চাউনা তৌখি। মুমিৎ অহুগী

সুমিদাংদা লৈরকপা কার মচা রিক্সা মচা, ওসি কাওবা তেক্ত কায়দনা লৈরি। 'সুমিং অডুগী সুমিদাংরাই এনা চৎলুবদা মগী অচু পোরগা অরাকপা ঠিকাদার খরগা রারী শাত্নুনা লৈরম্মী। মখৌ বিজয়ানা লাপ্লপ্পা মপাবুংগী য়াকা য়েংডুনা লৈজরম্মী।

শাবুংদ চৌরকপদা তৌগ্রিবা কোন, লয়াইগী, ময়ামগী, সরকারগী ডাক্তর মথং মথং লাকই। কাওতুনা শামজবা অঙাঙ অচু যাদুনা পম্মিডৈদা ওফিস কাগনি হায়বা কাউই। মখৌ অচু অঙাঙ নাহল্লি হায়না ঙাঙবনা, চৈবনা বিজয়া অচু অঙাঙ কৈস্সু চৌদে হায়বা খঙনা খঙনা মিনিট মখা হেক খুদিংগী মৈশা য়েংবগী শেগ্রাক হাইগৎপদা মরাল ইদৈ লৈজদবা অঙাঙ অচু মমা মশক উবদা পেবা হৌরে। অঙাঙ অচুনা হেক মুংশিনবিস্সু তবোপ-তবোপ, নোক্লা নোকহ্রিবা, মবুক্লা যবিবা য়েংবগী পেনবা নাইদবা হায়বদু য়ৌই। অঙাঙ শেম্মনবা থম্মিবী মীখায চৎবী অনী অচু মথংগী থা অমদা তলব খংহেন হেনগৎলকখি। অনীচু ঙকই; হরাওবগী ঙমখৈদি লৈখিদে।

নোংমা সুমিদাং অমা করিগুম্বা থবক মচা অমস্তু লৈবা অচুগা উম্মদবস্তু কুইরে, ঙাইহাকস্তু উম্মগে হায়দুনা মখোয়দা চৎলুই। থোঙ্গালদা কার অনী থাডুনা লৈরম্বা উবদা নীংবা খজিক কায়খি; কল্লসিরা হায়না খল্লুই। ইথা থাজদনা চঙদি মচঙলুই। বিজয়ানা তয়াম-তরাম ওক্লগা কনা কুইরে ঠিকাদার তোমচৌগা কনানো ময়াং অমগা লাকই, রারী শান্নি, মরোইরকপা হাঁরে

হায়ব হায়বদগী ঐগী কয়থৈ। কনা কুইনা কয়খি। অহম অদু শাক কুমথরক্তে। ঊচীন-নাচীয়া অনী অদু চৎক্রে। করি করি বায়ীনো অসুক কুইঙ্খিবো হায়না হংলুবদা খুমলকই

—করিগী ওইনি। ঠিকা পীথোক-পীশিন, থবক লোইথোক লোইশিনগী য়ানি।

—করম্বা অচৌবা থবক ?

—পঙচাউ চাউবদি নত্তজাংনি ; আ-কাঙজৈবুঙ মনাক্তা অঙাওশিংগী স্কুলগুম্বা অমা শাগদৌরিবা, মথোন অহুমনি।

— সুপাদু লাখ····

মমৌসুপীনা চা-সুং পুশিল্লকই। চা লৌদে, মমৌগী মনঙঙ্গদগী অঙাও অদু লৌহোই। চূমনে, চোংবনে ভূম্নীংবনা মুগুরবা অঙাও অদু মখীং-মনা ইথক থকই ; ঙাউফিং ঙাউফিং কপচখি।

থা কয়া অমদি চহী থরগী মসুংদা হায়বিবা বিল্ডিং অসি মঙং অমা ঙা-না শারকপা থেংনৈ। নোংমদা অসুক শাগৎলি হায়বা থঙই। সুমিদাং অথেঙবকাওবা মৈ থান্দুনা শূরম্বা মূতিগী ঐনা হল্লকপদা থেংনৈ। য়াম্না তোম্বনা মকপ বীরেন্দ্রগী ঙৌরুনবা কার অদু থারম্বা থেংনৈ। হাইরপ য়েংখিবদা থবক শূরিবশিং অদু মৈকৈ নত্তবা ঙাক্ত ওইনা তৌই। সুপী থরদি অম অনী থেৎপা ঊই। থা থরদি অহীং নোংশোয়বা থবক শূখি হায়নৈ। চহী থরগী মতুংগী 'অঙাঙগী সুমিং' অমদা য়াক্না চাউমা মন্নীনা শঙ্গাখি। থৌরম মথল মখা য়াম্না সুমিং অক্লুপা পাঙথোকখি। মন্নীনা

# কেশ মিত্র

মাগী ভাযনদা মকপ বীরেন্দ্রবু থাগৎখি। 'ইন্দিয়ান বিল্ডরস' কী মাংলহোত্রাদদি সনাগী তকমান অমা মত্রীগী মখুৎমক্তা লীখি। কনাগী মায়কৈদগীনো হায়বদি ঐদি খঙলক্তে— ( মকমগীদি খঙদে মখোল অহুমনি, চাউই শাংই ; লমসিদদি অখমনা লীং-থাবা য়ারবা বিল্ডিংনি। শঙ্গারমদাই, তরানি কুমি য়াৎলিডৈদা নুমিদাং অমা বীবেন্দ্রনা য়াম্না শাউনা, নুংঙাইতনা লৈরম্বদুগা ঙসিগী মাগী ভাযনদা হৱাওরম্মীবসিগা ঐঙোন্দদি য়াম্না খেম্মনা থোকই। ঙসি মানা হম্না হম্না থাগৎলিবা মীওই অম'নীসিগা মাগা মাগী ময়ূমদা ঙংখৎনরম্বদু ঙসি ফাওবা নীংশিংলি।

নুমিদাং'দু কনা থেঙলে। করিগুম্বা লম্নাইগী খবক অচৌনবা অমগী শেল খজিক্তা থংউ হায়গে নীংদুনা তহা তকা চৎলুই। মাগী তুম্ফম কাদা ঙূরুঙ ঙূরঙ ঙংনবা ভায়। বিজয়ানা হায়ববু কুইরে ঙসাই মগদ্রিডৈদগীনি ; য়াম্না শাউগৎনখণ্ডম তৌই হায়।

—কনা কনানো লাকইবো ?

—ইন্দিয়ান বিল্ডরস-কী মুপাদুগা কনানো খাদী শেৎপা অনীগা, অহুমনি।

—করিগী মাল্লি শাউনরিবদি ?

—খঙজদে, ঙসাই পাজিনা লাউববু 'সিফাও তায়। 'শিদোকউ, ঙসিমক খুগাইরো, ঐ মুকঙম ঙম্মোই।' ঐদি খুৎ-কাথোক্লবকদোবোই নীংলুরে, পাজিগী মশাওগল মঙাসিগা।

মরক অসিদা, হারনরিমক্নদা, বীরেন্দ্রনা লাউবা তার— 'মিটর মালহোত্রা, লেংঙো! কারদে মতম মাঙনবনি। ঐদি মাবা শূকঙম ওম্মোই, সোই তৌবা ওম্মোই।' থোরক থোরক্লা, চৎঙাঙ ঙাঙলকপা তার—শীংমীংনবু যোং শাবা মাত্রো! লৈঙোয়না কূমসিবু কনাগী হাক্কা···শাউনা থোরকপদা ঐবু উবদা লকক তৌগুম তৌখি।

—ওঁ! বিনয় কয়া কুইরে?

—আ···কুইত্রি, কমথরমদ ঙায়ৰি।

—লাউ চাকশঙলোমদা ফম্মুসি।

—মী লৈরিসিদি?

—মরায়না চচ্চখিনি, তেরা-উরাগী···কায়দে লাউ। লৈবাক অসি য়ারোইদোরে মরূপ। য়ারোইদোরে কায়দে···।

ঐগী রা হায়রুবা ঙমখিদে। পঙকুই কুইনসু থম্মক্তে। ঙাইহাক ফম্মিদৈঙুদা মমৈ মকোক ইকোঙ কোঙদনা হৌজ হৌজ ঙাঙখি; মতোমদা পঙশাউদা শাউখি; মখাগীদা শাউনা ঙাঙ্গু ঙমসু তৌই; মথক আ-মযক্কীশিংদা রাকংকুমসু তৌই।

—কনানা কৈদোরকঅবগে নঙনা পঙশাউদা···।

—কনানা হায়বা লৈতে, লোইনমক্কি।

—কৈদৌরবা?

—শাবা লোইরে, য়ারে ফরে হায়মোরে, য়াম্ব য়ানীংদনা—মীগী ঐখোয়না সন্নাই তৌখিবা পোং মরামদো, 'ঐনা হায়বদি

ভখায়কাও ..........বদমাশ! শঙ্গাহল্লোইয়ে! অমুক শীদোক-হনগে'বা !..........।

শঙ্গাখি; খরা লৈরগা য়াম্না চাউনা শঙ্গাখি। খা খরা লৈরগা অঙাও ময়াম লাইরিক তম্বা হৌখি। চহী খরগী মপুংদা চাউরবা মমীং নাইবা তক্ষমশঙ ওইনা লৌনরকখি।

নোংমা ঐনা গাড়ী থাউ হাল্লিজৈদা বীরেন্দ্রসু গাড়ী খৌজিল্লকই—

—এ; কদাইদনো নসু-নপুদি? বিজয় নপুগা কদায়দা?

—ছুতি মুমিংতা আউত্তিং চৎতোইবা পুপু।

—ফজে! ঐসু য়া'ওনীংঙিদা।

—লা-ও পুপু।

—থেঙ্ক্যু! পুপুগোয়গীদি ছুটি নত্তে! নহোয় পুপুগীবু ছুটিরনে?

—ঐ রিতায়ার তৌরে।

—আইমা! কৈদৌজৈদগী! খরা য়াৎলিদাইনে?

—ঙসি কুমীমুক কারে। চহী অমা খবা হেন্না লৈরিবনি। য়াম্না হেন্না মুংঙাইখিদবদি উদে। য়াকৎ অমদি নাশোন্দা ভখিঙ্গুম তৌই। কায় অনৌবা অহনবা অমা মাগী মচানুপানা খৌবা উই।

চহী অম'নীমুক্কী মতুং ওইবম্বা য়াই। নোংমা মুংখিল অমা, ছাত্র খরা থাদোকপ্রগা চাক চাগে হায়রুনা ঈরুজরুবদা ভায়রি।

মহৌ বিজয়া প্রপ্রপ চেন্নকই। মমীৎ মনা লংখত্ন্না চেনশিন্নকখি ; হায়রৈ—

— পাজী ! হো পাজী, ঐখোয় পাজী কৈনো'মা তৌহৌরে

মাগী বা লোইয়ম লোইকাত্তুনা বিজয়া মখোঙ মখুৎ শৎ ভিংখোক্তুনা কপখ্রে। হাইরং হাইরং খোকখিবদা ঐগী য়োৎকী লাইরিক উপুদা কয়া থেংজীনখি। উপথুননা তুথখরে। চেন-শিন্দুনা কোনখৎপদা হুমাং অনগী কারম্মে ; মশা অদু তঙাং তঙাং লৈরম্মে। খুদক্তা এম্বুলেন্স কৌরে, হোস্পিতালদা থাখ্রে। চৈরক অদুদা লমজাও শোরোক অদু য়া য়া, রা রা। কি হোংবা নংদনা পাইজমা অদুগা চৎলগে থোকই। অমদা হংবদা

—ওজাবু অঙাং লোইনা শিরেয়ে।

—হা কদায়দা ?

—'লৈয়োল লৈকোল'গী বিলডিং অদু নীংথায়রক্তুনা পুন্নপ মনখ্রমায়ে।

— এ ! করিনো হায়রিসিবো !

মুমিৎ কয়ানিমুক উতুপ তাবগুম লৈরুরগা নোংমা বীরেন্দ্র লাউরকখি—হা—ই ! হা—ই ! ঐননি……… বিজয়া ইপাগী বিজয়া। বিজয়, পুপু লাক্লে। নমা……।

আগ্রা, ১৯৭৬

ভোলেন কমিশন ?

........ন........হালে...... নবেঙ্কৌ শিল্পী ঐনা...... আ।...
ইতু ইপাইচাশা! ...... অহাই, থায়বিগেহে ইনাই চাউদবশা।
........ অহাই, নবেন শিল্পী ঐনা ভোবা ভমদবা কপ্নি লৈবগেহে!
........ ঐনা খঙদ-ঙদবা করি লৈবগেহে ইনাই চাউদবশা.... ।

দেশকী বিধান সভাগী সভাপতি অতু ঙসি হুম্নি স্বরে অনম অহা চুদনা ইনম নম্মকইবা। চাখিদ্রে, থকখিদ্রে; মমীৎ-মলা পাঙখিদরে। উতুপ তাণ্ডম তুম্পাক ভাদ্রনা লৈদ্রে।

ডাক্তর—লম্লাইগী অমদি সরকারগী থবক তৎন্নবা ডাক্তর মীয়াম, তৎকদোরবা ডাক্তর নকা; নর্স মেত্রোন কাপ্পবী, বাগদোরবী কারোমদোঙুম ভোরবী; পুম্নমক মরোল মরীদি ঈশেং শেংনদনা সভাপতি মহাশয়গী য়ুমদা (সরকারনা পীবা কাটরস) লোইনা ত্তিল্লরে। এম: এল. এময়াম (রুলিং অমদি ওপোজিশনগী) মন্ত্রী অপুম্বা শিল্লোন শিজিন কমশেল্লরে। অনৌ উরৈ চিবোন চিবোন, অহুম ভিনৈ স্নসা-স্নসা লোইনা মুংস্তুক মুংজাননা উই, (থনুংগী রাদি উম্না কুপ্পা পুক্নি) ভমথংগী, উপ-সভাপতি অচুদি মবুক্কু ইরাঙ লাওনা উই। রাকম অসি কয়াদি কোংদে, অচুবু নোংজু মীকম কম্মগনি হায়দনা থবরদা বা য়া ভোরমচুনা চেক-মোক লাংথিত্রবা মণ্ডংচুদা মীয়াম্না থাঙল-শানদবদি নত্তে।

নোংনা চুখিবনা, মীখমদগী নোংজুনা হাল্লে; লৈবাক-পোকপগী অহাংদা অথাক অৱাউগা লোয়ননা হৌখিবনা লৈবাক-পোকপা অমা হৌল্লে; লেল্লা লৈতে; অনৌ অনৌবা নোংথেংকা লোয়ননা চুথরক্লি। নোংমাইজিং অমগা য়ৌশিল্লকপা মতাং অদুদা মণিপুরগী তুরেল ময়াম অসি লোইনমক খুদোংথীবা থাকুগী মিটর অনী অনীয়োম হাইগৎলক্লে। খোংলম কয়াম্রা পাথো-রকপনা ঈচাউগী ৱাহৌদোক শক্তুম্বররে! ঈশিংগী পাউজেলনা মতম হাৱবা ককখিদরে। শাবল লমদোং মীনা ফীভৌ ফৌরক্লে। লেল্লা লৈখিদরে। মীপুম ভিংনা মিপাইনরক্লে। লেপত্রি। তুরেল পুম্নমক নীক নীক লাউরক্লে। সরকারগী থৌরম পায়বা লোয়শঙ কয়া মিহুল চেঙুম-চেঙানখিবা হাপ্তা ফারে; লেল্লা লৈত্রি।

...... নহা...... লে... নবেন শিদবী এনা করি খঙদবগেহৈ! ...... আ! ...... করি খঙদবগেহৈ ইনাই চাউদবশা! ......উম! আ! ......ইতু ইপাইচা...... ।

মুমিৎ চপ য়ুংবগী অদুদা (মুমিৎ মশক উৱক্তুবা তরানিপাল্লি মরে) সভাপতি অদু, মশা অদু চেঙ খৈবগুম নীকপা হৌরক্লে। ডাক্তর ময়াম শুরুং হুপচিন্দুনা হোৎনৈ। হিপ্লা হিপ্লা অসুম নীকলম্বদগী ফুক হৌগৎলক্লে। লেয়গা মখুৎ মশা শর ভিংথোক্লুনা নীকলক্লে; মখুৎ মশা ক্রক ক্রক, গ্রি-গ্রি ময়া ক্রক ক্রক চীক্লুনা চোংলক্লে। ময়াম চঙজুনা ফাগে লাক্কর্বা ঙমখিদরে। ডাক্তর অরেৎনা কোনবমু সভাপতিদা কৈন্থ তৌবা য়াখিদরে। চোংলক্লে

কন্, কন্, কন্ ; মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লক্লে। কম্বাঙ অন্থুলা লৈ-না লৈ-না লাইনৌ খোঙকমদা কেং, কেং, কেং চো'লক্লে। পিঃ এঃ অহল অদুদি চিংনরকপা কুইরবনি, শোম্নক্লে মাংরোই কামদে কায়রম্মগা মানা ইন্নিবা শাল অঙৌবদুনা, কুপশিনবিরে ; মী হন্দোকহল্লে, কাংথোল চেপখৎতুনা থমখে্ল। সভাপতিগী বৈষ্ণবী অদুদি মথংগী কাদা কমশেন্নখরে।

নবেঙ্কৌ ঐদি পাক শেং, পোক থেক' লৌশিন্নবনি অদুবু কীজি-কীনা নেৎপদগী হেনভিল্লে লৈবাক অসিগী মী খুদিংমক নবেঙ্কৌ ঐগী কাঙ্খোঙ পান্নরেহৈ, হায়বিদে হায়নি ইনাই চাউদবশা !...... অহাই !...... নবেঙ্কৌ ঐগীনি হায়দনা থম্বা, লৈবাক্কী মৈপোক লা'হৌদা অভোনবা ইনাইশিংগী মতেং ওইননবা হাইদনা কাইদুনা থম্মবা ঐগী ইরুলবু, হি। মানবু করি ভৌরকবনো ঐখোয়না ভৌরগা লোইরে হায়দনা নখোয় মীকোক যাম্মেগা ওইগী শাগৈ তুনানবী অমগা শায়েন ভায়েন্নখিবদো ঐনা উদবা-থঙনবা করি লৈবগেহৈ মীভম্বালশা ! নহোয়নস্থ ঐবু লাইনি লাই নত্তে হায়দনা শানৈ-যুনৈন্নিভৈদা য়েৎনবা শাবা ! নবেঙ্কৌ ঐবু লাইরেম্নবা ! করি নভিক লৈবগেহৈ মীরৈহৎ চাউদবশা ! খঙজৌহৈ, ভাকপিদে হায়নি ! ইশাইগোন অসিগী ইভু-ইপাইচা অমত্তা থারুরোই লোইনা মেৎলগে ; লোইনমক ঈরাকুহন্দুনা পুম্না লৌগে, মচেৎ মচেৎ মতম মাঙনবনি............ পুমরোৎ য়োৎকে। ওম্ ! আ !...........

—ইমাই পেম্মা! মাঙঙেদনা। মহু য়াদেকো অঙাওবী; নবা শেংউ, ইরাৎ-পূজা থৌনি তাকপিরম্মু। নচা ননাই ঙাক্লি।
—নহা.......... লে........হায়বিগে তাজৌহৈ ইনাই চাউদবশা, নহাননোং হয়িচক্তা নবেক্কৌ শিদবী ঐনা লৈতাঙৈদা নমু লোইনা ফাথোঙ পায়ররবা তাংলৌদা নবুধৌনা হায়বদগী নমু ময়ামগী মহুত্তা তম্বা অমনা মহুৎ শিনখিয়ে ইনাই চাউদংশা। অদুনা ঙসিনোংগী বারম তাকপীগে তাজৌহৈ চাউদবশা।
—তাকপীয়ু তাকপীয়ু। ঙম্মোইদবা রাদি তাকপীনুকো নত্তু-নপাইচা ঙাক্লি।
.......পাঙঙমদবা য়ারাবু নবেক্কৌ ঐনা করিনুংদা পাউমেন-খিত্রিয়ে হায়দবরহৈ চাউদবশা। ঙসিদগী হুম্নি শুবা নুমিত্তগী নবেক্কৌ ঐগী লাইমাংদা মতিক মঙান লৈবা, নি থৌ ঙম্বা অঙম্বা অমা, তরা চাক্লেন চাদ, তরং লাইজ থক্তা লাইনীং পরৈ চেংনা লৈবনা য়াইবী থাজৌহৈ; নবেক্কৌনা লেপ্পা লৌবিগেহৈ চাউদবা।
অদুঙদা লাইজ ঈরেন থকহনগে, তূ-খোং অপুম্বা কংহনগে। কুমশিদগী হৌদনা চাকহোঙহনগে ঙাহোঙহনগে; মৈপোক লাংহৌ লৈহল্লোই, লৈবাক মরা তপহনগে, য়েক্ত-তিংখং লৈহল্লোই; অরেৎ শেঙ্গা মরাঙ কায়হনগে; লাইর-অন' লৈহল্লোই, চাকনী-ফীনী লৈহল্লোই। নত্রগদি, ঙম্বা মাগী উশিন ফংত্রগদি ...... অম, আ! হুম .. ....নহালে........
—এ। কম্নি রানোদা ঙাইবঙ মীনা .. ...।

অমগা অমগা ঙকচানরি ৈঙদা লাই কাপ্লে। সভাপতি লেপ-লাই হাইথরকখি। তাইরেন, তাইরেন, তাইরেন মশা......।

অরোনবা কেমেরা মীতিং অমা খ্বাইদৈ য়াংবা থাক্তা তৌখি। মী অমত্তুনা শাবা কমিতি অমা শেমখি— তোলেন কমিতি। মঙোন্দা লোইনা শীন্নরে হায়খি।

—মন্ত্রীজী, ঐনা স্থম খঙবদা, থবক অসি মন্ত্রীজীনা পাঙ-থোকপীবনা'মতা চারে। ময়ামগী সেবা তৌবিরকপগী তৌবিরকপা অরোইবা ওইনা অসিমত্তংগা পাঙথোকপীরো। প্রজাগী অশেংবা মীওৎ হায়বদু মন্ত্রীজীনা থোক্লে হায়জরিবা। খুদোংচাবা অমনি। মসি লৌস্ম লৌবিয়ু পীস্থ পীবিয়ু। লৈবাকী য়েংবিয়ু।

—তোলেন সাহেব। মসি 'স্থমদৌবা; অসি, মানা করি-নাইবু, তোলেন সা'বনা হেন্না খঙবিরিদ্রুনি, ইমাগা পাজিগা অহল ওইবাইদ্রবু ঙসি হয়েং খঙদ্রবা জাৎনি। ইচা নিপাল অসিনা অপীকপস্থ খায়বোক অমা। ইচনস্থপী অহুম ঐনা লুহোংবিবা তাবনি, ইনাও অনী অমা মপান্দা তম্না হৌখিবদা ওাম্নরি। ইথৌদাং অসি পাঙথোকপা হৌ'ফাও হৌদ্রি হায়জরিবা। অদু ঐদি রাজনীতি য়াওরকপস্থ কুইজদ্রি; হন্দক্তস্থ কাজবনি; হায়দি ইথকথোংবা নেতা ওপার অমা লৈরি; মসি মনুংনি হায়দনা হজোইদবগী হায়বা বানিকো। অতৈদস্থ 'স্থমদৌনা ঐগীদা চঙঙ্ইু হায়বসিস্থ, হায়দি সীবী,.......হাই! বহাদুর, কৈনোদো, আ খ্বাইগী মথক থংবা রেক্কুদগীদো হৈরকউ। ..........হোয়নে

চেম্পনবো। অহুনা ঐস্থ ঐনা ঙমজবা মতাংদা শোয়দনা সেবা তৌগনি। য়ারবদি ঐখোয়গী প্রসিদেন্ট অহনগীদা অমুক্তা চৎপিয়ু; ঐনা হোৌদোরকপনি হায়বদি ভাকপিরুস্থ। হায়দি, মানা ঐখোয়গী দলগীদি মকোক্নিদো।

তোলেন নোমহৌ নোমহৌ থোরকখি। খোঙথাং থজিক তহাখি; তহাগে থনখিবদি নত্তে; মশাস্থ খঙজে।

.........অহুনা প্রজাগী সেবাদা দেশকী য়াইকনবতা থরবা দোলগী প্রসিদেন্ট অমা ওইনা হন্দকী লমদাং অসিদা, অয়োইবা পাঙথোকপিকম থোকই হায়দনা ঐ লাকচরি। প্রসিদেন্টনা হেক্ক খঙবিরিবনি; চুম্না 'স্থম নীংশিংজবা তারবদা. হন্দকী অসিদনি অশেংবা মিংচৎ, অশেংবা সেবা, অশেংবা লৈবাকপু মুংশিবা পুন্নমক উৎপা য়ারবনি। লৈগী দোলাই তোংস্থনা........।

—ইবুংঙো তোলেন, ইয়াম্বনা অসিগুম্বা তাঙ্গা ঙাইরক-ইবসি যুগ কয়ামুক হোৌধে হায়বমক য়ারবনি। নহোয় থ্রাইস্থ উরি থঙঙিস্থনি আন্দোলন অমত্তং হেক তোংদা ইয়াম্বনি মাঙ থারিবা, জেলদা চহী কয়া লৈকরিবনি। চৈ কয়া চাখি্রবনি, শাম্নী ভিংথংদা লংশিনবদা শৌ শানা ইয়াম্বগী হকচাং অসিদা অমুক্তোইনা; হোৌজিক কাওবা মকম লৈরি তো,ইউরবসে? তু লুখমদা খুদোম্নীমুক শাংনা তাঙঙিবসে তু, তু, মসে, মহোয়গী থাও তৈরবা লাঠি অহুনা........।

—খণ্ডজরে। তাইচোগী দেশ-প্রেম, সমাজ সেবাদি মুমীৎ থাবা তানিমখৈ কাউনবা য়াদৌ নৈতে। মী থুদিংমক্তা এপ্রিসিয়েৎ তৌরিবা জাৎনি।

—নো! নো! মতুদনি ইয়াম্বনা থম্মোয় অসি কারিবসে। লম অসিগী অহেন পুম্বমক, লৈরক-কোনশাং খো-খোয়া, কনাগী উকু মচা অমা শানবা কাওবা ইয়াম্বনা হোৎনববনি। লম অসিগী স্কুল লোইনমক ইয়াম্বনা নোমজুনা লৌথৎপা ঙাক্তনি। কোলেজ অমা লৈরিবসি, ইঁয়াম্বা নৎলমদ্রবা, না! পুন্সিসিদা ওইবগী য়া লৈজেদ্রা! থবক নোম্বমদাই, শেল পুরমদাইদনা হেক মরাকপা অজুগা জোৎ থাদরমদাইদনা অঙাং চোইহা অমদা থোক থোক। নো! ইয়াম্বা শিবা ঙম্মোই; মহোয়গুম্বা মী মশক খণ্ডবা, তৌবিমল খণ্ডবা মহোয়গী কনবা তৌকা! হা! ইবুংঙো ইয়াম্বা তৌররোই! যুক্কতো হেক তৌররোই। ইয়াম্বা তৌরোই। ঐ খঙই লৈবাক অপুম্বগী য়াইফনবনি। থরায় অসি চঙনা থাদোকপা য়াই। থাকমস্থ থোকই। লৈবাক য়াইফবদা মহোয়স্থ য়াওখিনি থনবদা প্রাণ থাবা তল্লি; পুন্য তানত্রাইবু পাপতুম লঙথীনবা থোকনি। অহম্বং অসিদা পাপকী থবক্তি তৌবা য়াত্রে কা করি হায়রগে, চুমদ্রবা ইয়াম্বনা হায়রিসিবো?

—চুমবুদি চুম্বা ...।

—তো, তো ইবুংঙোন চুম্মী হায়রিদো! অচুনা ইয়াম্বা হন্দকী টার্ম অসি লোইরগা পোথারগে। রাজনীতিদগী

পোখাহগে। চহীনগা ইপোৎ থারে; ননাওশিং নচনশিংসু লোইরে; মাগী মাগী মপা চা-চাবদা ভও তা-মক্সে। কামদ্রে, লাইনীং লাইশোনদা ওনশিল্লগে। করি তৌখিনি কোকী অমুক ?

—য়াজরে। অদুদি তাইঙো য়ৌজখ্রগে।

—যরে ইবুংঙো, য়ারৌদুকো। ঙাইখো ইবুংঙো, ইয়াইগীদা লাকইবসি হয়েং ইবুংঙোগী রিপোর্টতকা য়াওহল লাকহল্লুনু যঙদে। মীনা পায়গা, অচুম্বনিদি হায়বদু সত্যমক্রম্বাৎ···।

কমিশন থোরকখি। হন্দ্রিদি হায়ববু থাজবা খজিক চৈখরই। অরোনবা মিতিং অমদগী অনৌবা আশা অমা খংলকখি; নৌহৌনা খোঙ অমুক শাল্লকই।

—শর্মজী, হন্দক্নীসিদি অশেংবা সেবা... ...।

—ঐ খংলৈ, কমিশনগী মায়কৈদগী তাকপীদ্রবস্ড খঙজে হায়জরিবা। অদ, ঐখোয়দি ওপোজিশননি; ঐখোয়না করিবু তৌরুগবনো। মহোয় রুলিং পার্টিগী নেতা ময়াম তায়রগা মহোয়না য়ানবা মী অমা থাদুনা পাঙথোক্কবা য়াইনা। মহোয়না তৌবিগে হায়রবদি খুৎ থাঙৎনবদা মশীং হেন্দৌ লৈরে। মীখলগী মতমদা ঙাওখিবা য়াজাও ঐখোয় কাউদ্রি। চাকহোঙ-ঙাহোঙবা হায়বসি মখোয়গী লমথুং অমনি। হৌজিক চিরবা মতাং লাক্লে। মকোয় তুমিন লৈকম খোক্তে। মহোয়না তুমিন্নংসুম পঙশিন্দুনা লৈশিন-শ্রবদি ঐখোয় খাওবা ওমদে, হোবা তাই, আন্দোলন, ষ্ট্রাইক, লালহৌ— লোমী-শিন্মী লৈবাক মীয়ামগী য়াইকনবা হোবা তাই

হৌরগা ময়াম্ব গ্যান তাহনবা খোকই। হলো ......কনেক মি রান জিরো জিরো জিরো ... . চিয়ারমেন সা'ব অযুক্তা ঙাইবি-খোকো. ঐ এখোয়গী মীদা রা আত্তা হৌদোকখিগে, ঙাইহাক্তনি ... ...; হল্লো, ঐ ... .. ...।

কমিশন্না ঙাইহাক ঙাইরম্মী। রারী কন্না শাহৌরি : খোয়-শাও রাকংনা রাহৌ রায়ার ওইহৌই। রারোয়স্ত পোয়দনা ওইরম্না য়াই; কমিশনদি ত'বা ঙম্মক্তবে। খোবক্কে। তাক্তি মত্তাক্লম্মী।

মীনী চনবগী অয়ুক্তা, য়েন্দা অহানবগী মমাঙনি; ইপানাং-ইপুনাং উকন মরুপকা থোগিরেন, তপ কনাকপা মৈতৈগী মরানয়াইদা নৌহৌনা কংলকপা পুক্লিগী ইথিল অমগা লোয়নন। চৎলুই। শ্রীমৈতৈ ঙম্না হোগত্নুনা উখোকতেদা ভারগা কোয়েং অহু শেমহুনা লৈরম্মী। শক খঙনবা মগেন্নি; থুকৈর, কম্মিৈন, রাহং পাউকংলৈ। তেপেননা মানা হায়জগে লাক্লিবা রাকম অহু শিং শিংনা মরীক চুন্না তমে খঙহল্লে। শ্রীমৈতৈ মক লূকথনা কনা কুইনা রাথম তৌনা লৈরুই। তপ্না মরায় ওাইগংলকই; মীংনা কুপ্পগী মপুংদা মমীৎ-মনা লংখংলকথি –

—ইশানৌনা হায়রিবসিদি, শম্পানা, য়াইবী মাঙজো, লৈবাকী য়াইফনবা 'য়াহগী য়াইবী পীযু হায়বগী থা নগ্রিনেকো।

—হ! ননাওনা হায়জরিবসি মহুমক্তি। লৈবাক খুন্নাই-গীদমক্তা ............।

— ঙাইখো ঙাইখো 'য়াম্বা 'হায়রিসি লোইশা ভুক ভাখো। ঐ ভাব ভাই, 'য়াম্বনা নাপ শেন্দানবা নত্তে। হায়বদি 'য়াম্ববু শরেন চনগে হায়'রানি। শরেন চদ্রগা শায়েন ঙায়েরদুনা চাগে হায়রনি। অদুগনে ইশানৌনা খজিক য়াংনা ভায়বননি। শরেন চনবা হায়বসিমক্তবু, ঙাবু ওইয়ো, কায়গা, নমদুনা কারগা চনবা ঙাক্লি। মাবা হায়বসিদি পাজ্জলনা ঐনা কদায়দা নওনা কদায়দা হায়দনা শয়েং পাম্বোম ঙা-নরগা অঙম অঙম্বা কাবনিদো ইশানৌ। 'য়াম্ববু শরেন চমবা নমদুনা মাবা লেঙঙকইসিদি মী কয়া লাকই, করি করি খুৎলাই য়াওরকই? অমমমতা তৌনসি হায়রা, পূম্না ঐনা নাকপাক অমা ওইরগা ইশানৌহোয়না অমা ওইরগা য়েংনসিরা? হা! খল্লু অপাম্বা খুৎলাই খল্লু— খাঙপাক? খাঙশাঙ? খাঙজো? গদগা? — ... য়াইবীগী য়াবানিনা অঙভাই ভাবে। পুঙ থোনসি হায়রা...... নচীন শেংঙ......।

—অ... অসি,·· চুম্না 'স্তম····সীবী·· ঐ য়োজয়ে।

কমিশন ভহা ভহা ভহা থোরকখি। তোলেন কমিশননা হম্না য়েংবা কাওবা ঙম্মদরে। নোংজু মরক অল্লা পামীকোট কুদাম পানবা মনা শাংনা কাউই। নোংং হেম্না কনশিল্লকই।

কল্লাংগী পাঙ্কাদা খজিক মিপাইংম্বা তোলেন কমিশনবু খুদাং ঘড়ীনা হম্না হম্না থরক হনগৎহনবা হৌরক্লে। থোজাল মথং মথং ভুংওইনবা হঙ্গি; ভুংওইনবা খুদিংগী মরি চৎলকপা কমিশনগী আশা, তোলেনগী অপাম্বা মমী শাম্বা হেন্নকখি।

ত্যাগরাজ যোগীগীদা:—

যোগীরাজ, ঐনা হায়ত্তরিবদি হন্দকী মতাং অসিদা যোগ পুন্নমকী, সাংনা পুন্নমকী অয়োম্বা চাংয়েং অদু পাংথোকপীয়ু, জাতিগী, সমাজগী, মীওইবা পুন্নমকী য়াইফ নম্বেল পীনবিয়ু; লাক্লিবা জল প্লাবন অসিদগী কনবিনবা থৌয়াং অমত্তা তৌবিয়ু। নত্রগদি···  ····

—বৎস্য, ইপাদদি অরা মুংঙাই, য়াইফবা-খুদোংথীবা, অপাম্বা-পাম্নদবা পুন্নমক অর্থ অংমা য়াংদ্রবনি। নওগী ঐগী মাগী হায়বা পীব্রবা সমাজ মচা ম অসিদি লায়রদনা জগৎ অসিদগী থাম্লা লৈত্তরগে হোৎনজগ্লিবা বুইংরবনি। জগৎ অসিদা লৈনা লৈনা জগৎ অসিগী ৎইত্রবনি; ৎইন্ত ওইগে খল্লে। ইপাদদি ঐগী মীগী হায়বা অমমুক লৈত্রে; মাগ্নাগী লাংনা পুল্লিবসে নাম্থোরবনি। য়াইফবা মঙ্গোল পুন্নমক মায়ানি; জগৎ মিৎথ্যা ব্রহ্ম সত্যম্—ব্রহ্মদা তিংগে খন্না ইপাদি নহোয়গী জগৎ অদুদগী নাম্থোরক্লবনি; ইপাবু অমুক বৌশিংগন্নু। ইপাগী ধ্যানগী মতম শৌরে। হয়েংদগীদি ইপা থা অংং রা ঙাংঙরোই ঙসি উরবা ফরে। করি ৱাৎলি হায়গদবা হংগদবা?

—অ·· ··· অসি·· ·· লোইজরে ভগবন।

মরু ওইরম্বা পুঙজানা মীৎকুপ্তা ওস্থরকই। হন্নিগী মুমিৎনা অতিয়া মকোয়দা উরম্বশিং থোরগদি নোংচুপকী চীংশাং পরেং শোকদবা থগাময়ুক্তা ঙায়রে হায়বা তরু তরু উরমগদবনি।

# তিংখংলৈ

নোংগী মম্বগী মথক্তা অমুক খরা খরা মমশিল্লকপা উবদা য়াঙ-লেন্দা হুমাং অনম্মী কাংখি। চাগে থক্কে নীংথিদ্রে, কি অচোৎপত্নু হোংদোকখিগে ভায়বা য়ৌনা খল্লমদরে; অরাং পাংনা হাইগৎখরে। থাজরম্বগী চৈথৈনা অহংবগী থূদম ওনগ্রবনি। চিংনবনা মাঙওইননা চঙলুই, হান্নগী নীংবা কায়বগী পাউখুম পুদুনা হাইথরকই। য়াচঙবগী অদুরাক্টদদি কয়া শাগৎলক্লুনা কি থাবা য়াখিদরে—তোলেন। মনাই মশন কয়া ইমুং-মমুংগী মরাম্না কোয়চেন চৌরে। ডাক্তর মথং মথং লাকই অমদি থারকই। মৈশা মীৎকুপ খুদিংগী হেনগৎলকখি; কম্বা ভম্মকখিদরে; হিম্নি-বদুম্নু চেঙ খৈবসিনঙায়রে। পুম্নমক মিপাইনখ্রে। চোইরোনদা লাইথেৎ হাপকৎলক্লে—।

………কায়বে কায়রে………! লোইনা শিরে! ঐগী রিপোর্টতা? তোলেনগী রিপোর্ট?……চুম্মী! ঐ চৎলগে•। ইচা, ঐগী মুপী শ্যামা,—শ্যামা, ইবেম্মা। ঐনা ….।

নোংমতদা লৈবাক্তী তুবেল মরীমক তোঙান তোঙানবা মকম মঙাথক্তা কায়রে। নোংনা লেপ্পা লৈত্রি।

—হা! তোলেন কৈদোরবা?

—কৈনো'মা তোত্রে!

ইম্ফাল, ১৯৭৭

# শ্রীসিংহগী বিদায় সভা

চহী তরামুকী মমাঙদা তরাগ্না ওকপগী সভা অমা কমথিরম্বা য়াই। ঐদি মাওকৌদ্রে ওকপদা অদুগা বিদায়দা ইত্তন্তুনা মীয়াম কম্মিমৈ, মা ওাওই,—অচা-অথক অমদি অরোইবদা অচা-অথক্কা মাখৈনৈ। ওফিস অফিসী চৎনবীনিংবা থাদোক্লিংনা থাদোক-খিবা কয়ানি; ইথা থাদোক্লিংদবা থরম্ব নমহুনা পোথাহনখিবা মাওরথা য়াই। অদুবু মী অমগী সভা অনৌদি শোয়খিবা মাওদে। ঐগ্যা থাবা ওফিস অসিদা মুপী তরেৎনি। মুপাদি য়াম্মী; ওসি 'তরানী-কুমীগী মমুংদা, শ্রীসিংহনা লোইশিল্লকপা মীসিদা, নৌনা চওলকপা মখোয় মওাসি থারগা পূম্না কুনগা মাপান, কুম্থ্রা-কুম্থ্রামাখোই — .... হুমদোই; থুবা চৌকিদারগা মন্নি, তা-কাহাইগা গভা— .. ।

বার্তোম তোরুবা অঙম্-অথৌ কম্না অমগা ময়ায়গী কাজাউ অদু পিক থন্নি। ঐনা চওখিবদা সভা হৌংম্মে। শ্রীসিংহনা য়েৎলোমদা চেগী নৈ-পরেং অচোবা অমগা, ওইবোমদা নহান্দগী লাকপা মক্কোক্ক-ওইনা মহুৎ শিনহৌগদবা ডাঃ দেব পীক্তকপা মেজগী গয়া অমগী মরুমদা কম্মি। নহানি মশক-মতৌ চম্খোন্নি। মাদি হমদোরগবা? মবুক-মপাউদি হনা কবগুম তৌনা উই। ওমথং মিত্রনা শেম শেমহুনা বেঙ্গলীগী খোন্থোকী ইংলিসতা শ্রীসিংহবু থাগৎলি। ...ফোর হিজ সিনসিয়োরিটি, হিজ ফ্রেঙ্কনেস, হিজ কোন্‌স্ট্রকটিব আইডিয়াজ এন-ড ফোর হিজ অনকোরপ্তেড এড্‌মিনিস্ট্রেশোন · ....

…মিন মণামক লমসিগী বেঙ্গোণীনি ; অসিদা পোকপা, অসিদা চাউবা, অসিদা লৈরিবা ( অসিদা শিরবগে য়াগিবা ) মীয়ায়নি। ঐনা চঙক্কপা মতমদা মা বিল ক্লার্ক ওইনা লৈরম্মী। থবা লৈরগা একাউন্টেন্ট ওইখি ; চহী অহুমগোম লৈরগা অমুক শুমথং ( ডিপুতি ) ওইনা কারকখি। কেরাণী মংকোক ওইনা মতম কুইনা লৈরক্লবা থবক্কী পোথাপুননা কুইপ্রবা থুয়া থুম- জাওনা নোংমা সুমিদাং অমা, য়াম্না থেঙনা ঐখোয়দা লাকখি। কমফার্ট্রেইডদা য়াম্না শাউনা ( শঙনা শাউগন্দবা অহলনি ) হায়রকখি –

"য়োমা নহোয়গী ওফিসার অসিনা তৌরিবসি কৈকো। হা! কৈনো'বা! থবক চঙবস্থ ঐনা চহী অহুম-মবি হাল্লিবা, চহীদসু উদংথৈ হল্লিবা, থবক্কী লাইনস্থ ঐগীনা চুংরিবা, মসিদা ঐবু নমথরগা মিত্রনু পুথংল্লিবনিনে। হা! নক্রো! নহোয়সু খন' য়েংউ; মসিবু হোনৱো! করি ধর্ম্মনো……"

ধর্ম্ময়োমদা নৈশালকখি ; পেন্দবা ফোঙদোরক্কখি ; অহম্ভং অকুদা মমীত্তা ঈরা চেল্লকখি। বিরি চম্বদা মথুং অহু মফৈদা মীক্লকখি। ঐ থোইনা ঙকখিদে। তৌকম ঙাঙফমস্থ খঙখিদে। ওর্দর ঐনা ড্রাফট তৌবনি শ্রীসিংহনা য়াম্না থুনা কাম্নবদগী ঐনা তাইপ তৌখিবনি, পার্সনেল ফাইলদা ঐনা থমজিনবনি। ঐনা ঐদি কৈস্থ খঙদে করি তৌবা তাবনো ভাব তাবা নত্তে হায়রুই ; শাউনা মথা তারকই—

## শ্রীসিংহগী বিদায় সভা

"তৌনরবদি ঐখোয়স্থ তৌবা তারেদনা। মানা লীশিং অমী পী,বদি ঐস্থ অহুম পীবা তারেদনা। ননাওশিংগী লিক, নহোন াী না, কমাগী ময়েকনাইবা ফাওবা বত্তোপ থমুরে। সে অহুমী সে, অমা-অমী-অহুম...।"

লীশিং চংগী, শামু তোংবী প্রেক প্রেক লাউবী অহুম জেগুগী পুখোয়কই। ঐবু হৌজিকমক খরা পীবিকচো 'নঙগদি কোইনদনা উবা কুইরে' হায়খি। ইমাদা ঐনা, খল্লুবা ইতৌ তৌদনা হাইরপা খঙখেং য়েংলুই; ইমানা হায়া ঐঙোন্দা য়েংডুনা লৈরম্মী। ঐনা হায়খি ঐদি চুম্নগী মানা তৌ তৌ হায়বদা য়াথং ইনবা লন ইগী সেক্রেটরী ওইবতনি, কৈস্থ তৌনা ঙম্মা, অহুগুম্মা পৈশা সুংশা পীরুবা ঙম্মা নত্তে। অহল অহু থাজখিদে। ফনা থেঙনা সুংঙাইতবা ময়াম মথং মথং ফোঙদোক্লুনা লৈখি। খরা লৈরগা চে চখোংক-চংশিনগী রাহৌ অমদগী খুবা যুমজাওগা মিত্র-দা-গা শ্রীসিংহগী কাদা'কয়া খংনখি; শ্রীসিংহরোমদস্থ মচেক্লা রৈবা রাঙাও কয়া থুরাক্লুনা ঙাঙখি। থা খরা লৈরগা গুবাক্ত থবক্তগী অহুম শোত্থাখবে (নক্লগা পোত্থাহনক্লে।)।

মিত্র-দা লোইখ্রে
ময়াম খুবাক খুখী—প্রোক প্রোক
মিশ্টর সক্সেনা ঙাঙখ্রে
ময়াম খুখী—প্রোক প্রোক...
শাক্রীস্থ তেস্তুক্লা লোইখ্রে
প্রোক-প্রোক... ......

মখং অদু খোজো, য়ুঃ দিঃ সিংগী পাসিনি। তপ্পা শং-শংদনা হৌরকই। ... —ঐখোয়গী শ্রীসিংহদি, পোকপদবু মপাঙ্গা পোকচবনি ত্রশেংবদি লম অসিগী ওইরবনি। মহাক্কা মতম পুন্নমক্তা লৈবাক অসিগী, লম অসিগী, খজিক মীমায়বা ওমত্রিবনি হায়না লৌবা য়াম্বা জাতি অসিগী ফ-নবা, কান্নবা, য়াইফনবা খনবিখি, খনবিরি অদুগা মতুংদসু খনবিখিগনি। ... ...

মরক্তা মঁয়ামগী খুবাক খুরকখি। লমসিগী লোল খঙলবা (মতম অমদা তশ্মিবনি হায়দনা য়ায়া লাউখিগুম ভৌখি) শ্রীসিংহসু হয়াওখি হায়বা পুন্নমক খঙনৈ। পুন্নমক উনৈ। অদুগা চহী থরগী মমাঙদা ওফিস মতমগী মতুং কাইনথংকাঙবা অমদি মাগী কাটরদা অহীং অথেঙবা কয়া নৈনখিবা হীরম অমখক্তুদি পঙয়াম য়াম্না খঙঙমদবা য়াই। অদুগী মনুংসিদা খোজো য়ুঃ দিঃ সিংদি (মতমদুদা এলঃ দিঃ সিঃ) শোয়দনা খঙখি। নুমিৎ অদু জন্ম অমগী ছুটিনি; অযুক অদু লাই খুরুম্বা চৎকে হায়দুনা ঈরুজ-মায়থজরগা ফি শেৎপা লোইরকপগী 'অদুদা মাগী য়াজী থারকখি; পুদুনা লাকউ হায়না লাকপনি হায়রৈ ড্রাইভর অদুনা। তন্দে-মান্দে ঐ চৎলুই। মখোয় অহুম মাগী পোত্থাবগী কা মচা অদুদা কোফী থক্নুনা বায়ী শারম্মী (নক্রপা পোত্থারম্মী)। ঐ চঙলুই ঐগী ইশক অনৌবা অমা য়াওরম্মিবদুদা তাকই; মাগী অমুক তারুকই—

## শ্রীসিংহগী বিদায় সভা

'রোনা দেবী, সোমগীনা ঐগী মরুপ মনোহর পটেল, ঐখোয়গী লমচুগী অথম্বা ঠিকাদারনি। লম যেংবা লাকপনি।

নমস্তে! থাজরুই। মশক উরকপা ঙসি মঙা-তরুক্কি শুরে'। শ্রীসিংহনা অরুবা চে খরা নমন্নবা, থাখিদবা য়াদ্রে হায়দুনা ঐগী কা অদুদা নম্বা লাক্লরিঙৈদা মখোয় অহুম (অমনা খোজোনি) য়াম্না চৌক্লা রারী শাদুনা লৈখি। ঐনা মাগী ড্রাফট অদু মরক মরক্তা খঙদদুনা থক-খা য়েংদুনা পাবা লাক্লরিঙৈদা শ্রীসিংহগা মিষ্টর পটেলগা বিল্ডিং অদু শাবগী (ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা ওফিসকী চাউরবা বিল্ডিং অসি শাননবা কন্ত্রপক্তনা য়াখিবদি কুইবগা লুপা ক্রোর খরা কাইরকপগীকদুদি কুইদ্রি—ঙসি মরি-মঙানিদা ঙায়রি), পোৎ সপ্লাই তৌথোক তৌশিনগী রারীনা নম্মী; মরক মথক্তা সেন্দ্রা, কৈবুল লমজাউগী রাম্ভ ময়াওরকই। শ্রীসিংহনা য়াম্না কম্না হেক, তোয়না, পনখিবসি লেবরগী মতাংনি 'মজদুর হমারে বর্ষাকে হোনা চাহিয়ে' (থবক শূবশিংদি ঐখোয়' অদুরাইগী ওইগদবনি)।

ঙয়ানি কুম্নি লৈবগা রার্ক ওর্দর (থবক তৌবো হায়বগী য়াথং) ঐনা নমখি। মথংগী সুমিত্তা ওকিসগী অকবা থবক অমগীনি কায়দুনা শ্রীসিংহ পাইখি; কলকতা ফাওবদি খঙহৌই (টিকেট ঐনা কোন্দা বুক তৌখিবনি।)

খোজোনা লোইশিন্নকই—'শ্রীসিংহগী গুণদি শাংথাবক্তনা রাৎলগনি হায়না খনজৈ। ঙসি লৈবাক অসিদা তাঙনা থোক্লিবা

চাউরবা বিল্ডিং অমা এখোংগী ওইনা থংলিবসে শ্রীসিংহগী এখোয়বু মুংশিবগী চাউরবা খুদম্নি— ·· পণ্ডকুই কুইরমদ্রে; মচ্চারগী অপূনবা খুবাক্কা পনখৈ ওইনখি।

মথংদা শ্রীমতি ( ইচেম্মা ) ওক্রমীবু থবিগুম্বা শরুদং ক্লাওগু হায়খি। ইচেম্মনা হাখিদে; ঙাঙবা থৈদদে হায়দুনা যাম্মা ইকায়না মথুৎ লোয়রকখি। মরুপ হেমাবতীদা ঙাখি। ইচঙ খোৗবীনি হৌগত্তুনা ঙাঙখি। ইংলিশতা ঙাঙবা ওমদবগী ঙাক পিনবা হায়জরম্মগা হেমাবতীনা শ্রীসিংহবু থাগৎপা হৌরকখি। ঙাঙনা ঙাঙনা এহৌন্দম্মু হাইরপ হাইরপ মরক মরক্তা য়েংজরকখি— মথা চত্থরকই—

··· ····· অত্তুম্বা মবুক মপাউ থৈ; মীয়োক-মীচান য়াম্মা থৈ। অচান-মীরায় নাইখিবা খুব কুইবসি থেংনজরগে। পুম্ন-মকপু মচাদ মচাগুম মনাদ মনাগুম লোয়রকই। লৈমিয়-রবনিনা নোংযাদোবস্থু পেয়দবা শাউনবা মতাং য়াওখিদবদি নত্তে। পণ্ডচৈ মচৈনৈ পণ্ডখৎস্থু মখৎনৈ। অদুবু কুইদে, লোংঙাম্লপা হাম্ন-হাইদুনি জ্রো-জ্রো, সে-গা মাইগা অচুম্বক মচথনৈ। নিয়ম নাইবা লমচৎ নাইদগী রাদি ওমজনখদ্রি। মতম্মসিগী চৎনরিবা থোক-মোক ঙাওথোকপা মুংঙাইথোবপা শ্রীসিংহ য়াওদে। পার্টি-পারাং য়াওবা লোংচুপলোমগী মতংদা পোথাবা থৈনদে। বৈষ্ণব অমা ওইনা চৎনবী চপচানা ····· ···।

## শ্রীসিংহগী বিদায় সভা

হেমাবতী, কুমারী হেমাবতীনা নোংমা, মানা থবক অসি চঙলমদাইদা, দরখাস্ত থাগ্রগা ইন্টর্ভিউ তৌরমদাইদা শ্রীসিংহগী ময়ূম হংলে। সুমিদাংনি। ঐনা চপচাবা লৈকম, ষুম নম্বর ফাওবা তাকখি।; মবুক-মপাউ কত্রা, তিন্নবা কমদৌই, মচিং-মশোন নাইব্রা, শাউকনব্রা, লমচৎ কমদৌই—হায়না য়াম্না কোথনা হংলম্মী। অথঙবা, ঐনা শমবা কয়া তাকখি। ইন্টর্ভিউ লোইখ্রে। চে অদু অয়োনবনি ঐনা শূখিদে। অদুবু অয়াম্বা মতমদা ঐনা মাগী মনাক্তা লৈবা তাবনিনা হাইরপ উকৌই হেমাবতীগী মিং অদু অযোইবগী অদুরাম্নইদা য়াওখি। মীদি অমত্তনি খনগদবা। শাউ হংলবদা ঐদি খঙদে হায়না খুমখি। তুম্নি-মরিনি লৈরগা মাগী চপচাবা মফম, মথং মনাও অদু য়াওবা চে অমা পুদুনা লাক্লগা কমদৌসিগে আশাদি লৈত্রে করি কমদৌসিগে হায়না তাম্নরে। ঐগী মোৎ কৈস্থ পীখিদে; মাদি অচুম্বা তৌগল্লি হায়না থাজহনখি। য়াম্না নীংবা কাযনা চৎখি। মরি-মঙানি লৈরগা নোংমা য়াম্না থেঙনা কুম্মগে তৌরকপা মতাংদুদা হেমাবতী তহা-তহা চঙলকই। কৈনো কদায়দনো হংবদা—'হৌজিক্তা নেপালী অহল অমা লাক্লম্মী হোরেল মুমিদাং ঐবু মযুমদা লাকউ হায়বম্মী। চৎলুগে ল্যাকপনি। করি করি পুনি, হৈ-রা, কা—মাগী অঙাঙ কয়া পীকপা লৈরিবগে?'

'কুইরে মচাস্থ মুপীস্থ পুখিবা।'

'কদাইদা?'

'মরৈবাক্তা, মাগী নুপী অহু কদাইদনো খবক তৌরি ।'

'মথক্সা কৈত্রা ?'

'ঙসাই নহোল্লদা লাকপা নেপালী চৌকিদারদো 'তুগা ।'

'নঙগা ঙাইহাক্তা চৎমিন্নরুসি ।'

মরম ইখঙ খঙদনা ঐ খাই লাউই । য়াম্মদি চৎমিন্ননীংবনি অচিনবা অমা লৈরে মঙ শাউন্নবু হায়না লৈখোকখি । নুমিৎ অতুমক্তদা চৌকিদার অম্নুগী মচাক্লুনা ঐনা চৎলমদাইদা ঐগী শাড়ী রায়রুই । ঐনা হয়েং লৌরগে হায়না খোল্লকপদা লখেলদা থেংলৈ । খাউহুম্ ঐগীনি । পোৎ অমা হাপলকই হয়েং পীজরগে হায়রে । করিনো হংলুই ।

'বড়ে বাবুগীনি ইচে ।'

'পোৎপু করিনো, ঙাবো ?'

'নত্তে । পোৎনিদা —'

মা নোকফেৎ তৌই । ঐনা যেংনীংবা অমা য়াওনা যেংলুই । চেগী ফজরবা উপুনি, অনীনি,—'ব্রেক নাইট'—ফজনা থাই । কৈনো অসিবো হায়না অমুক্তা হংলুই । মা নোকুনদা লৈহৌই ; পোৎনিদমক হায়হৌই । মবি-মঙানি লৈবগা হেমাবতী খবক কারকখি । হেমাবতীনা অনীশুবা নুপীনি, ( ঐনা মহাক্নে ) মখাদা মঙা অমগা ল।কপ্রে । ঐখোয় তবেংমক মঙা অসিনা লমি ।

অরোইবা ওইনা ঐবু কৌশিল্লকই । খবা ঙাওদবা য়াখিদে । হায়নীংবা কয়া কয়া হায়বা ঙমখিদে পল্লীংদবা ঐমক্তা য়ানীংদবা

হেমাবতী, কুমারী হেমাবতীনা লোংবা, মানা থবক অসি চঙলমদাইদা, মরখাই থাগ্রগা ইন্টভিউ তৌরমদাইদা শ্রীসিংহগী মযুম হংলৈ। মুমিদাংনি। ঐনা চপচাবা লৈকম, মুম নম্বর ফাওবা ... কখি। মযুক-মপাউ কত্রা, তিল্লবা কমদৌই, মচিং-মশোন নাইত্রা, শাউগমত্রা, লমচৎ কমদৌই—হায়না য়াম্না কোৎনা হংলম্মী। ... বা, ঐনা থনবা কয়া তাকখি। ইন্টভিউ লোইখে। চে অমু ... ঐনা শূখিদে। অহবু অয়াম্বা মতমদা ঐনা মাগী মনাক্তা লৈবা তাবনিনা হাইরপ উহৌই হেমাবতীগী মিং অদু অরোইবগী অদুরাইদা য়াওখি। মীদি অমত্তনি থনগদবা। পাউ হংলবদা ঐদি খুঙদে হায়না খুমখি। হুম্নি-মরিনি লৈরগা মাগী চপচাবা মফম, মথং মনাও অদু য়াওবা চে অমা পুদুনা লাক্লগা কমদৌসিগে আশাদি লৈত্রে করি কমদৌসিগে হায়না তাম্নরৈ। ঐগী মোং কৈস্থ পাখিদে; মাদি অচুম্বা তৌগল্লি হায়না থাজহনখি। য়াম্না নীংবা কায়না চৎখি। মরি-মঙানি লৈরগা লোংমা য়াম্না থেঙনা কুম্মগে তৌবকপা মতাংদ্রুদা হেমাবতী ভহা-ভহা চঙলকই। কৈনো কদায়দনো হংবদা—'হৌজিক্তা নেপালী অহল অমা লাক্লম্মী হোরেল মুমিদাং ঐবু ময়ুমদা লাকউ হায়রম্মী। চৎলুগে লাকপনি। করি করি পুনি, হৈ-রা, কা—মাগী অঙাঙ কয়া পীকপা লৈরিবগে?'

'কুইরে মচাস্থ মুপীস্থ পুখিবা।'

'কদাইদা?'

'মরৈবাক্তা, মাগী মুপী অনু কদাইদনো থবক তৌরি ।'

'মথন্তা লৈব্রা ?'

'ঙসাই নহোরদা লাকপা নেপালী চৌকিদারদো 'ভুগা ।'

'নঙগা ঙাইহাক্তা চৎমিন্নরুব্দি ।'

মরম ইখঙ খঙদনা ঐ খাই লাউই । য়ান্নদি চৎমিন্ননীংবদি অচিনবা অমা লৈরে নঙ শাউরম্মু হায়না লৈথোকখি । মুমিৎ অতুমক্তদা চৌকিদার অহুগী মচানুনা ঐনা চৎলমদাইদা ঐগী গাডী রায়রুই । ঐনা হয়েং লৌরগে হায়না খোঙ্গুম্মা লম্বেলদা থেংনৈ । খাউতুম্থ ঐগীনি । পোৎ অমা হাপলকই হয়েং পীজরগে হায়রে । করিনো হংলুই ।

'বড়ে বাবুগীনি ইচে ।'

'পোৎপু করিনো, ঙাবো ?'

'নত্তে । পোৎনিদা —'

মা নোকক্লৎ তৌই । ঐনা য়েংনীংবা অমা য়াওনা য়েংলুই । চেগী ফজরবা উপুনি, অনৌনি,—'ব্লেক নাইট'—ফজনা থাই । কৈনো অসিবো হায়না অমুক্তা হংলুই । মা নোক্লুনদা লৈহৌই ; পোৎনিদমক হায়হৌই । মরি-মঙানি লৈরগা হেমাবতী থবক কারকখি । হেমাবতীনা অনৌশুবা মুপীনি, ( ঐনা মহাক্কে ) মখাদা মঙা অমগা লাকপ্রে । ঐখোয় তবেৎমক সভা অসিদা কন্মি ।

অরোইবা ওইনা ঐবু কৌশিল্লকই । খবা ঙাওদবা য়াখিদে । হায়নীংবা কয়া কয়া হায়বা ঙমখিদে পন্নীংদবা ঐমক্তা য়ানীংদবা

রাহৈ কয়া রাকম কয়ানা লৈতেংদুনা হায়খি। ঐনা ইয়া য়ানীংদনা লোইশিনখি—'...... শন্না হায়জবা তাররদা শ্রীসিংহ ঐখোয়গী ওইনা লাকপিখি, গুসি চৎখিবা মতাংদসু ঐখোয়গীদমক ওইনা চৎপিখিগদৌরি। মতম কুইনা লৈমিন্নরম্মগা হয়েংদগী উন্নররোই খনবদা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইজদে..............' কপ্লবা অমদি কপহন্নবা লাক্লগে খৌরাংলুবনি। বিদায়—কায়নবা অমদি খুহৈনবা—রাহৈ অসিতদা প্রেম পোকপা য়াবা থম্মোয়নি। খঙনা খঙনা ইথন খল্লুবা তৌদনা মীৎলুদা ইরা চেল্লকখি মাঙগী পুরেংদা খরসু কপ্পা মানখি। মতৌ ভম্মবদা হৈতবা লৈতে।

লোইশিল্লকপদা শ্রীসিংহনা হৌগত্তুর্না য়াম্না চাং লেপ্পা, য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্লিং কপ্লিং তৌদুনা ঙাঙখি। তশেংনমক থম্মোয় শোক্লিংঙাইনি। মাগী অদুগুম্বা শকথম, অম্মক কুইবসি অমুক্তা উখিদ্রি। (মসিমসু মাগী শক্তম ময়ামগী মনুংদা অমা ওইরম্বা য়াই।) য়াম্না ঈংনা চথরকখি—

'...... ঐদি ইমা লুখ্রাবীনা নাওকোল্লকপনি, য়াম্না লাইরবা মীনি, হৌজিক কাওবা য়াম্না লাইরনা লৈরি। লাইবরগী পূন্সিনা হৈনজরকই, লাইরনা অম্মম চচ্চখিবা ঙম্বা লাইবক ঈশ্বরনা পীনবিসনু। (ময়ামগী খুবাক) অরাংবা থাক্কী মীওইবু ঐনা, ঐনী থম্মোয়না পীশক পীক্লিহৈদগী তাথীরকই। (হৌজিক্তি চাউরাক্লা মযুম লাখ অনীবোম চঙনা শারে, মচা অমা আমে-রিকাদা ভম্মী অমনা আইঃ এঃ এসঃ পরীক্ষা ঙম্নবা নোম্মী লায়রবা

তায়।) অদুনা ওসি ফাওবা মেজদা চামচনা চাক চাম্বা হৈত্রি।'
(নহানরাই এখোয়দা চাক্তৌবদা এখোয়গী চৎনবী মওংদা চামিন্নবদা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা খঙ্গা লাদা কুসি অমনা চাখি; মখুৎনা চাবা হৈনদবগী মওং উৎখি। ফনা ইকাইখি। মশাবু হম্ন হম্বনা উৎলুরবা মতুংদা সমাজগী লোয়শঙশিংগী পামদবা চৎনবী-শিংগী মরম্বদা, শেঙ্গা-খুমজাগী মরমদা, থোক্লিবা লৈখোম অসিগী মরমদা, ফনা কুইনা ঙাওখি। (থম্বালদি অকক্লবা অম'নীদনিগী রাফল্লি) মথংদা লৈবাক অমদি জাতিবু নুংশিজবগী রাফম্না মরক থনখি। (কয়ম্বা মেশ ওইবিদৌনো?)

লোইশিল্লকপদা অনৌবা ওফিসার অদুনা সভাপতিগী রাওওদা ফনা শাংনা ঙাওখি। ময়াম্না শ্রীসিংহদা খুদোলপোৎ কয়া অমা পীখি। (য়োংখমগী মোম্পাকফিদরা অয়াম্বা ওইনা তৌই) মহাও লৈরবা অচা অথক থবনা খোয়থুম্বনা লোইখি। বিদায় মতোন লোমখি। হরাও হরাও লৈহৌই; চৎখি।

অঙমলা!

মরক অসিদা যুক্সংননা, মওং অম্বা শোক্লা মফম মরাং অমা ইথঙ থঙদনা নুংস্থক-নুংজানবিবদি অঙমলানি। মাগী নর্সকী থবক অদু তোক্লবনি; মযুমদা অমুক হনখিবস্থ তৌরে; হন্নিংলম্ব হায় চঙহন্দ্রেসু হায়—শহরগী চিদায় অমদা হোটেল মচা অমা তৌদুনা লৈবা উই। শ্রীসিংহনা চৎখিবা মতুং হুন্নি লৈরগা চৎলুই। সনদে সার্ভিসতগী হয়ক্রস্বদা মঙায়রি—মমা-মচা। মচা অদুনা

য়াহৈ কয়া য়াকম কয়ানা লৈরেক্তুনা হায়খি। ঐনা ইয়া য়ানীংদনা লোইশিনখি—'...... শয়া হায়জবা তায়বদা শ্রীসিংহ ঐখোয়গী ওইনা লাকপিখি, ওসি চৎখিবা মতাংদসু ঐখোয়গীদমক ওইনা চৎশিখিগদৌরি। মতম কুইনা লৈমিন্নরম্মগা হয়েংদগী উন্নরোই খনবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইজদে..............' কয়বা অমদি কপহন্নবা লাক্লগে থৌয়াংলুবনি। বিদায়—কায়নবা অমদি খাইনবা —য়াহৈ অসিতদা প্রেম শোকপা য়াবা থম্মোয়নি। খঙলা খঙনা ইখন খন্নবা তৌদনা মীৎলুদা ইয়া চেল্লকখি মাঙগী পরেংদা খয়সু কয়া মানখি।' মতৌ তম্মবদা হৈতবা লৈতে।

লোইশিন্নকপদা শ্রীসিংহনা হৌগত্তুনা য়াম্না চীং লৈয়া, য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্লিং কপ্লিং তৌদুনা ঙাঙখি। তশেংনমক থম্মোয় শোক্লিংঙাইনি। মাগী অদুগুম্বা শকফম, অসুক কুইবসি অমুক্তা উখিদ্রি। (মসিমসু মাগী শক্তম ময়ামগী মনুংদা অমা ওইরম্বা য়াই।) য়াম্না ঈংনা চথরকখি —

'......ঐদি ইমা লুখ্রাবীনা নাওকোন্নকপনি, য়াম্না লাইরবা মীনি, হৌজিক ফাওবা য়াম্না লাইরনা লৈরি। লাইরবগী পূন্সিনা হৈনজরকই, লাইরনা অস্তম চচ্চখিবা ওম্বা লাইবক ঈশ্বরনা পীনবিসনু। (ময়ামগী খুবাক) অরাংবা থাক্তী মীওইবু ঐনা, ঐগী থম্মোয়না পীশক পীক্লিদৈদগী তাথীরকই। (হৌজিক্তি চাউরাক্লা ময়ুম লাথ অদীরোম চঙনা শারে, মচা অমা আমে-রিকাদা তম্মী অমনা আইঃ এঃ এসঃ পরীক্ষা ওন্নবা নোম্মী হায়বা

তায়।) অদুনা ঙসি ফাওবা মেজদা চামচনা চাক চাবা হৈত্রি।'
(নহানবাই ঐখোয়দা চাক্তৌবদা ঐখোয়গী চৎনবী মঙ্গলবা চামিন্নবদা খোজ্জাই চন্দুনা হন্দগা লাদা কুসি অমনা চাখি; মখুৎনা চাবা হৈনদবগী মওং উৎখি। কনা ইকাইখি। মশাবু হায় হন্দনা উৎলুরবা মতুংদা সমাজগী লোয়নগঙশিংগী পান্দবা চৎনবী-শিংগী মরমদা, শেঙ্গা-থুমজাগী মরমদা, থোক্লিবা লৈখোম অসিগী মরমদা, কনা কুইনা ঙাঙখি। (থম্বালদি অকরবা অমনৌদনিগী রাকখি) অথংদা লৈবাক অমদি জাতিবু মুংশিজবগী রাফম্না মরক থনখি। (করম্বা দেশ ওইরিদৌনো?)
লোইশিন্নকপদা অনৌবা ওফিসার অদুনা সভাপতিগী রাঙাঙদা কনা শাংনা ঙাঙখি। ময়াম্না শ্রীসিংহদা থুদোলপোৎ কয়া অমা পীখি। (য়োংখমগী মোম্পাকফিদক্না অয়াম্বা ওইনা তৌই) মহাও লৈরবা অচা অথক থরনা খোয়থুম্লনা লোইখি। বিদায় মতোন লোমখি। হরাও হরাও লৈকৌই; চৎখি।
অঙমলা!
মরক অসিদা ফুম্বংননা, মওং অমা শোক্না মকম মরাং অমা ইখঙ খঙদনা মুংমুক-মুংজানরিবদি অঙমলানি। মাগী নর্সকী থবক অদু তোক্লবনি; ময়ুমদা অমুক হনখিবস্তু তৌত্রে; হন্নিংদ্রেস্তু হায় চঙহন্দ্রেস্তু হায়—শহরগী চিদায় অমদা হোটেল মচা অমা তৌদুনা লৈবা উই। শ্রীসিংহনা চৎখিবা মতুং হুন্নি লৈরগা চৎলুই। সনদে সার্ভিসতগী হল্লক্লবদা মঙায়রি—মমা-মচা। মচা অদুনা

## শ্রীসিংহলী বিদায় সভা

ভকিং-ভকিং চেনখিত্নুনা থোঙদা লেপ্লুনা লৈ। ঐন্থু উবদা নমস্তে তৌরকই। পমথন্তুনা চুপ্লি। চা থকমিন্নরমদাইদা ঐনা শ্রী সিংহলা পীবদা চেংক অত্থু মমাঙদা থম্মগা হংলুই—

'মা নহাক চৎল্লে। খঙহৈনিনা?'

'খঙল্লে।'

'উম্নহৌত্রা?'

'উহল্লে'দে। লাকঅন্দী, কাকউ হায়দনা চিঠি অমা থাব্বরম্লী। ঐ চৎলুদে। উম্নবগী কাম্নবা লৈতে।'

'অঙাং অসিদি চিং কবি কৌবে?' (মরক্তা মুপামচা অপ্পু গাডী অমা ইল্লুনা থোরকই)

'জোসেফ।'

'মানা য়ারম্ব্রা?'

অঙমলা নোক্না-মনোকখি। চেংক অত্থুদা মুম্না য়েংলুরগা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলকই। চা চিংনা-চিংনা ঐনা মীৎচী থৎখি। মানা ঐনা হায়রুড়ুনা তৌরিনি হায়রকই ঐনা নত্তে হায়না ঙক হাইখি। ঐবু মমা মচানা থোঙ থাঙবা খিন্দোরকই। জোসেফনা 'মম্মী নমস্তে'

'নমস্তে বে–বী।'

মনাক্তোন ইতুম ভুম, মমিৎ ইগ্নাও লাও, জোসেফ মখুৎ হাইদুনা লেপহৌই। মতুংদা অঙমলা নোকফেৎ তৌনা লেপহৌরি। (কুম্বংনবগী শকফম অমদি পুল্লৌই) অতোপ্পা বিদায় অমনি। থোংগী থুনীংথেক অমদা থেৎহৌই 'শেন পীজবস্থু অরৌবস্থু অনীমক মরাল লৈরবনি।'

ইম্ফাল ১৯৭৬

## অহৌবসিংগী কোঙলেবা লাইরিকশিং

* মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার (নৈনবা) /১৯৬৯
* থরুবী (য়ারী মচা) /১৯৭০
* ত্যাগ-পত্র (উপন্যাস হন্দোকপা) /১৯৭০
* থাইরাকপম চাউবা (নৈনবা) /১৯৭১
* চোইজাইনরবা— (শৈরেং) /১৯৭২
* মোরাংগী অঙাংবী (য়ারী মচা) /১৯৭৪
* ডাঃ কমল (নৈনবা) /১৯৭৬
* ঙিংথংলৈ (য়ারী মচা) /১৯৭৭

ফংকম— রাজ ষ্টোর, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

অমদি

অতৈ লাইরিককী দুকানশিং

অমদি

[illegible]কোঙবা [illegible] [illegible] এড্রেস।

